# ꯊꯣꯏꯅꯨ

# *Thoinu*

A Drama in Manipuri written by Naorem Ahanjao Meitei & Published by N Tete Leima, on behalf of the Kanglei Mangang Publication Thongju - II Koirou Phejalebung Mamang Imphal - 795003






অহানবা ফোঙবা ..................	২০।০৬।২০১১, ইঙাগী ২০ নি পানবা নিংথৌকাবা ।

কোপী রাইট © : অইবা

কোপি মশীং : ৫০০

মখুম য়েকপা : বিবেন্দ্রজিৎ নাওরেম,
সাহিত্য একাদেমি এৱার্দী ।

লাইবিক ফংফম : অইবগী য়ুম অমসুং বাজেস বুক ষ্টোর ।

মমল : লুপা : ১৫০/-

থিয়েটর সংস্থান নৎত্রগা কনাগুম্বা গ্রুপ অমনা শান্নবিগে হায়রবদি অইবা নৎত্রগা অফোঙবিদগী অয়াবা লৌবীয়ু।।

নম্ফম : দিজিনেট ওফসেট প্রিন্টর, থোংজু বোবোই মখোং।

# কচ্চবা

"পঙ্গৌগী হৈব্দ-হৈজীংনা
মীতমজবক্লবসু পলেমগী খোইজিখাদা,
হৈনা ষনশা চৎঙৈদগী
মীকুপ খুদিং নাওকোনবীবম্বা,
থৌনা লৌশিং হাপ্পিরম্বা
পুন্সিগী লমজিং মৈবা ওইরম্বা,
ঐগী পা-চৌ (ইপুবোক)
কচ্চরী নফমদা নশুগী
থোইনু"।

***

# খুদোঙ্জবা

“মফম মতম ফিভম্না
পুন্সি তাঙ্কক কযাদা
লম্বী লান্না চংগ্রবী,
চীংখৎ-ইনখৎপিনবা লৈতবনা
অবেং খুদিং পুখদুনা
নুংঙীক্লনা লেল্লিবী
খুনাইসিগী নুপীজাশিংগী নফমদা
খুদোঙ্জবি নতাবোই
 থোইনু”।

# অইবগী মরমদা

ইবুংঙো নাওরেম অহঞ্জাও মৈতৈ আগষ্ট তাং ৯, ১৯৭০, নোংমাইজিং নুমীত্তা নম্বোল নাওরেম পাম্হৈবী লৈকায়দা লৈবা নাওরেম অঙাংয়াইমা অমসুং মীখুবী লৈমা অনীগী মচানুপা অহন্নি। লৈকায় পুল্লুবনা মাবু মশক মুন্না খঙই হায়বা তাই। শেম্হোক নেম্বা, মচিন-মনাও য়াম্বা ইমুংদা চাউরকপনা মহৈ-মশীং অমদি হীরম খুদিংমক্তা মনীং থুংদনা হৌরকই। অদুবু হোৎনবা কল্লি। প্রাইমরি থাক্তগী মকোক-মথংদা তারকই। বি.এ., এম.এ. (মণিপুরী) অনীমক্তা টোপ্পর তাখি। গোল্ড মেদল ফঙখি। একাদেমি কেরিয়ার রেকোর্দতগী 'রিপব্লিক দে থৌরম ২০০০' ন্যু দেল্লিদা য়েংনবা প্রাইম মিনিষ্টর ওফিসতগী বার্ত্তন য়ৌরকখি। ওজাগী শিনফমদা ঙাওজে। B.Ed., NET অমদি JRF ফাওখ্রে। প্রাইবেৎ কলেজ অমসুং হায়ার সেকেন্দরি স্কুল কয়া পুরম্মী। এ.আই.আর, ইম্ফাল অমসুং সীন টিভিদা এনাউন্সর ওইরম্মী। হৌজিক্সা জে.এন.ভি, বিজনোর য়ু.পি.দা মণিপুরী ওজা ওইরি।

কো করিকুলর এক্টিভিটিজ আইটেম দিবেত, রিসাইতেসন, মোনোলোগ সিম্পোসিয়মচিংবগী অথোই অহেন তান্নবদা অয়াম্বনা মকোক্তা তারকই। দিবেতনিবু হায়রবদি সাইকল তোংদুনা অনকপা-অরাপ্পা থিদে হেক্তা য়াওরুই। AIPSO, মণিপুর য়ুনিটনা থা অমা চুপ্পা চথখিবা ওপন দিবেত্তিং কম্পিটিসন "খা এশিয়াদা লানগী খুৎশু-খুৎলায়ময়াম পৈশিল্লকপনা পৃথিবীদা শান্তি লৈহন্দ্রে" হায়বা হীরমসিদা মণিপুর পুম্বগী মকোক ওইদুনা বিগ্যান ভাবন ন্যু দেল্লিদা পাঙথোকপা International Peace Conference (১৯৮৯) শরুক য়াবা ফঙহনখি। Asian Country কয়াদগী লাকপা লুচিংবশিংনা খ্বায়দগী পীক্লিবা নুপামচা অহঞ্জাওবু উবদা অঙকপা ওইখি। কম্পিটিসন কয়াদগী

ফঙলকখিবা কপ, ট্রোফি, দেক্সনারিনা মনা ওইরগা Open Debating Cum Patriotic Recitation Competition 1999 দা শিল্লগা পিথোকখি।

সাহিত্য অমসুং নাট্য কলাগী লমদসু ঙল্লিঁঙে মতমদগী হৌনা থরায় য়াওরকই। ক্লাস নাইন (১৯৮৮) তন্বা অদ্বাইদগী দ্রামা শান্নবা হৌবকখি। মৈত্রম বীরগী 'বীর টিকেন্দ্রজিৎ' দ্রামাদা টিকেন্দ্রজিৎকী শক্তম লাংবা হৌখি। ১৯৯২-৯৬ ফাওবসি দ্রামা কন্না কুল্লিবা মতম্নি। মনি তায়েঙ্গমগী 'অসি ওইরেকো ইম্ফাল', ঐনা ইজবা দ্রামা 'অমুক্তদি হল্লকখো', 'অনৌবা মঙাল', 'ব্রহ্মাচারী বোড', 'মৈচাক্লা ওলহনবা নোং', 'লৈনম হুরবা নাচোম', অহঞ্জাও মশানা ইজবা দ্রামা 'লাইরবসু মীনি', 'করপসন', কয়াসি য়েনিংথা আর্টিষ্ট এসোসিএসন অমসুং ইভরগ্রীন আর্টিষ্ট য়ুনিয়ন, নম্বোল নাওরেম মীংদা শঙ্গোইদা, লম্পাক্তা, মান্দবতা ফম্পাক শারগা শান্নখি। মশামক লীলা পানখৎপদগীনা মায়পাক্লা উৎপা ফাওবসি কুপশেন শেন্নবদা নত্তনা মপুঙ ওইবা শক্তম লাংখি। অসুম্না কুম্মৈবোই অমা ওইনসু ভাবক্লা পাম্না হৌরকখি। অদুবু লাইবিক ওইনা ফোঙবদি 'থোইনু' না অহানবনি। পুন্সিগী তাঙ্কক-ফিভম্না অইবসিদা যাওজবা ঈশ্বরনা পীনবীনা ইনীংবগী মতীঙবু কুইনা নমশিন্দুনা লৈরুরবা মতুংদা হন্দক পুথোরক্লিবা দ্রামা অসি মীয়াম্না তবাম্না ওকপিগনি থাজজে। হেন্না মগুণ লৈবা পোৎথোক পুথোবক্লবা মীয়াম্না য়াইফ থৌজাল পীবিবা দরকার ওই। মণিপুরী দ্রামাগী পুক্নেদা অইবগী খুদোল কয়া লেপ্লাইদনা পুথোরকপা ঙম্বা ওইরসনু।

তাং জুন ১৮, ২০১১

খোমদ্রাম চাউথোই সিংহ,
নম্বোল নাওরেম।

# ৱাহৌ ওইনা

লেপগুমদবা লাইবক্তা তাল্লুমগল্লবা নাক-য়েৎকা অনীগী খংলাক-খংজিনগী মায়োক্তা নাইতোম লান কন্না য়ান্নরিবী কংলৈ চনু অমগী মশক্কি "থোইনু", মশক অসি পামজনা উৎনবা লাক্লরিবনা নৌনা ফম্বাক কুম্মৈ-দ্রামাগী লমদা কলম পায়রক্লিবা এন. অহঞ্জাও মৈতৈ।

থৱায় য়াওনা হোৎনজরিবা অহঞ্জাওনা লৌরিবা হীরম হৌজিকমক্কী সমাজ অসিদগীনি। ইফোং ফোংনা থেংনরিবা অরোন-অথুপ কয়া পেনদ্রবা ৱাখলগী পরীং অমদা সমাজ অসিমক্তদা উৎনবা লাক্লরি হায়বা তাই। থেংনদবা য়াদদুনা থেংনরিবা অপনবশিংবু নীংহন্নবগী হঞ্জানবা লোনচৎ থাদোক্লগা থৌনা লৈনা মায়োক্লদুনা খূদুমদা থম্নবগী পাউজেল অমসু পীনবা লাক্লরি। নুংঙাইবা হীরমনি ফজবা পাউজেললনি। থৌনা, থাজবা অমদি থাদোকপদা মপুঙ ওইনা শাগৎপা পাউজেললনি। সমাজনা পামগদবা লমদাংনি।

হীরম অসিবু ভাবোক তান্না পুরিবা পান্বৈ ওইরবা ফম্বাক কুম্মৈগী মতাংদা চৎনরকপী মওংগী মথক্তা চাংয়েংগী মশক ওইগদবা মফোঙদোক খরা শীজিন্নরি। থৱায় য়াওনা নীংথিনা হোৎনৈ। ফম্বাক্তা শান্নদুনা উৎপদা লুগদবা নৎত্রেগা য়াংলপ থোক্কদবা খরদি য়াওই।অদুবু লাম্হোকপগী লমদা অনৌবা পান্বৈ খরা পুশিন্দুনা য়েংবা কায়বা নত্তে। অনৌবা থিবসু কলাগী মশিন্নি । মখা তানা থিবসু ফৈ। সাহিত্য কলাদদি লম্বেল অসিসু লমথুং অমনি।

থৌদোক পরীং শেম্বদা অইবগী ৱাখল মচীন থৌই। তরাম্না তৌফম থোকই। অদুমকপু লাম্হোকপদা অমদি মথং মনাও শেম্বদা যাংনা থোকপা খরসু অদুম য়াওই। অশেংবা পুন্সিদদি তাঙনা থোকপা থোক্তবগী ৱাফম লৈবদনি, থোকপা য়াদবা লৈতবা য়াই। অদুবু সাহিত্যদদি, মরুওইনা

চৎনরকপী মওংগী মশক য়াওবা কুম্মৈদদি পোইটিক জষ্টিসকী মফম লৈগনি। "থোইনু" দা য়াংলপ তাবা খরা থেংনবা য়াই। মপুঙ পুঙফা ফাবা হায়বসি খূৎশেমদা লৈবা হৌনদে।

তাঙলপ লৈরবা মণিপুরী ফন্বাক-কুম্মৈগী লমদাং অসোমদা নৌনা পুথোক্লকপা অহঞ্জাও মৈতৈগী 'থোইনু' বু তরাম্না তৌবিফম থোকই। থৌগৎপিফম থোকই। সাহিত্য লাইরেম্বীনা অইবদা মথং মথং পুথোক্লক্লবগী নাকয়েৎ পূম্নমক পীনবিবা ওইসনু।

কাঞ্চিপুর,
জুন ১৪, ২০১১

প্রোফেসাব এলাংবম দীনমণি,
গেষ্ট ফেকলটী, মণিপুরী মশঙ,
মণিপুর তাইবঙ মহৈকোল

# মীৎয়েং অমা

'থোইনু' হৌজিক্কী মণিপুরী খুন্নাইগী লৈতাদ্রবা তাক্কক অসিনা মবাইবক থীহল্লবী নুপীশিংনা হিংননবগীদমক থেংনবিবা লাম্বেং কয়াদা যুম্ফম ওইদুনা শাগৎপা নাওবেম অহঞ্জাও মৈতৈগী দ্রামানি। অইবনা খুন্নাইদা নুপীগী মফম কবিনো খঙনা থাবকপা খুথানি। অফবা অমদি চাওখৎপা খুন্নাই হাযবসি নুপীনা মশক-মচু চুম্না হিংবগা মরী লৈনৈ। নুপীগী পুন্সিবু ইন্দ্রিগী খৌবাংবা কোক্লবা শান্নপোৎ ওইনা লৌবকপা মতমদা খুন্নাই অদু লৈখা তাবকপগী লম্বীদা চিংথবকই। কাবাল্লবা মীৎযেং কযাগী মাযোক্তা অইবগী থোইনুনা লাম্বেংনবি। কছাব নিঙোল থোইনু মণিপুরগী সনাথোইবদা ওঙলক্কুনা মমালৈবাক্কী তম্পাক্তা লৈজবা ফংখি। ইতিহাসকী তোবৈদা মণিপুরগী মপান্দা লৈরুববসু মমালৈবাক্তা অমুক হল্লকপা ফংবগী নংঙাইজবা মবক্তা মনেম্মদি তবাম্না ওকখিদে। লালহৌবগী ইবাং অমদি মসিবু নমথনবা হোৎনবিবা লৈঙাকপগী শক্তিগী মূক্লবদা থোইনু অমসুং সনাথোইগী আশাগী মঙলান কযাগা লোযননা শাগৎচবা পুন্সি শিংকূপ শানা থগাযবিখি। থা অমবোমতগী মচানুপাগী মমা ওইজবত্তা ঙাইরিবী থোইনুগী ঈজ্জৎ নহাবোল থিবগী নমাদা পুলিশ ওফিসার অমনা মাঙহনবিবতা নত্তনা লুখ্রাগী ফিজোলসু হোংহনবিখি। পিক্লিবা মথানুংগী মচা নত্তনা তাইবঙদা কনা লৈজদ্রবী থোইনুনা কল্লক যেংথিবা অমদি কাবাম্বা মীৎযেং মবক্তা কবম্না হিংননবা হোৎনবকপগে হাযবদু অইবনা দ্রামা অসিদা উৎলি। লাম্বেং কযাদা তুববসু নীংহন্নদনা হন্ন-হন্না হৌগৎত্তুনা মশাগী ফিবেপ হোংদনা লেপ্পা ঙমখিবী শক্তম অইবনা শাগৎত্তুনা ফিদম্ন ফম ওইববী নুপীগী শক্তম অমা থোইনুদা হাপচিন্দুনা বোল মোদেল ওইহল্লকই। সাহিত্যগী চেনাদা নুপীগী পুন্সি হাযবসি ফজবা অমসুং অথীবগী চাংযেং তৌফম ওইদুনা লাক্লি। মপানগী শক্তিগী মূক্লবা কযানা লাম্মৈ

ওইদুনা চাকখৎলক্লবসু মৈগী মৈবম খঙনা নাম্বোক্তুনা খুন্নাইদা লৌনরিবা ফজবগী থাক্তা ফিদমগী ফিদাদ' ঙাম্বোইরিবী থোইনুগী পুন্সি য়েক্তুনা অইবনা নুপীগী পুন্সিদা মীনুংশি পীরি। দ্রামা অসি অইবগী অহানবা শৈহৌনি, অপাবশিংগী / অয়েংবশিংগী ব্রাহংশিংগা মায়োক্লরি। অদুম ওইনমক মীৎয়েং কয়াদগী পুন্সিগী তানফম কয়াদা থাংলিবা মীওইবগী খোঙথাংবু কৃপ্পা য়েংনবা হোৎনরক্কনি হায়বা অহানবা শৈহৌসিদগী তাবা ফংলি।

প্রোফেসার নহাকপম অরুনা,

তাং জুন ১৮, ২০১১

কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই,<br>লৈরক অচৌবা, ইম্ফাল।

# অইবগী ৱারোল

'থোইনু' ঐগী অহানবা ফোঙবা মণিপুরী ড্রামানি। ইবগী লমদা থোইদোকপা গুন চেন্দে, ইশানা খঙজে। অদুবু খুনাইসিদা থোক্লিবা থৌদোক কয়াগী মতাংদদি মীওইবা কৌবনিনা উদ-তাদবা য়ারক্তে। মরুওইনা নমদুনা খোঙচৎ কায়হল্লবী নুপী খুনাইগী লমদা ইথোক্লিংবগী ইফুৎ মেন্দুনা থম্বা ঙমলকখিদে। অঙাংনা মৈ কীদবগুম চাংয়েং ওইনা পুথোকচবনি, অহানবা খুথানি।

মণিপুরী নুপীগী শিবা নাইররোইদবা ফজথ্রবা পুৱারীগী মশকপু অসুক্কী মতীক পাম্মুজে। ফিভম্না য়াদবদগী অৱাং ভারতকী রাজ্য খরদা নুপীগী মশক উজরুবা, ক্রাইম এন্দ দিক্তেটিভকী লাইরিক খরা পারুবদগী নুপীগী মরমদা হেন্না থিজিন্নিংবা ফাওখি। নুপী নুপাগী মশকপু খুনাইনা নুপারোমদা মীচং লেপ্পগুম্না থোকপা উরুবদা তুমিন্না লৈনিংখিদে। পূক্লিংগী অকনবা থৌনা, ফজথ্রবা ৱাংলবা ফিদম, কথোকপা, লৌরিবা থৌদাং ফনা চাউজরগসু মফম মতম ফিভম্না নুপী-নুপাগী খেন্নবা পল অমনা খঞ্জিন্দুনা থম্বীরি। করিগুম্বদা নমদুনা অথিবা মচু শঙজিন্নবা হোৎনবীরি।

শেল অমসুং সঙ্গগী শক্তিনা লম্বী লান্না পুনবা হোৎনরি। মদুদা থুরুরবী নুপী কয়াগী পুন্সিনা অরেং খুদিং পুখবগী শরুক্তা ওইদুনা কপ্না পুন্সি লেল্লি। মসিবু লাইবক্তা তাইশিল্লগদ্রা - ? লালহৌবা অমসুং সরকার অনীগী মূক্লবদা মীচম্না করম্না হীংলি মতমসিদা৷ মসিগীদমক ইমা ইন্দোল কয়ানা করম্বা থৌদাং লৌরক্লি। পূম্নমক অসি মাঙদা থমজরগা শাগৎচবা হৈজিং ফাদ্রিবা হৈপালগুম্বনি। পূথোক্লিংবনা হানখ্রে , ঙাকপিগনি।

অশোয়বা কয়া মথোকপিদুনা তেঙবাংবিরকখিবা ইখুৎমক পায়দুনা তাকপি তম্বীরকখিবা ঐগী ওজা ইবুংঙো ডা: রাজেন তোইজাম্বা, এসোসিএট প্রোফেসার,মণিপুরী মশঙ, অশোয়বা কয়া পুথোক্তুনা তাকপিবতা নত্তনা ড্রামা অসিগী মরীক চুম্বা ৱারোল 'ৱাহৌ ওইনা'

ইবীরকখিবা ঐগী ওজা প্রোফেসার এলাংবম দীনমণি, গেষ্ট ফেকলটি, মণিপুরী মশঙ, অমদি 'মীৎয়েং অমা' মিং থোন্দুনা কুপ্না নৈনবীরকখিবী ডা: নহাকপম অরুনা, প্রোফেসার মণিপুরী মশঙ, অনীবু থম্মোয় শেংনা থাগৎচরি অমদি শীংঙম্লরোইদবা লমন তোনশিঞ্জরবনি। হীরম খুদিং লোয়নদুনতা লাকখ্রবা, ঐগী হৌরক-ব্বারী ইবীরকখিবা মামো চাউথোই বুসু থাগৎচরি। দ্রামাসিবু কুপ্না পাবীরগা নাপ-পু তাদবা, অহোবা কয়া উহনবীবতা নত্তনা দিপার্টমেন্টকী সর্ভেগী চীল্লবা মতম কায়থোকপিদুনা মখুম য়েকপিরকখিবা নুংশিববা ইয়াম্বা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম (সাহিত্য একাদেমি এব্বাডী) বুসু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরী।

দ্রামাসি নম্বীদুনা মীয়ামদা ফোঙনবগী চাউরবা দায়ত্য লৌবীখিবা থোংজু বোরোই মখোঙ (কাঞ্চিপুর) দা লৈবা ডিজিনেট ওফসেট প্রিন্টর প্রেস কী প্রোপাইটর শ্রী থিংঙুজম ভুমেশ্বর, টাইপিষ্ট এক্সপার্ট কিশন, বোই অর্মদি মেছিনমেন সঞ্জু, রতন অমদি অহানবা টাইপিংদা মতেং পাংবিরকখিবা ইনাও শগোলশেম রোসানিকুমার ফাষ্ট গেট, খুদিংমকপু অইবগী মায়কৈদগী থমোয় শেংনা থাগৎচরি। অদুগা লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা তত্তনা ঈনোৎ হাপ্লিখিবা মরুপ সবজিৎ (তোম্বা) লোইভামচা, শামুবৌবুসু লমন তোনশিঞ্জরে খঙে।

অরোইবদা, তেল্লবা মতমদা পুথোকখিবনা ঐগী ওজাশিংনা হায়বীরকখিবা অশোয়বশিং অমসুং বানানগী মতাংদা মপুং ফানা চুমথোকপা ঙমখিদবগীদমক নুংঙাইতবা অমদি লৈজরে। মথংগী খুৎনমদা অমুক য়েংশিঞ্জগনি। অশোয়- অঙাম, অব্বাৎ-অপা য়েংশিনবীখিবা অমদি পূক্লিংগী থৌনা হাপ্লীখীবা পূম্নমকপু অমুক্কা হন্না তৌবিমল খঙবা উৎচরী।

জুন ১৮,২০১১ এন অহঞ্জাও মৈতৈ

# ꯊꯣꯏꯅꯨ
# থোইনু

## ড্রামাদা য়াওবা মীশক:

### নুপা

| | | | |
|---|---|---|---|
| সনাথোই | : | ওজা | ] |
| মহেশ | : | পুলিস ইন্সপেক্টর | ]— চহী ৪০ রোমগী লেঙ্গা |
| দিলিপ | : | উকিল | ] |
| খুঞ্জা ১ | : | মীচম, চহী ৪৫ | |
| খুঞ্জা ২ | : | মীচম, চহী ৪২ | |
| গার্দ ১ | : | মহেশকী গার্দ, চহী ৩৫ | |
| গার্দ ২ | : | মহেশকী গার্দ, চহী ৩০ | |

### নুপী

| | | |
|---|---|---|
| থোইনু | : | সনাথোইগী লোয়নবী, চহী ৩৮ |
| কবোক্লৈ | : | সনাথোইগী মমা, চহী ৬০ |
| লৈপাক্লৈ | : | লৈকায়গী নুপী, চহী ৫৫ |

(সনাথোইগী মচানুপা মনিথোইবা চহী ১ ১/২ - ২, থোইনুগী বাখলগী শক্তম ১,২)

# অহানবা তাঙ্কক

## (অহানবা উৎপা)

**মফম:** লম্বীগী নাকন্দা লৈবা লম্পাক মচা,

**মতম:** নুংথিল পুং ২,

(মৈ ঙাঙ্থোবকপদা থোইনু উ পাম্বী অমদা ঙারগা পোথারী, লম্বীদা
খুঞ্জা নুপা অনীখক ব্বারী শা-শাদুনা লাকই।
লম্পাক্তুদা লৈশিল্লকই। পোথানবা ফমথৈ, থোইনুবুদি উদে।)

খুঞ্জা ১ : খুনাই অসিদা লৈরিবা মীশিং অসি অয়াম্বনা শুনিং-নোম্নিংদ্রবা ঙাক্তা ঙাইশিল্লক্লে।

খুঞ্জা ২ : ব্বাদনা নুঙাইনিংবা, শুদনা অহাওবা চানিংবা ময়ামসিনা লৈবাকসে কাং-খোং চাইহল্লবনি।

খুঞ্জা ১ : শেলসু থোক্তে, থোক্লবা লম্বীসু থীনিংদে।

খুঞ্জা ২ : শেত্ত-চাদবদি য়ারক্তে। জিব কৌবনিনা অরাম-খৌরাংবদি ফাওরকই।

খুঞ্জা ১ : ফজবা অরু-অনানসু পাম্মকই। মৈখু থোকপা গাড়ী তোংনিংলকই। চিঞ্জাক মখল শুনা মহাও তংনিংলকই।

খুঞ্জা ২ : বারকপা ঙমদবা মবুক্কীদমক মথা শারকই। নত্ত-নত্তবা পাম্বৈনা শেন্দাল লম্বী থিরকই।

খুঞ্জা ১ : ইমুংদগী হুরান চিন্থি তৌবা হৌরকই। লৈকাই ঝাংমা লাল্লকই।

খুঞ্জা ২ : নুপী অঙাংশিংগা অচিৎ-অকোম যেংলকই। মীগী মঙক-মনাদগী সনা ফাওবা থৎপা ঙমলকই।

খুঞ্জা ১ : সনা-লুপা লৌনবা হোৎনবদা মী হাৎপা কিবক্তে। খুৎশেমগী লূপ শেমদুনা দিমান্দ লেটব থাজিল্লি।

খুঞ্জা ২ : দিমান্দদু লৌবা চৎপদা ফাবা-পুনবা, ফুবতা নত্তনা ইমুং-মনুংগী মী অমদি পুলিস ফাওবা চেন্নবসু য়াওনবি।

খুঞ্জা ১ : ক্রাইম কয়ানা লৈবাকসে কুপশিল্লকই। মী খুদিংমক ঈজ্জৎ করিনো কাওনরক্লে। শিবা-নাবা অমত্তা কিনরক্লে।

খুঞ্জা ২ : খুনাইসিগী কযাৎ খুদিংমক ঈ থাংলক্লে। পৎল-পুমলবা, নমথিববা অশিবা হকচাংগা পাম্বক ওইবক্লে। তাহে-উহৈদ্রবা নত্ত-নত্তবা থৌদোক্লা খুনাই কৌবা লাইরিক অসিগী লমায় ওইরক্লে।

খুঞ্জা ১ : মী শিবা হাৎপগী, বোম লংশিনবগী পাউ যাওদ্রবদি খবর-পাউ চে ওইদ্রে। পোকপদা ঙায়বিবা অশিবা অঙাং অমা তারম্মে। থিকা পিযু য়াদবগী, পি.সি. ককউ য়াদবগী হেন্দ গ্রেনেদ লংশিল্লম্মে।

খুঞ্জা ২ : অমরোমদা অমুক মৌ নহা অমা মাঙখ্রে। মচা অহুম লৈরবীনি। নুমীৎ মঙানি শুরে হঞ্জিল্লক্তবা। মোবাইল ফোন্দগী ঝারীদগী মচা মপুরোইবা হুন্দোক্লম্মগা চেনখিবনি।

(মখোয় অনীনা ঙসাইদগী ঙাংনরিবদু থোইদোক্লা পূক্লিং চঙলুদে। হন্দক্তি থোইনু মমায় তপ্না লৈশিল্লকই)

খুঞ্জা ১ : মৌদ নত্তে, লৈশাবী ফাওবা ... কদায়দা? কনাগা। করম্না – ? ময়ামসিনা নুংতিগী পাউ ওইরে।

খুঞ্জা ২ : খুনাই অমগী মশক হাযবসি নুপীগী থৌদাংনা যাংলেন শব্দ ওইদুনা শাগৎলকইবনি। নুপানা থৌনা পীবনি, শৌগৎপিবগী শকক্তান।

খুঞ্জা ১ : নাম্ম তাহৌববী নুপী কযানা পুক্সিগী লানফমসিদা মখল কযাগী লম্বী থিবকই। কযা অমনা মশাগী ঈজ্জৎপু চেৎনা কোনদুনা চোকথবা নাইদনা লানথেংননবা হোৎনজে। (থোইনু তপ্না হৌগৎনবা হোৎনৈ, ৱাবীদু যাওনিংলকই।)

খুঞ্জা ২ : খব অমনা তিন্নকবা সঙ্গদগী, ফিভম্না যাদবদগী ওক্ত লম্বীদা চৎলকই। খব অমনা মশানা পাম্না, অবাযবা শেন্দাল লম্বী থিবকই।

খুঞ্জা ১ : মপুবোইবা, মচা লৈন-লৈন লৈত লাইবগী চৈথেংনা হেনমনখিদুনা লম্বী অদুনা মবোইবে খনবসু যাওবকই।

খুঞ্জা ২ : মপুবোইবগী অশোনবা, যুম পানবগী মহাও ফংবা ৱাৎলকপদগী মপূক্লিং ৱাবকপা ঙমদবী কযাসু থোবকই।

খুঞ্জা ১ : মসিদি পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্তা থোকইবা নুপী-নুপাগী থৌদোক্লি।

থোইনু : (মখোয অনীগী মনাক নক্না) ইবুং, নখোয অনীগী ৱাখল্লোন ৱাংনা থাগৎনিংঙাইনি। (অনীমক খঙলপ্না যেংথোবকই) অদুবু নাম্ম খক্কী মীৎযেংদা চঙশিল্লি। (অহুম্মক নকশিন্নৈ)

খুঞ্জা ১,২ : হাযবদি ....!

থোইনু : হাযবদি, মফম মতম পূম্নমক্তা নুপানা মশাগী অপাম্বা মওংদা নুপীবু শীজিন্নবা পাম্মী। মুচুএল অন্দস্টৈন্দিং গী চাং নেম্মী।

খুঞ্জা ২ : ঐখোযগী নুপী খুনাইদি মবাইবক যাম্না ফৈ হাযনা লৌবা যাই।

থোইনু : (কংনোক নোকই) মরাইবক য়াম্না ফৈ ...!

খুঙ্গা ১ : ফৈ, ভারতকী অতোপ্পা ষ্টেটশিংদা নুপী খুনাইনা মায়োক্ন বিবা সমস্যা ঐখোয়গীদা লৈতে হায়বা যাই।

থোইনু : লৈতে হায়বা য়ারোই, মায়োক্নরিবা সমস্যা খেন্নে হায়বদি চুমগনি।

খুঙ্গা ২ : খন্দুনা য়েংবীয়ু, মরুওইনা অন্নাং ভারতকী রাজ্যশিংদা নুপী ওইবীশিংনা মায়োক্নরিবা সমস্যা, নুপা ময়ুম্না দিমান্দ তৌবা অউনপোৎ পিদে, শুদে হায়বগীদমক মশাগী নুপীবু মঙক মেত্তুনা, থৌরি য়ানশিনবিদুনা, গুহাদা ইন্থবিদুনা, হিংনা থাউ হৈজিন্দুনা মৈ থারগা হাত্তোকপা ....।

খুঙ্গা ১ : মদুদা অহল ওইরবা মনেম-মকু ফাওবা যাওশিন্দুনা মমৌবু ওৎপিবা, হাত্তোকপীবা মখোয়গী খুনাইদা মশিং নাইদনা থোকই ।

খুঙ্গা ২ : অসিদসু নত্তনা পুবা থাংবা ঙমদ্রবা অউনপোৎকী চৎনবীদগী নাম্বোকচনবা লুহোংদ্রিবী লাইরবা নুপী কয়াদি ফোঙনা হাদুনা লৈবা য়োনবসু তৌনরী।

থোইনু : ঐখোয়গী খুনাইনদি য়াদে। অদুবু নুংদা লোন্না অউনপোৎকী চৈনা খাঙলিবী চনু নিংঙোল কয়া য়াওদবদি নত্তে।

খুঙ্গা ২ : মদুখক্কা চাংদম্নবদি য়ারোই। ঐখোয় খুনাইসিদা নুপানা ফংবা খুদোংচাবা অয়াম্বা নুপীসু ফংমিন্নরী।

থোইনু : নৌনা লুখ্রা ওইহৌরবী, কনাগীসু মতেং ফংদ্রবী নুপী ওইবী কয়ানা করম্না মচা শেম্মী, ময়ুম পুনবা হোৎনরী। মখোয়দা ঙসিগী নুপা খুনাইনা করম্বা মীৎয়েং য়েংবীরি।

খুঙ্গা ১ : মদুদি নুপীদুগী শাজৎ-লিচৎকী মখা পোনবা তাবনি।

থোইনু : হিংবদা শেল চংই। শেলগীদমক থবক শুদবা য়ারক্তে। য়ুমদগী মপান থোরকই।

খুঞ্জা ২ : কলাবাজাব তৌগেরা, করবার তৌগেরা শিনফম অর্মাদ পায়দবা য়ারক্তে।

থোইনু : নুপীদুগী অশোনবা, মীচং লৈজদবা, চীংখৎপীনবা উদবা মরম্মা চংউ-চংউবা লম্বী খুদিং মমৈথংদা খুৎশেমগী শাফুনা নমদুনা খোয়হন্নবা লাক্লরকই।

খুঞ্জা ১ : মৈ মনাক্তা চঙলুরবদি মৈশা খরদি ফংবা তাবনি।

থোইনু : তেঙবাংবিবগী মিংদা মশাগী অপাম্বনা মাঙওইনরকই। ইন্দ্রি খুদুম চনবা ঙমদবা নুপা কয়ানা তেঙবাংমন থৌরকই। তপ্পা-তপ্পা উমশিন্নবা লাং থাক্লকই।

খুঞ্জা ২ : মদুদা নুপাদুখক্কী মরান্নি হায়বদি লানগনি।

থোইনু : অদুদি ওইজবা অমগা লোয়ননা করিগী তেঙবাংশিন্নরি? মচল-মচে ওইনা থম্মোয় শেংনা করিগী উবা ঙমদ্রিবনো?

খুঞ্জা ১ : মপুরোইবনা থওইবিদ্রে নৎত্রগা শেন্থোক লম্বী লৈত্রে হায়দুনা মচা মবা হুন্দোক্লুনা থনম্মগা অতোপ্পা নুপাদা চেনবা ঙম্বী, নৎত্রগা মপামদা হল্লক্লুনা ঈরাং তৌবী, অকে-অমৌদা তাউদুনা শেন্থোক লম্বী থিবী নুপী কয়াসু লৈতবা নত্তে মতমসিদা-।

থোইনু : মচা মবা থাকপা ঙম্নবা নূং-লৈঙোই হোনবা য়াওরিবী মৌ নহাদুদা থিকাদারদুনা নৎত্রগা মোহোরিদুনা খাক-খাক্লুনা খুদোংচাবা নমপি পিশিনবী। তপ্পা তপ্পা মশাবু কাওহল্লি। মমৈথংদা ওক্তবী ওইহল্লকই।

খুঞ্জা ২ : মদুদা নুপীদুনা ঈথক ঈরাংগা লোয়ননা করিগী ইল্লুরি।

থোইনু : অপিবা অরৌবা, হুম... (খজিক্তং নোকই) লুরিবদি

থম্মোয়দুনি। বৃটিশকী ফিবিঙ্গি লমলৌগুম মীগী থম্মোয়নুংদা মফম কনগে লাক্লবনি।

খুঞ্জা ১ : লৈবা যোনবা অনীগী মবক্তা ঈজৎকী পল হায়বদুমা লৈরক্লবদি অউবনা ইকায় হাযবদুনি।

থোইনু : "Man makes law and man breaks the law again" আইনগী ফিজংনুংদা পিদোল্লবী কয়াবু লৈনাঙ তানা নৈখায়বী, খৌবোম থন্না ঈ চুপ্পবা হোৎনরী। মদুদগী ক্রাইম কযা থোরকই। শিঙেল শেথরবী, লৈরাং খায়থবিখ্রবী নুপীজা কয়ানা মশাগী ঈজ্জৎপু লোৎশিঞ্জে, নুংহীক্লনা কপ্পুনা লেল্লি, খুনাইগী মীনোক মৈশাবু কীজবদগী।

খুঞ্জা ২ : ঙাইখো নহাক অঙাংবা নোংজাবী উবা য়াদবী, লম্মৈ চাকপদা য়াওরুরবী শক্তি অমোম্না নৎত্রগা ...?

থোইনু : অদুবু ঐহাক অঙাংবা নোংজাবী উর উরগা থৌনা লৈবা হেনগৎলক্লি। অমোৎপা অমম্বা কয়া চাকথেক্কুনা অচম্ব' লম্বী তাকপদা চোকথরক্লবী অমনি।

খুঞ্জা ১ : নহাক্কী ব্রাঙাং ব্রাহৈ খুদিংনা তাক্লি অচম্বা নুপী অমদি নত্তে, গুণ শক্তি কয়ানা লৈতেংলবী থৌনা ফবী ইমা অমনি হায়বা।

খুঞ্জা ২ : শক লোৎপিরগনু অশেংবদু উহনবিরো ঐখোয়বু। মায়োক্লবা লানফমদগী লানঙম ফিরান পায়না হল্লকপগী অরংবা মঙালগী শকক খরসু উরি নহাক্কী মায়থোংদা।

থোইনু : অনৌবা পুন্সিগী মঙাল- লম্বী উহন্নবা চঙশিল্লুবা লানফমদগী হল্লক্লিবনি ঐহাক। হীংবগী মহাও য়াওদ্রবী হীংনিংনা হীংদ্রবী অশিবগা পাঙখক ওইরবী পুন্সি কযাবু অনৌবা মপোক অমদা লাক্লবা হোৎনরুবনি।

খুঞ্জা ১ : তশেংবনি চাউখৎপা নুপী খুনাই অমা ওইরক্লবা হোৎনবদা অহানবদা নুপীনা নুপীবু মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংবীবা তঙাইফদে।

খুঞ্জা ২ : নুপী মশেল তুহৎনববদা মান্নবা নুপী খুনাই অমা কবয়া ওইথোক্কনি।

থোইনু : মরুওইনা মদুগী লানজঙনি ঐনা চঙশিল্লিবসু। ঐ ইশা, ঐগী ইমুং, লৈকাই, খুঙ্গং মথং মথং...।

খুঞ্জা ১ : অদুদি হায়বিয়ু - আদর্শবাদি অমগী চাউখ্রবা ৱাখল্লোন বিশ্বপ্রেম অদু করম্না হৌরকখিবগে?

থোইনু : ঐগী ৱারীসি তারগা শাওদবা, পেন্দবা অমত্তা লৈরোই হায়না ৱাশকপিয়ু।

খুঞ্জা ২ : তানিংবনা ঙাইঙমদ্রে পম্থবিরগনু, ঐখোয় ৱাশকচরি।

থোইনু : নুপী খুনাইবু অৱাংবা থাক্তা চীংখৎপদা মায়োক্লরক্কদবা পল খুদিংমক নমখায়বদা অঙম্বা মতেং পাংবীগনি হায়না।

খুঞ্জা ১,২ : ইবেম্মনা পামলিবদুমক ঐখোয় হোৎনজগে।

থোইনু : ঐগী মিং থোইনু, কংলৈময়ুম ওংবী থোইনু লৈমা, কাছার বোনতরাপুরদগীনি। ইমা ইপা নৌনা কায়নখি, পোকমিন্নবা ইবুং ইপৱা কনাসু লৈজদে ইচে অনী নত্তনা। ঈগী হৌরকফম ইরমদম কংলৈপাক অসিবু অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা অমুক্তং য়ৌজনিংখি। নীংজবদুমক তাইবং মপুনা কুবিরবগুম ইচে অনীগী অয়াবগা লোয়ননা মফমসি য়ৌরকখি। মণিপুর তাইবং মহৈকোলগী মণিপুরী মশঙদা এম. এ. তম্বগী খুদোংচাবা ফংখি। লোইরকপদা ইপুরোইবা সনাথোইগা শকখঙনখি। ইংলিস সবজেক্টতা নেট,পি. ঐচ. ডি. ওইরবা ওজাগী অৱাংবা শিনফমদা

ঙাওজবা অতাংবা মীশক্লি। সরকারগী কলেজদা পার্ট টাইম লেকচররদগী হেন্না ফংখিদে। ইকুই কুইদনা ঐখোয় অনী য়ুম্বাল লম্বীদা চৎমিন্নরকখি। ইচানুপা মণিথোইবা থম্মোয় অনীগী মণি ওইনা তাইবঙদা ফাওরকখি।

(মৈ তপ্পা মমথখি)

# অনীশুবা উৎপা

## (ফ্লাস বেত্তা ঝারী হৌরকই)

**মফম:** সনাথোইগী য়ুম।

**মতম:** নুমিদাং পুং ৯.৩০।

(নোং নুংশিৎ খবা খরা হৌরকপগী মখোল তাই। তুমলমদাইনি।
তুমফম কাদা সনাথোই মচাগী মতৌ য়েংদুনা লৈ।)

সনাথোই : পাপা মমা অনীগী আশা কয়ানা য়োমদুনা তাইবঙ ফাওরকখিবা ইচা মনিনে ... শাগৈগী মৈতাল অবাবা - মনিথোইবা।

থোইনু : (তপ্পা চঙলকই। মপা মচাগী মতৌদা থবায় তানা য়েংজে) ... য়াম্না মাল্লিকো, থা ফাওবা ফাদ্রি।

সনাথোই : মপা মানফাৎত্রি হায়রিরো (মচাদা য়েংদুনা লৈ)।

থোইনু : অদুবুদি মী খুদিংমক্লা - মসিদি মপা পুরা খোকচিল্লে হায়নরবনী (মনাক্তা ফমথে)।

সনাথোই : মপানা খরা হেন্না পামজখিবা মীকুপ্তো (নোকফেৎতং)।

থোইনু : ইকায়বদি খঙখিদ্রপোৎনি, অনম্না কল্লিবা ...।

সনাথোই : মদুদি নঙতনা, মমাইবেম্মতনা খঙগদবনি (... হরাওনা নোকমিন্নে, সনাথোইগী কোক্তা কীন্না লাম্মী ...)।

থোইনু : অদো ... তামো, হৌজিক্তি মশুনুপা মনি লাক্কবনীনা ইমাসে খরদি হল্লনিকো।

থোইনু : ১০

সনাথোই মশানা ভাবি, মগুনুপানা কাফৈ কাফৈ চৎলগা পু...পু... হানা খিগৎলগা কৌবকপদা কবয়া মবোক মপুবোক্কী থম্মোযনো মহী চেল্লোইদবা ।

থোইনু : ঐসিনা কবিগুন্না লমদমসিগী শেঞ্জাও পাযবা, সঙ্গ লৈবা ইমুং অমদগী ওইবল্লবদি ইমানা ঐবু অসি যৌনা তাথিবল্লোইকো।

সনাথোই : কদোমদৈ ব্বাফেনো অমুক ফেনজিল্লকসিনা।

থোইনু : পু-পাং শুদ্রবী, লাইবখ্রবী কাছাবগী মৈতৈ চনু কবিগী মণিপুবদা লাকখিবা...!

সনাথোই · হৈমা, লাক্লমদ্রবদি নঙ ঐ খঙনবমখিগদ্রা? লৌন-লৈনদুনা ইচানুপাকসে . ..

থোইনু : কাছাবদা পোকপি ওইজববসু ঈগী হৌবকফম লাইবৈবাক মণিপুববু কযাগী মতীক খোযদার্জখিবা।

সনাথোই : কান্নদবদা ।

থোইনু : লাইবৈবাক্কি খন্না লাকচখিবা লমদাম্ন। পুন্সিগী খ্বাইদগী মকওইবা তাঙ্কক তামোগী নতুংইন্দুনা যুমসিদা লাকখিবা নুমীত্তগীনি ইমানা ঐখোযবু ঈন্থোকখিবা, ইখুৎ চাবীখিদে। ঙসি ফাওবা হন্না যেংবীদনা লেল্লক্লি। ঐনা ফনা যান্না কৌজে। সেবা তৌজনবা কযাবক হোৎনজে। অবেম্বদা তাদুনা লাকই।

সনাথোই : মতম্না তপ্না তপ্না চীংশিনজবক্কনিদা ।

থোইনু : লৈকাযগী থৌদোক-ব্বাথোক, কুম্মৈ-হবাও কযাদা ইমান-ইমান্নবী কযানা মচন-মনেমশিংগা লোযননা হবাও হবাও লেন্নদুনা চৎমীন্নবা উবগা ঐনা লোন্না লোন্না কপচখিবা।

সনাথোই : মৈতৈ নুপী অখাঙ-কনবী, ধর্ম্ম লৈবী, লান্দবী হাযবদু

কাউগনু। ওহো...ইচাসে নঙনা চোয়রোল লোল্লিঙৈদা মপুক লাম্মেনে। তু ... য়েংউ।

থোইনু : হৌজিকপুদি ঐগী মীচঙ লাক্লবনিনা (মচাবু লৌখৎলি মতম্বাক্তা) ... কনাবুসু কীদ্রে, (খোল্লাং মায়োক্লে) মপা ফাওবা য়াওদ্রবসু মায়োক্লবা ঙল্লনি।

সনাথোই : খঙকন কনখৎলকইকো ...। অদুদি হায়য়ু, হয়েং চাউরগা নচা মনিসে করিদি ওইহল্লীংই।

থোইনু : হো ... অদোম্না মপানে, হান্না হায়বীয়ুদনা।

সনাথোই : মমানা হানবদি য়াদবা ফরে ... ঐগী ব্রাখন্দদি উকিল নৎত্রগা ডাক্তব।

থোইনু : উকিলগদি কয়া পামজদে, ডাক্তর ফাওবদি খন্নবা যাই।

সনাথোই : মকোকসে কয়াদা থেল্লিনো। উকিল, ডাক্তব হায়বসিদি রিটয়ারমেন্ট লৈতবনে, শেল অদুম থোক্তুনা লৈবনে।

থোইনু : তম্লুরিবা মহৈদুনা লৈবাক্কী লাইরবা প্রজাগীদমক থম্মোয শেংনা সেবা তৌনীংদবা উকিল-ডাক্তর কয়া লৈ।

সনাথোই : নহাক্কী মরৈসিদি ...! (নোং-নুংশিৎ খাক-লাউবা হেনগৎলি)

থোইনু : মরৈ নৎচদে, লোইরগদবা কেশতু পানৈ-পানৈদুনা শেল লৌনবা হোৎনবদা মীদুবু ফাঁসিগী কোঙ্গোয় তান্না পুশিল্লি। ডাক্তরসু মশাগী ফুরিংখাও চোন্নবা হোৎনবদা মবী লৈনদবা টেষ্ট কয়া তৌহল্লি।

সনাথোই : অচুম্বদা য়ুমফম ওইবা ক্রিটিকেল স্টেটমেন্ট সিদি নঙোন্দা লোয়না লৈরেনে। উকিল ওইরম্ববু য়ারম্বজাৎনি।

থোইনু : হোই য়ারম্বজাৎনি, পামখিদবা। যমরাজগী থোঙগাল য়ৌরবদা আমীল নৎত্রগা উকিল হাৎলুবগীনি হায়রবদি

মবালদু কোকপিদুনা অশিলমদগী অমুক হল্লকখি হাযবা ৱাবীসু লৈবির্বনি।

সনাথোই : সৈত্য কোকসিদি ঐনা ওইনা থেল্লস্মীহে। অদো ফবেনে তাঙনা ফংজবা ইচা মনিসে কবি ওইহনগে খল্লিবা।

থোইনু : হৌজিকমক্তি খবদং ঙনমনব্রা খল্লি।

সনাথোই : ইচাগী মঙলান শাগৎপদবু থেঙবা ঙনবা লৈব্রনে?

থোইনু : ইপা ইপুগী ৱাহৈদা ... 'অঙাংদি নীংথাদা খঙই' হাযনবসু লৈদনা। হাযজবগে নীংঙাইজাও। আই. এ. এস. ওফিসাব নৎত্রগা ডাক্তব, ওজাদা হাযবগনা প্রোফেসাবদগী তাদবা।

সনাথোই : নেপোলিযান্না পামজখিবা মমাদো মাল্লকইকো।

থোইনু : অদুক ৱাংনসু থাঙ্গৎপিনুদা, তাফম লৈত্রিবা পূর্ন্সনি।

সনাথোই : বাখল হাযর্বসি খক তোম্ভনা খল্লোযদর্বনি। হৌর্জিক্তি ইচা মনিগীদমক ঐখোয অনী চঙদুন হোৎনবগদর্বনি। ইচা মনি লিশিংগীদমক লাইবক থিবর্বী নুপী খুনাইগীদমক কখোকপদসু পাম্মুবোইদর্বনি (লাপ্পা নোংমৈ মখোল তাই। নোং নুংশিৎ নেমথখি। কাপ্পবগী মখোল হৌগৎলকই। অমুক অমুক নকশিল্লকই। হৌনা লাউবা তাই 'শুট - ফযাব' সনাথোই থুনা হৌগৎলি, খোঙ-খোঙনাওগী পূনা চেক তৌই। ৱা ঙাংনদে মচাগী মনাক্তা নকশিল্লি। যুমগী অকোযবদা খোংউপ বুটকী মখোল কযা তাবকই)।

থোইনু : তামো ঐখোয যুমসে কোযশিনখ্রবা মাল্লি! (পামবোম চোংই, থৱায মী কৌশিল্লি, মচাবুসু নাল্লি)।

সনাথোই : মানি, মসিদি মফম মতম নাইদনা থোক্তুনদা লৈববনি লমদমসিদদি ... খববদা হযেংদি ইবক্লনি - অশিবা মোর্গতা লৈবগী পাউ। (খোঞ্জেল নেম্না ৱাবী শাই)

পুলিস : (মপান্দগী লাউরকই) থোঙ হাংউ থোঙ হাংউ। (থোঙ থিল্লকই।)

সনাথোই : থোঙসে হাংলগা ব্বারী শানবনা ফরোইদ্রা?

থোইনু : (মপুরোইবগী মখুৎ ফায়) নত্তে নত্তে তামো, মখোয়গী মমীত্তা অচুম্বা ওইনা অমত্তা উবীরোই।

পুলিস : হাংদ্রদি কাউখ্বাইরগে (লাউবগা লোয়ননা থোঙদু নমখাইরগা চারাম্নরবা শাশিং পাযশিল্লকই, কাচিন কোয়া থুংনা চখায়-চখায়দুনা থি, কাংখ-লুখ কোয়েং য়েংই। সব-ইন্সপেক্টর মহেশ মমীৎ ঈ কানা থোইনু অমদি সনাথোইগী মমাঙদা লেপ্পি)।

মহেশ : কদাযদা লোৎখ্রে নহাক্কী পারী খোঙলোয়শিং?

সনাথোই : সাব ঐখোযদি খঙজদবা অশেংবনি।

মহেশ : করি খঙজদবা (খুপাক্না সনাথোইগী মমায়দা থাজিল্লি)।

থোইনু : কবিনো তৌবীবির্বসিবো অমুক্তা ঙাইবীখো।

মহেশ : লৈবাক ঈরাং হৌহনবা. শান্তি থুগায়বা, টেরোরিষ্টশিংবু চঙজফম পীবা, নরোল চুম্মু (ফুজিল্লি ব্বা খুমহন্দে)

থোইনু : ইশাগী হুমাংমন্না চম্না হীংজবা পুন্সিনি ঐখোয়। শামান লেঙমান্নবদা ওইনা তাইনবনা লেপ্পীরোইদ্রা?

মহেশ : হে নুপী নঙনা করি খঙই। নব্বা শোকই হায়দুনা নশোং ফল্লিবনিনে। নুপাসে মপান্দা পুথোকখো মরোল চুমহল্লু। অপাম্বা পাউখুম ফংদ্রিবফাওবা চখগদবনি।

থোইনু : নত্তে নত্তে হায়নিংবা পুম্বা ইমুংদা হাযবীয় (তান্নৈ মপুরোইববু য়ান্নৈ, থদৎলক্ষ্মী। মহেশ থোইনুগী শক্তম শওং শদা উবদা মঙক নোক্মী। মহেশকী গার্দশিংনা সনাথোই মপান্দা ওৎলি)।

মহেশ : থংনবা কাসিদা পোৎ থিরিবসি য়াওশিল্লু। ঐখোয় চৎখ্রগা পুলিসনা পোৎ হুৰীখ্রে অমুক শন্দোরক্কনি।

থোইনু : নখোয়না থিনীংবা থিয়ু ...।

মহেশ : মফম মতম চারে, থিগনি। (থোইনুবু লাক্তুনা কা অমদা চীংশিল্লি, নাকল অমদা সনাথোইবু অকনবা মওংদা ওৎলি, চৈনা খাঙলি)

থোইনু : (থোইনু মখুৎ য়াল্লি কল্লি) ঐবু শোক্কনু ঐবু শোক্কনু, (অঙাংসু কপ্লি) ঐ মমাগী মীংথোল ফংবদা ঙাইবিবী, ঈ নৌবীবী মৈনীং কুপ্লিবীনি, ঐবু শোক্কন্ ...।

(মহেশনা খুৎপাক্লা থাজিল্লি, মশা খরগা শোনবগা চৈনা খাংঙমদনা গ্যান মাঙনা তাই, মীকুপ্তুদা মহেশ মহাক্কী অপাম্বা মনিং তম্না লৌরী, খৌবোম থন্না ঈ চুপ্লবা মতুংদা খোংগ্রাও চেন চীংখৎলি, বেল্ট ফান-ফান থোরকই, ঈ কারবা মমীৎতু উইবী উইরী থৌব্রা-শাদনা লেপ্পুনা লৈ)

(গ্যান লাকপদা মশাদা থোকখিবা শাবমচৎকী থৌদোক্তু খঙলকই, খঙহৌদনা লাউবকই) ইমা ... তামো ... (ফিভম কায়না ব্রানা কপ্পা কপ্পা থোরকই, কপলিবা মচাবু কোনখৎলি, মমীৎ ঈ কানা শাওনা ...) হুই নঙনা পাম্বা লাল হৌবদু ফংলবা নৎত্রা? ঐবু শোকপা হাযবসি নশামক্কী নচল, নমাবু শারাক তম্বগুম্বনি। নজাতিগী নচল নচে ওইবীশিংবু ইকায় খুম্নবা উত্তুনা ঙাক-শেনগদবা নখোয়না অশোনবা থি থিদুনা ঈজ্জৎ খোংগোয়নরী,মীয়াল লানমীনা খুবাক খুদুনা নোক্করি ... হুম তুক্কচৈ ...। (মহেশকী মমায়দা তীল শিৎচল্লি, কপ্লিবা মচাবু কোনখৎলি)

মহেশ : (ফুরিংখাওদগী রুমাল লৌথোক্লগা মমায়দগী তিন

তৈথোকই অশাও শক্তানি) ও ... থৌনা ফবীনিনে, বন্দিৎ ক্যুইন - ফুলন দেবীগী মপোক্লিনে। (থোইনুদা চংশিল্লি)

থোইনু : চঙশিল্লক্কনু, ঐ শিবা কীবা নুপী নত্তে, মৈতৈ চনুনী। ফুলন দেবীনা মাবু ঈজ্জৎ তেমশিংনখিবা থাকুরগী কাঙবু রেপিষ্টশিংগী মথক্তা কবম্মা লমন খুমখি হায়বসু খঙলম্মোই।

মহেশ : যাম্মা খঙবগী ব্রানীনে, মৈবা শঙদদি নোংমত্তা লেক্তবী মৈরা পায়বী লুচিংবীনিনে।, (খাক্লা নোকই... মখোল অমা তাখি, গার্দ অমা চেনশিল্লকই)

গার্দ ১ : সার, শোযবদগী কাপথোকখ্রে, (সলামী কোৎলি)

মহেশ : কবি ...! (খুৎপাক্লা থাই, গার্দ অমসু ইমুং লোমদগী)

গার্দ ২ : সাব মাসি ওইনা (হেন্দ গ্রেনেদ অমা, নাইন এম. এম. পিস্টোন অমা উৎলি)

মহেশ : হায নদু, মদুদি প্রেস মেনশিংনা হনজিন হঞ্জিন ফোটো লৌ লৈরবা পিষ্টোননিনে, লৈবাক ব্রাথোক ওইনবক্কনি অমা শিল্লু ...।

গার্দ ২ : ফনি সার ... (সলামী কোৎলি, থোকখি) (মহেশ মবালনা মপোৎ ফারবনিন ব্রাখলনা লুমথবে, তৌফম খঙলক্তবে, য়েংদুনা লৈ মচা কোল্লগা কপ্লিবা থোইনুদা)

গার্দ ১ : সাব, মৈবা পায়বী মযাম য়োমশিল্লকপনা হাল্লনি চৎনবা তৌরসি।

(মহেশ ইথক থক্কৎলি, পাখৎলি, ইমুংলোমদা চঙগে তৌই, গার্দনা চিংদুনা থোকমিন্নখি, গাড়ী থৌখি।)

সনাখোই : (ফাওদোকখিবা নোংমৈ মখুল মথবাক্তা মখুৎনা মেন্দনা খোম্বোক কায়না উপ্রাক্লা শীৎ শীত্তুনা চঙলকই)

থোইনু : (মচাবু থম্মী, ফুক হৌগৎলি) কবিনো মখোয তামো তৌবীবিবা মতৌসিবো?

সনাথোই : ইপাগী মনি ... মনিথোইবা ... ইপাদি নমা নচাবু কুইনা ... লোযনৌ তন্নমদ্রমালে ...।

থোইনু : নত্তে ... নত্তে ... মদু ওইবা যাবোই, ননাইগী হকচাংদা খুৎশেমগী পাপ চঙত্রে, ননাইবু অমুক্তা ঙাকপিবমখো ... (কপ্পি ... সনাথোই চৈনা খাঙই) হৌজিক্তা নৎত্রা, নংহৌববোই মতাগুম ইচাগী মঙলান কযা শাগৎমিন্নখিবদো ...

সনাথোই : অখাঙ কনবী, ধর্ম্ম লৈবী ... নুপী ওইবীগী ব্রাংলবা ফিদম ঙাক্না চত্তুনা ইচাগীদমক শাগৎমিন্নখিবা মঙলান্দো তাইবঙদা মঙফাওনহল্লকউ। (বাহে মতৎ মতৎ ওইনা ঙাংই) লাইবক থিববী নপী খুনাইগীদমক হাংলকখো ...

থোইনু : ননাইদি অপঙবীনি... পুন্সিগী শাঙলবা লম্বী অসিদা ইমা ইচাখক্ত কবম্না চৎকনি। ইমাগী মনিথোইবা নপাবুংবু খাম্মু ... পাবুং চৎখিগদৌবে। (কপ্পি)

কবোক্লৈ : (মমা চেনশিল্লকই, মচাগী ফিভম উবদা) ইমাগী ইবুংঙো কবিনো নহাক্না তৌবম্মীবা মতৌ অসিবো।

সনাথোই : ইমা ... মবাইবক ... থীববী নমৌ অমদি ... নশুবু মীবাইবীগনু, নাইতোম ... তাবগী ... অব্রাবা ফাওহনবীগনু ...

কবোক্লৈ : নত্তে মদু ওইথোকপা যাবোই, নঙ ইমাবু ব্রাবৌদুনা চৎখিবা যাবোই। (কপ্পি মচাবু কোল্লি)

সনাথোই : থো..ই..নু, ইপা..গী ... মনি.. মনি... থোই.. (মখুৎ তিংথোবকই মচাবু লাম্মকই, থোইনুনা মচাগী মখুৎ ইনশিল্লি পুন্না শন্নৈ, সনাথোই অবোইবা শ্বব হোনখি ...)।

থোইনু : (কপ্পা) তামো .... ইমা ইচাসু নমাং থানা পুবীবো ।

কবোক্লে : ইমাগী সনাথোই ইচাবু থওইকদ্রে ইমাবু ব্রাবৌগনুকো সনাথোইবা ।

থোইনু : (মালংদা যেংদুনা অঙাওবীগুম লাওবকই) শম্বলনা হব্রাই মতোল চাবে। লৈমা লুখ্রাবী কযাগী মীকপ মীবাওখোলতনা অতীযা নীল্লক্লে। খুৎশেমগী মীৎ নাকোঙ পানবা লৈবাক্কী অঙম্বা কনাদনো ব্রাকৎলুগদবা ? ও... চৈনা ফঙলবী ঐগুম্বী কযাগী ব্রাবীনা ইতিহাস ওইদুনা লৈহৌবগা তুংলমচৎকী মীবোলনা অতৈ জাতিগী মমাঙদা মমায থাঙ্গৎচবা ঙম্লবোই। (পেনদবা শাওনিংবা)... অঙাং উনবা কুইদ্রিবী, ঈ নৌবীবী, মৈনীং কুপ্লিবী মচল মচেবু ঈজ্জৎ তেমশিংনবা ঙম্লবা ... মচা মপুবোইবমক্কী মমাঙদা . . মপুবোইববুসু নোংমৈনা কাপ্পুনা হাত্তোকপিবা, হুম ... থৌনা ফবা হুই, নঙতনা ফঙগনি গেলেন্টবী এব্রার্দ, প্রসিদেন্ট এব্রার্দ ..., (মচাদা ওনশিল্লি মপুবোইবগী খোংযা উফুল লৌজে, মবাইবক্তা হাপ্পি) ইমাগী মনিথোইবা, ইমা ইচাগী লাইবকসে ওম্বোক্লা থিনা তম্লমখ্রেদকো। ... (কপ্পি ... ) ।

(ফ্লাস বেক লোইখি, তপ্প তপ্পা মৈ মমথখি)

# অহুমশুবা উৎপা

## (অহানবা উৎপা সিন্দা হ৞্জিল্লকপা)

(অব্রা শক্তমদা মীৎলু ঈরা চেন্না লুকথদুনা লৈ। মখোয় অনীসু ব্রা হৌদোক্লবা ঙম্লদে, ঙহাক ইচিক চীকই মীত্তমক যেংলৈ)

খুঞ্জা ১ : ইবেম্মগী অসুক যাম্না শাথিবা থৌদোক অসিদি মালেমগী মফম কদায়দসু থোক্লমগনি থাজদে।

খুঞ্জা ২ : পীকচববসু মণিপুব থাজদনা থোকপা, তাহৈ-উহৈদবা থৌদোক্লা নোংমা কাংদ্রবনি।

খুঞ্জা ১ : বৃটিশনা মালেমগী মপু ওইনবা হোৎনবদা শোক্লখিবা লানফম, লান্দুদা শিখিবা লাম্মী- মীচম প্রজা।

খুঞ্জা ২ : নেপোলিযন, হিটলবনচিংবগী মীহাৎ - পূম্নমক অসিদি অতোপ্পা লৈবাক কযাবু লৌশিন্নবা হোৎনবদা থোকখিবনিদো।

খুঞ্জা ১ : ঐখোয়গী লৈবাকসিগী ঙসিগী লান অসিদি ঈ মশেলগী লান্নি।

খুঞ্জা ২ : কযাদা হকচীন্না খেন্নখ্রবা লানগী ব্রাহ্ম্লোক।

থোইনু : (মমায় তপ্পা হায়গৎলকই) মচিন মনাও নিংথৌ ফম্বাল মুন্নবদা থোকখিবা 'চহী তরেৎ খুন্তাকপা', অব্রা সেনাপতিগী লমজিং মখাদা পীক্লিবা অঙাংবু নুংপাক্তা হায়হত্তুনা হাৎপা, নহাবোল কয়াবুনা খুবাক্তা য়াইরীনা লেঙদুনা যণ হোইবগুম পুবা, মৈতে লাম্মীবু অতিয়াদা

লংখৎলগা তাদোন্না ওকপা, অশোনবা হনু- হনাশিংবু ইমুং অমদা পুন্না হোইজিন্দুনা থোঙ চেৎনা লোল্লগা মোরোক মৈ থাদুনা ঝাম্থ-ঝাম্থ লোক খুহল্লগা মথন্তা শিঙমদনা শিহনবা, চনু - নীংঙোল লৈশাবী মৌ নহাশিংনা মশাগী ঈজ্জৎ কঞ্জনবা অয়ুক নুংথিলগী মতমদা য়াইঙং হামোক তৈশিন্দুনা অশেংবা মশক লোৎপা - কয়া য়াম্না ঝাবমগনি মতমদো মণিপুরীশিং।

খুঞ্জা ১ : অঝাগীদি য়ুমলোন্নবা লৈবাক মণিপুরবু মখোয়গী মখাদা থম্নবা চঙশিল্লকখিবা লাঞ্জংনি।

খুঞ্জা ২ : ঐখোয়গী ঙসিগীসিনা মায়কৈ অনীগী মবক্তা মীচম প্রজাখক্তদা মফম মতম নাইদনা চৈবী-চৈথেং ফংহনবনি।

থোইনু : মানি, ঐগুম্বী কযাগী ঝাকৎ মশিং হেনগৎলক্লবনি।

খুঞ্জা ১ : হাযবীয়ু ইবেম্মা, নহাক্কী ঝারীগী পোলোই ফাওবা।

থোইনু : ঙাক্লৌ লৈত্রবা, শম্বল খাবীদ্রবা পুক্নিনা ইচুম-চুম্না অবেঙ খুদিংগী পুখখিবা তাক্কক কয়া লৈবী ...।

খুঞ্জা ২ : ঝারী লাইবিক কয়াদা অইবশিংনা হেঞ্জিন্না পংই-ইরগনা অশেংবা তাইবঙদগী লাপথোরকই, পানিংবা ফাওহন্দে।

খুঞ্জা ১ : ইবেম্মগীদি নশামক্তা তশেংনা থোকখ্রবা থৌদোক্লি। ঝারবসু লোইবা ফাওবদি তাহনবীয়ু।

থোইনু : ঐহাক ইচা মনিগীদমক, লাইওইখ্রবা ইপুবোইবগীদমক মায়কৈ কযাদগী লাকপা খুৎশেমগী অশাবা নোংলৈ নুংশিৎ কয়া মায়োক্লবা তাখি।

খুঞ্জা ২ : মৌ নহা পিদোল্লবী অমনা শাঙলবা পুক্নি খোঙচৎ চৎনবা হোৎনরকপদা থেংনরমগদবা কয়াদো।

খুঞ্জা ১ : অখাঙ কন্না শীংনবা, পূক্লিংগী থৌনাতনা মায়োক্লবা তাবনি।

থোইনু : মাযোক্লবক্লি। ইচাগীদমক, ঐগুন্বী নুপী খুন্নাইগীদমক ।

খুঞ্জা ২ : অশেংবনি, মী ওইনা পোক্লবদি তুংলমচৎকীদমক কবিগুম্বা খর্বদি তৌবম্বা কাউবোইদবনি।

খুঞ্জা ১ : ইবেম্মগী কেশতুদা চেন্নখিবা পুলিস ওফিসাব মাগী খোঙলোযশিং অদুগী মথক্তা সবকাবনা !

থোইনু : সবকাবনা, প্রমোসন পীখি। মাগী হুইগী লীচত্তুগীদমক। থৌদোক্তু নোংঙানবগী অঙনবা অযুক্তা ইপুবোইবগী থব্রায যাওদ্রবা হকচাং মোর্গতা পুখৎখি। প্রেস মেন মযামগী মমাঙদা ইশামক্তগী বিপোর্ট লৌখি। ঈ মত্নমগা পাঞ্জক ওইবিবা ইচাগা লোযননা ফোটো কযাসু নর্মখি।

খুঞ্জা ২ : লৈবাকসিগী প্রেসমেনশিং অসুক্কী মতীক এলর্ট ওইখ্রে। থৌদোক বাথোক্কা মখোযগা লোযনদুনা চৎপদুঙাই।

খুঞ্জা ১ : অদুদগীদি ...

থোইনু : জে. এ. সি. শেমদুনা লন্নাই সংস্থান, মৈবা পার্ষবী ইমা ইবেন কযানা অকনবা খোঙজং চঙশিনবীখি।

খুঞ্জা ২ : মার্নি চঙশিনগদবনি।

থোইনু : মহৈবোইশিংদদি অপনবা পিদবা - ষ্ট্রাইক কযা তৌদুনা লমচৎ নাইদবা মীহাৎপা কাঙবু মতীকচাবা চৈবাক পীনবা জুদিসিএল ইনক্বাবী তৌবা নৎত্রগা সি. বি. আই. দা শিন্ননবা কন্না তকশিনখি।

খুঞ্জা ১ : মমীৎ মনাকোঙদা মৈ ঙাঙনা ঈক্লবা যোৎচৈনা থিনদ্রি ফাওবা তাগন্দবসিনা সবকাব অসিসু...।

থোইনু : লাইবক থিবদি ঐহাক ইশাগী ফিভম ফৎচিল্লক্তবদগী নুমীৎ কুননিবোম হোসপিটালদা লৈখি।

খুঞ্জা ২ : নচা অপীকপদুমগা তৌবমগদবদো!

থোইনু : মবক্তুদা শকখঙদবা খবা লোন্না ইনাক্তা লাকখি। লুপা লাখ অনী পীবগে ঈবাং নেমহল্লো লোইশিন্নবসি হাযনা ঐবু থেল্লখি।

খুঞ্জা ১ : ইয়া ... কয়াদা উশিংখিদ্রবনো, পৈশানা লোযনা যাবে সিনীনে, মখোযনা খল্লিবো।

থোইনু : ইথস্ত নোকখি। হৌজিক্তি লৈবাক্কী ঈহৌ ওইখ্রবনি হাযনা পাউখুম পীখি। খবা লৈবগা অমুকসু লাকখি। হাযনবদা যানদ্রবদি মীশি মীনা থোক্কনি হাযনা কীহল্লখি। মদুনা অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবগুম থোকখি, মীযামগী ঈহৌ কনশিনখি।

খুঞ্জা ২ : মশানা তাবনী, যাদে হাযবদুমা খঙহনগদবনি।

থোইনু : মবাল লৈবা কলম্প্রিটশিংবুনা কনখত্তুনা থম্বা, শেলনা বাখৈনবা হোৎনবা সবকাবগী থৌবাংদা খোযশাওনববা প্রজাশিং মশামক্তা থোকপ'শুম শিবা নাবা কীনবক্তে। অমবোমদা মকোক মরু ওইনা চেল্লি-চোংইবা নহাবোলশিং থি-থিদুনা ফানবা হোৎনবকখি। অফাবশিং এন.এস. এ. পান্দুনা জেলদা থমজিনখি, কার্বফিযু চলাইখি।

খুঞ্জা ১ এ ... ফাবু ফাববা এন.এস. এ. মঙাইবে লৈবাকসিদদি।

খুঞ্জা ২ : নেসনেল সেক্যুরিটি এক্ট হাযবসি তশেংবদি কনাগুম্বা অমা লৈবাক্কী আইন, শান্তি বক্ষা থুগায়বগা মবী লৈননা হঞ্জিন হঞ্জন ফাববা, কোর্টতা পুথোক্লবা থাদোকখ্রবা অমুকসু ফাববা, মতমদুদা এক্ট অসি পানগদবনি।

থোইনু : অমবোমদা নোংমগী খুৎশুমন্না হীংজবা পুক্সি কযাগী ইমুংদা ওইবমগদবা লৈকংলাগী শক্তম, চীংনু মানুং লৌবুক লমহাংদা থাজবা মতম শুববা মনা মশিং কযা পৎ পুমদুনা মাঙলকপদগী মপুশিংদুনা শাওনীংলমগদবা, মহৈবোইশিংগী পুন্সিদা অকায়বা পিবীবা পুন্নমকসিগী খল্লগা ঐহাক হঞ্জানবকখি।

খুঞ্জা ১ : মপী মপা ওইবিবা সবকাবদি তুমিন্না কুম্মে যেৎদুনা লৈ। মী ফুবনা হোবী ওইজবা ফোর্স খবা থাদোক্লগা।

থোইনু : লৈবাক খুন্তাকলানশিবগা চপ মান্নরে, খম থেংনা ৱানরকপদগী ঈহৌদুগী মকোক থোংবশিংদা খোঙফম খরা হন্দোক্লগা য়ানবা পুরক্লবা হোৎনরো হায়জখি।

খুঞ্জা ২ : থাগৎনীংঙাইনি, নাকল অনীমক খোঙফম খরা খরা হন্দোক্লরগদি য়ানবা হায়বসি মতোমতা লাকচগদবনি।

থোইনু : খরা লৈরগদি থৌদোক্তুগী মেন কলপ্রিট মহেশ, মহাক্কী খোঙলোয়শিং সসপেন্দ তৌরে হায়না লাউথোরকখি।

খুঞ্জা ১ : অদুখক্তরা অতৈদি ... ?

থোইনু : জুদিসিএল ইনক্বারি তৌবা, এক্স গ্রেসিয়া লুপা লাখ অহুম, লৈখিদ্রবগী লোয়নবীদা মশাগী মহৈগী থাক্কা চানবা থবক অমা পীবা অসিনি।

খুঞ্জা ২ : লুবীবদি লাওথোক্লগা ঈরাং নেমহনবগী হৈনবী সরকারদা লৈবসিনী।

থোইনু : অশেংবনি ইনক্ববি গী থাক কদায যৌখ্রে খঙদ্রি। লাকখিবদি, রিপোর্ট লৌবা কযানি।

খুঞ্জা ১ : থবক্তুগী মতাংদি ...

থোইনু : (মরৌ লৈনা নোকই)চোঙখৎলকপদা মযোল ককথৎপিখ্রবী পুন্সিনা করিবু পান্নুখিনি।

খুঞ্জা ২ : মশানা তাবনি। এক্স গ্রেসিয়া গী ...

থোইনু : শেনফমদুবুদি ইচানুপাগী মীংদা মীয়াম্না বেঙ্ক তা ফিক্স দিপোজিৎ ওইনা থম্নীখি।

খুঞ্জা ১ : যাম্না ফবা ৱানী। অঙাংদুনা মপুঙ মরৈ ফারক্লগা চাউরবা লম্বী অমদি ওইরনিদনা।

থোইনু : মতমদুদা ঐগী কাছারগী ইচে-ইনেম, ইবুং-ইপৱা কয়াসু লাক্তুনা হংবীরখি। মীনোক মৈশা মরক্তা অদুম্না তোন্না হীংগদবা ওইরবদি চৎলসি কাছারদা হায়না পান্বোম তীংবীরখি। ইপুরোইবগী য়াতাফম ওইখিবা মফমসিনা

ঐগীসু অরোইব ওইজগে, শাঙলবা পুন্সি খোঙচৎকীদমক য়াইফ-থৌজাল ওইনা পীবিরম্মু হায়না নীজহৌখি।

খুঞ্জা ২ : য়াম্না পূক্লিং নুংশিবা ইবেম্মগী ব্বারীনি। তশেংনমক সতী হায়বদুনি ইবেম্মগী মপোক, মখা তাথবীয়ু ইবেম্মা।

থোইনু : ঐগী ব্বাবী অসিদি তম্বদা থাজরোইদবা ঙাক্তনি। মশাগী মরালগী মতুংইন্না মমিং ওইনা সস্পেন্দ তৌদুনা লৈরকখিবা মিষ্টর মহেশ থা তরুক লৈরগদি ইন্সপেক্তরগী থাক্তা প্রমোসনগা লোয়ননা থবক হনগৎলকখি। ফোটোগা কোন্ননা খবরদা চাউনা ফোঙলকখি।

খুঞ্জা ২ : মতমসিদা শেল, সঙ্গী শক্তিনা ঙম্লোইদবসিবু কবিনো ... ?

থোইনু : লাইবক্তা অমুবা চন্দল থিন্দুনা ইচা কোন্দুনা লেল্লিবী ঐগী ইফমদদি নোংম নোংমগী মৈরী থোক্লা চাকখৎলকখি। খা চীক্লা খাঙজখি, নৌরিবা ইচাগীদমক।

খুঞ্জা ১ : ফোটোগা কোন্ননা খবরগী ব্বারোল উরুবদা থোকখিবা থৌদোকশিংনা অহীংবা ওইনা মাঙদা চোংথোরকপা তাবনি।

থোইনু : ইপুরোইবগী চহী কুমওন লোইখ্রে। ইচাসু কাফে-কাফে চৎপা হৈরক্লে। নুংশিবনা ঙাওবা হায়বদু য়ৌরক্লে। ইমুংদনা কোল্ড ব্বার অমমুক হৌরকখি।

খুনাই ২ : নমা নচাদা লৈবা ইমুংদুদা করম্বা কোল্ড ব্বার ?

থোইনু : ঐখোয় অহুম্নি। লাইওইখ্রবা ইপুরোইববু পোকপি ইমাগা।

খুনাই ১ : ইমাগী ব্বাফমদি নীংবু নীংশিংলুদে।

(মৈ মুৎলি)

# মরিশুবা উৎপা

## (ক্লাস বেন্তা ৱারী হৌরকই)

**মফম:** থোইনুগী যুম।

**মতম:** অযুক পুং ৮.৩০।

(লাইখল তানা শাবা মৈতৈ যুমজাওনি, তনাল-তনাল্লি। মাঙ্গোল নাকল অমদা ফিশাকোল লৈ। ফমেন্দা ফক অমা থাই। মযাইদনা থোইনু ফি তাইনবা মেচিন থৌবী। অতাইবা, তাইদ্রবা ফি নাকন্দা থুগুনা লৈ। অযুক্কী থবক পূম্নমক লোইশিল্লবা মতুংনি। ধুব থাউমৈ কৎপগী পেংৎলমর্শিং তুলশিবোং অমদি মাঙ্গোলদা মফম চানা লৈ।)

কবোক্লে : (অযুক থেঙনা হৌগৎলগা নুংশানা নম্মুবগী হকাম ৱা ৱা চন্না মশম মনা লোইশিন্দনা থোবকই। কোবৌহনবা খুবম্মী। তীংলি যাংলি। মমৌনা তৌবীবদু পৈবপ যেংই) নুমীৎসিদি আ ... ৱাতোল লোম্মম্মেদনা। অসুক যাম্না থেংলসিবো হৌদোবক্তেনে। ইবেম্মা নঙসিদি ...

থোইনু : (খুমদে, যেংসু য়েংদে, মাগী মথৌদু তৌদুনা অদুম চথে)

কবোক্লে : অঙাংদি তুমলিববা?

থোইনু : অহোই ইমা। (মখুত্তি লেপত্তে, শুমাংগী চপুতলা মচাদা তুলসি অমা নুংশিনা হৌবী। মখা শংগোয পিকতকপা অমা মমায অৱাং ওন্না শাই। মদুদসু ফি হৌনবা দ্রম

লৈ। শুমাং মতোন্দা মখল কয়াগী মনামশিং, হৈরোনা লৈতেংলবা ইংখোল মচা অমা শন্দোকখ্রি, ময়ামদু য়েংন-য়েংনা লৈবাক্লে চুবী মখা য়ৌশিল্লকই)

লৈবাক্লে : ইবেম্মা লোইরবরা ইন্দোমচাগীদুবো?

থোইনু : অহোয় ইন্দোমচা লোইগদৌরে। লেঙখৎপিবকউ (মোরা থাই)।

লৈবাক্লে : কবিনো ইচে তুম্বা হৌগত্ত ঙাইহিরিবরো, ওম্বোক্লা দায হল্লেদা।

কবোক্লে : হকচাং কযা নুংঙাইতে লৈবাক্লে, অদুননী। (তন্না খুম্মী)

লৈবাক্লে : ফজত্রবা ইংখোলসিগী মনা-মশিংসিদা পুবগা চৎলসু হকচাং শাজেল ওইনা ...।

থোইনু : যোন্নবকা য়াওপোন্তেদা ইন্দোমচা। লৈবগা চাদনবা ইমা ঐখোয়নী অশংবা মতমদা থাজিনবনি।

লৈবাক্লে : (শুমাং মতোন্দা লেপ্তুনা খুদোম্বীনা থিন-থিন্দুনা) পিকচরবসু কযাদা মগুণ লৈত্রবা ইংখোন্নো। ফি শাবদা ফিবান হকপদৌনা হৌবিবা হৈ-লৈ মখল কয়ানা ইকোয কোয়শিন। তিলহৌ, চনম, ফদিগোম মরোই নাপাকপী নাকুপী, কোবী, আলু, হব্বাই থরাক হব্বাইমুবীনা মপুক থন্না হৌরিবা। হঙ্গাম মকাগসিনা গে গে ফজবিবা ফৈদোম চুরিসিদা, ইমায়পেম্মা অহাঙবা মচেৎ অমত্তা লৈতেদকো। হেক চঙলকপদা হী য়াই চেনবা য়ুম্বাল হায়বদো থোকইদকো।

থোইনু : ইংখোল য়েং লৈরে। ইন্দোমচা লোয়শিল্লক্লে য়ারদবা অমুক্তা য়েংবীয়ু।

লৈবাক্লে : (মাঙ্গোন্দা কাখৎলি, ফম্মী) কদায় কদায় (ফি য়েংই) মপান অনীগী মচিনগসি চপ মান্নে। কদায় নঙনা শাবদুদি?

থোইনু : অমুক্তা লৌথোকচরুখিগে (ইমুংদা চঙখি)।

লৈবাক্লে : (ফি য়েংন য়েংন) ইচে ইবেম্মা নমৌসে লুনা তৌবীয়ুকো। ইংখোল কোইরে মখুৎ থুন্না হায়বদু থোকই। ফি শারে কয়াদা মচু তাপ্লবা। অঙাং মচা সিমসু চেল্লিবা। বাজারদদি হেক থাবগা মানা শাবা ফিসে পরপ পরপ মুন্নরিবা।

কবোক্লে : লৈবাক্লে নঙবু ফি লৌবা লাকপা নৎত্রো?

লৈবাক্লে : মানে, ফি লৌবা লাকইবনে।

কবোক্লে : অদু পুরগা কোক চৎখিবা যাদ্রা? (খরা কল্লপ)

লৈবাক্লে : চৎখিরোই, খরা ঙাঙখিদৌরি। ঐ ইচেবুদি য়াম্মা শাওনীংইবনি।

কবোক্লে : ঐনা নখোয়দা করি কায়ব্রদনা?

লৈবাক্লে : মরাইবক থিরবী নমৌ অসিগী মরমদা হোতেলদা লৈকায়দা শুনীংদবী কয়াদা নত্ত নত্তবা কয়া হায়বীরিদুবো?

কবোক্লে : মদুদা নঙগী মাঙজবা তোঙজবা করিনো?

লৈবাক্লে : লাইবক্তা অমুবা চন্দল থিঞ্জ, লৈকায় ব্রাংমা লাঞ্জদ হীংনবগী লানফমসিদা কয়াদা থৌনা ফনা মায়োক্লরিবা। অহীং তুমদনা ফি শারি। পোথাবা ওইনা দ্রমসিদা মীগী ফি কয়া হৌরী। খুনেক কয়ামসু মেচিন্দা তাই। ঙাইহাক্ত শংজদে। ইমুংগী কুপনোম, লাই তিনগী থবক অঙাংসিসু চেল্লিব। মসিদা ইচেনা মতেং খজিক্তং পাঙবীবগী মহুত্তা মখুৎ চায়গা চাদেগা, আ দাগফম লৈরবীনে, মহাকথক্তা ইচানুপাদো হাৎপিখিবনি, অস তাহৈদবা হায়হৈদবা ঙাক্তনি।

থোইনু : (ফি পুরগা থোরকই, মনা মশিংগী খাউসু য়াওরকই) ইন্দোমচা ফিসে নিপান্দনি, তরাশুবা ঙমদ্রে। অশোই

অঙাম য়েংবীরো। অহানবা হেকপনি হায়দুনা হৱাইমুবি হৱাইথরাক খরদি লাইনিংথৌদা কৎলে। সি পুবীখো য়াম্বদি নত্তে, পিজনীং তৌবনি ইন্দোমচা।

লৈবাক্লে : কদায় কদায় (য়েংই) মরুগসে চঙ চঙ হেক লাউই ওম্বোক্লা ফজখ্রেদা (কবোক্লে চঙখি)। অদুনী ইমৌসিদি ঐখোয়গী ফজঙ্গবা চৎনবীনি। অহানবা হেকপা নুমীৎসিদি লাইনিংথৌ সনামহিদা হান্না কৎলগা ঐখোয়না কোন্না ফংগদবনি। ফিগসিসু অমত্তা শোইরম্মরোই। নঙনা শাবসিনী ময়াম্মা তান্নরীবসি।

থোইনু : কদায়দগীনোদা, ইন্দোমচানা নুংশিবীদুনা পংথাদা থাগৎপিরে।

লৈবাক্লে : ইশুদি তুমলিবরা ?

থোইনু : ঙসাই হৌরম্মবনি, শুম্বদগী অমুক তুমথখবে।

লৈবাক্লে : তুম্বা চাবা মতম নাইবীয়ু। নঙসু নশা শোক্কনি খরসু পোথাও। হকচাং ফৎত্রবদি নচাগীদমক্তা চৎকদৌরিবা শাঙলবা পুন্সি খোঙচৎ অসি করম্না ওইথোক্কনি।

থোইনু : খঙদে ইন্দোমচাহোই খরা লাকপিরগা আশা লৈরিবোই নীংই পুন্সিসে।

লৈবাক্লে : নপূক্লিং শোম্বৰা য়াদে ইবেম্মা শীংনগে খল্লবদি থৌনা হনবা য়াদে। ধর্ম্ম কায়দনা অচুম্বা পাম্বৈনা খুৎশেমগী নোংলৈবু মায়োক্লগদবনি। মদুতদা শীংনবগী মায়পাকপা মহৈ ফঙগদবনি। ইসে, ঐ থেংঙ্গে, অতৈদগীসু খরা খোম্মুগদবা ৱাৎলি।

থোইনু : অহোয় ইন্দোমচা, য়ৌবীরো।

লৈবাক্লে : হায় ... ঙসিদি নমাসে খরা পায়রম্মবনি, খু-শেল্লু।

থোইনু : ইন্দোমচানা ঙাঙথোরকপসিদি।

লৈবাক্লে : শেল্‌সি পার্যশিল্প। লুপা লিশিং অমত্তনি। কোন্না পানবসি, ঐনা হাপকদবা খবা লৈবমখিনি।

থোইনু : আ ... ইমাদ' ওইনা পীবিবন্মু ইন্দোমচা।

লৈবাক্লে : থিদা ... মসিদি, নমা অসিগী মতৌনে, শীৎলিবা মতমসিগী নুংশিংনে। খজিক্তংদা খঙউ কৈদৌবগে। পুক ফদোকপা ঙাক্তনসু চৎনবা যাবক্তবনি। নঙগীদি হৈ হেকপসু খুনবসু অনীমক নশানিদো। পঙশিন্নবা খঙশিন-উশিন্নদবসু খবা তমশিনগদবনি। - ঐ চৎলেহে - (পোৎ-চৈ পুদুনা থোকখি)।

থোইনু : (যেংদুনা লৈহৌই, কবিগুম্বা খবা ফাওবকপগুম) ঐনা ওইবিবা পুন্সি মহিং, চৎকদৌবিবা শাঙলবা খোঙচৎকী তাঙ্কক কযা অসিদা ইন্দোমচানা হায়বীবম্মীবা ৱাহৈশিং অসি কযাদা অর্থ লৈত্রবনো?

কবোক্লে : (ফীংনা থোবকই, কোযেং যেংই) চৎত্রববা ৱাকাই শুবীদো। কবি থোক-এদনা তৌজ শাবীনো। মথৌ নত্তনা মথৌ থিবীবদনা। হুম গধা তাজগে লাকইবনিনে।

থোইনু : (খঙলপ তৌই, মোং হাদনা মখা চৎথৈ)

কবোক্লে : ইমৌ ইবেম্মা, থবকপুদি য়াম্না কল্লি। (খোঞ্জেল নৌবপ্না

থোইনু : তাকপিযু ইমা।

কবোক্লে : শাঙলবা পুন্সি খোঙচৎ অসি শেলতনা পাম্বে ওইদুনা চৎলিবনিদো। শেল ফঙনবগীদমক্তা লম্বী লান্না চৎপসু যাবা নত্তেদো।

থোইনু : খুনাইসিগী চৎনবী, ইশাগী ইকায়খুম্নবা অনীসিমুক মকওইবা অমা লৈতববা খল্লি ঐদি।

কবোক্লে : অঙাং অমত্তং ঙায়বীবি, তগৎ-তগৎ তেক্লিবী, নশক্লা

লময়ৌনা ফজবী নহাক্কা খবা কেশিন-খোচিন্দুনা পান দুকান নৎত্রগা কববাব অমা তৌরে খল্লো। মতমসিগী তম্নলাইশিংগী নীশা শান্নফম মকোন ওইনা উনবক্কনিদো।

থোইনু : যুমদগী মপান কযা থোক্তুনা হোৎনবিবসি ফাওবা মপুঙফাবা ঙমজদে। (মথৌ অদুম তৌই)

কবোক্লে : লাকপা, চৎখিবা, লেমহৌবা অহুমসিগী অঙ্কদনিদো মীওইবনা শু-নোম্নবিবা মযামসে।

থোইনু : ইশাগী অশেংবা হুমাংমনতনা, ঈজ্জৎ লৈনা শুজবগা খরা যাম্না লেমহৌনবা হোৎনবা তাবনি।

কবোক্লে : পাঙলিবা শিনফমদুগী মখা-পোল্লি।

থোইনু : অশেংবনি লাখকী করবাব তৌবা কাঙবুনা লাখ লাকপা, লিশিংগীনা লিশিং লাকপা। ঐখোয়গীসু হৌজিক ফাওবদি ঈশ্বরনা থৌজানবীবি হায়না লৌইদা।

কবোক্লে : নোংমগী খুৎশুমন্না হীংবা হায়বসি ঙম্লক্তবা, নারক-য়েকলকপা মতমদদি শোখবা-পুশিনবা হৌবকই অতোপ্পদগী।

থোইনু : মসিদি মহৌশাগী খোঙচৎনি। ঐখোয়সু মনীং ফুন্না হীংবা পুন্সি মহীং অমা ওইনবা কন্না হোৎনবা তাবনি।

কবোক্লে : মনীং ফুন্নবা হোৎনবদা লুখ্রাবী মীংথোল ফংলবী নঙ-ঐখক্তনদি করম্না ওইথোক্কনি।

থোইনু : লুখ্রাবীসু মীনি। ইশাগী ঈজ্জৎ ঙাক্লা, শু-নোমদুনা হীংবা অদুবু অচঙবা পুন্সি কৌই।

কবোক্লে : পীক্লিবা নচানুপা অসিনা লাইরিক-লাইশু তম্বা হৌরকপা চাউখৎলকপগা লোয়ননা খরচসু হেনগৎলক্কনি।

থোইনু : হেনগৎলক্কদবা খরচকীদমক হৌজিক্তগী হৌনা থৌরাং তৌদবা য়াদে। মাতনা শাগৈ অসিগী লমজিং মৈবা ওইগদৌরিবনি।

কবোক্লৈ : পূম্নমক ওইথোক্লবা হোৎনবদা শেলখক্তনসু য়ারক্তে। পাঙ্গলগী শক্তিসু মরুনি। শক্তিদুনা শম্বল ওই, পূক্লিং ব্রাখল নুংঙাইনা থবক খুদিংমক পাঙবা ঙমগদৌরিবনি।

থোইনু : (খঞ্জানৈ) ইমাগী ব্রাফমসিবু ...।

কবোক্লৈ : নুপী নুপা অধিকার ফনা মান্নরবসু মীৎয়েং খেন্নে। য়ুম পানবা মতমদা নুপা য়াওদবা য়ারক্তে।

থোইনু : পাঙ্গলগী দরকাব ওইরকপদদি খা-ব্রাংদা শাগৈসিগী ইবুং-ইপ্না ময়াম অমা লৈরিনা।

কবোক্লৈ : মদুনা তুং কোইবা মতেং ওইবদি য়াবকলোই। মফম মতম নাইদনা থাদোক্লবা তৌদনা, থব্রায় হুকচাং অনীমক অমত্ত ওইনা শরুক য়ামিন্নবা চঙই।

থোইনু : ইমাগীসি ঐ ভাব তাবা ঙম্লক্তবে।

কবোক্লৈ : নঙনদি খঙলরোই। মোইরাং লমখাইদগীনি। লাইওইগ্রবা নকু ইবুংঙোগা মকুপ শানরম্বা ইমুংনি। ওম্বোক্লা লুনা তীন্নব্রবা। থৌদোক-ব্রাথোক অমত্তা চীখনদে। কোক্তা চীকই তাবদা মফম মতম নাইদবমখৈ চেল্লকইবা। মচিন-মনাও মঙানি, অহুমদি ঐখোয়দা লৈরগা লাইবিক তমখিবনি। মচানুপা অহুম্দু য়ুম পানবা চহী ফাদনা নুপী লৈখিদ্রে। অমুক হন্না য়ুম পাল্লরোই হায়না লৈখ্রবনি। থবক মচা অমসু তৌজে। ঐনা মমাদা হায়জবদগী য়াবীরকপনি।

থোইনু : য়াবীরকপা হায়রিসিবু ...!

কবোক্লৈ : মনিথোইবসে মরাইবক থিরে। মপা নৌনা কায়নখ্রে অদুনা ইশুসিগী মপা শক্লা য়ুমসিদা লৈরগা নখোয় অনীগী অনৌবা পুন্সি অমা হৌনবা ইমানা শীনবনী।

থোইনু : করি হায়বা (মশা নীকই, হুমাং কাংই) ....।

কবোক্লৈ : করিসু কাযদে ইমানা যাবী। ঐখোয়সু লাইবক থিবে। লাইবক থিরুরবা মশেল পুনশিন্দুনা অনৌবা পুন্সিগী তান্নক অমা হৌবনী খন্দোকউ, ইমৌসিদি।

থোইনু : নমৌগী মফমর্দদি ব্রাহৈশিংদো ইমা, ইকোকথক্তা ব্রজ তাবগা চপ মান্নখরে।

কবোক্লৈ : অমঙবা নোংনা কুপ্তুনা মায়কৈ পুন্বা পুংমম মন্নুরবা অতিয়াসে, অঙাংবা নোংজাবীনা অমুক মহৌশাগী অতিয়া ওইহল্লকপগুস্বনি, ব্রজ তাবা নত্তেনে।

থোইনু : খুনাইগী মীনোক মৈশা, নুপী ওইবীশিংগী ধর্ম্ম হায়বসিদগী নাম্থোক্তুনা চেনবা য়াবক্লোই ইমা।

কবোক্লৈ : খুনাইসিনা লুপ্পাবী মীংথোলগা লোয়ননা মায়োক্লবিবা অব্রাবা কযাসিবুদি ব্রাহৈনা কোকহনবা গুন্নগদ্রা? মহাম তাববা খুনাইসিগীদমক ঐখোয়গী লম্বী খুদিংমক ইশানা মমহল্লদবা?

থোইনু : মী লৈতনা খুনাই লীংবা য়াদে। মীনা শেন্বা চৎনবীনা খুনাইসিগী পুম্নমক্কি। মহাম তারবা খুনাই হাযবদুদি মহাম তারবা মীতনা শেমজবনি।

কবোক্লৈ : অদুদি ঐসে মহাম তারে সীনিনে। (শাওগৎলকই)

থোইনু : ইমাবু হায়জবা নত্তে। মহাম তানবগী লম্বী থোল্লিবা হামচৎনরবা পুন্সিশিং অদুবুনি।

কবোক্লৈ : হৌগৎলকপদা ময়োল থদৎপিখ্রবা নমা-নচাগী পুন্সিবু খুৎশেমগী মীৎয়েং পুম্নমক্তগী থৈদোক্লবা, অনৌবা লম্বী অমা শীনবগী ব্রাতনী ঐদি।

থোইনু : ফিরোই লোইখিবা চহী অনী ফাওবা ফাদ্রি। লাইওইখ্রবা নচানুপাদুগী ফিদমগী ব্রাংমদা অতোপ্পা নুপা অমবু ইমুংসিদা পুশিন্দুনা মাগী মহুৎ শিলহনবা খুনাইসিগী চৎনবীগীসু মায়োক্তা...

কবোক্লৈ : পুন্সি তাঙ্কক কযাগী চৈনাখোল মায়োক্লবকপ্রবী ঐনি। অদুনবু লম্বী অসি তাক্লিবনি।

থোইনু : অতোপ্পা মীনা নোংমা ফাদোক হৌদোবকপদা ইমানা ভাব তাহনবীবমগদ্রা হাযবগা ইমানা ওইনা ব্রানোম্নুবিবা।

কবোক্লৈ : হৌজিক্কী মতমসিদা মচা মপুবোইবা লৈন-লৈন অতোপ্পা নুপাদা চেনখিবা, লৈশাবীনা অতোম্বী ওইখিবা, মচা ৫/৬ চেল্লবা ফাওবদা লৌন-লৈনবা নুপা-নুপীগী ব্রাবীন' কযানি।

থে'ইনু : মখোযদু মশাগী ফিদম লৈতবী, হৌজিক ঙহাক্কীদা খনবী অবং অবাক্তা তাউদুনা ঈবাংগী কৈথেলদা মহুম হাযবী মপূক্লিং ব্রাবকপা ঙমদবী ঙাক্তনি।

কবোক্লৈ : ঐদি মখোয অদুগুম ঈজ্জৎ হাদুনা যোল্লুবো হাযবদি নত্তেদনা।

থোইনু : ইমা, খুনাই অমগী চৎনবী, ধর্ম্ম, চাউখৎপা, ফিজেৎ চাকচা থকশি খাশি, কলা সংস্কৃতি, ফজবা যুম্বাল পুন্সি হাযবসি পাপ্তনা তাবগা শাবকই হাযনবিবা নুপী ঐখোযদা অযাম্বা লেপ্পনি। ঐসু নুপী অমা ওইনা মণিপুরী ঐখোযগী ব্রাঙলবা ফিদম, ঈজ্জৎ, ধর্ম্ম, চৎনবী, আদর্শনচিংববু যাম্না ইকায খুম্নজে। অসুক্কী মতীক কীনসু লৌজে।

কবোক্লৈ : ঐ লোযনা খঙই। নঙনা অদু যৌনা তাক্কদবসু নত্তে। অদুক হাক্লা লান্নসু লৌগনু। ঐগীদি থৌবাং পূম্নমক লোইশ্লবনি। সমাজনা য়াবা মওংদা মীযাম খঙনা লাই-তীনগী থৌবম পাঙথোক্কদৌবিবনি। (থোকখি)।

থোইনু : (হীক্লা কপ্পি) ... ইস ... হবে ... হবে, চীন্না পনবদি লায়বদনা খনবা ফাওবা খলহৈদবা ব্রাফম অসিবু থবক

ওইনা পাঙথোক্লবা শীল্লবকো! হে ঈশ্বর কবিনো ঐগী লাইবক অসিবু ...., ইবুংঙো, কবিগীনো ইমা ইচাবু মৈবকসিদা থম্বীবল্লিবা। (কপ্পি)

**(ব্রাখলগী অফবা শক্তম অঙৌবা ফি ইল্লি ফত্তবা শক্তমনা অমুবা ফি ইল্লগাথোইনুগী নাকন-নাকনদা স্পোট লাইটকা লোয়নন্না চোঙথোরকই, অতৈ শেংলি ইল্লিবা ফিদি থোইনুগা চপ মান্নে। থোইনুনা তুংদা হম্থরগা দীম ওইনা লৈখি)**

ব্রাখল ১ : হৈ অপঙবী, নহাক মণিপুরী চনু নিঙোল নংত্রা ? পাঙদবী অমগুম অদুম্না কপকদবা নত্তে।

ব্রাখল ২ : পুন্সিবু অদুক যাম্না হকচিন্না লৌবিবা কবিগীনো ? খবসু লাযথোক্না হীংবা তম্মু।

ব্রাখল ১ : নহৈ নশিং চঙখোন্না হৈববী, চীলহাও থিদনা শুনীং-নোম্নীংবগী ঈ চেল্লিবী, চংনবী অমদি ঈজ্জংনা নশাগী ধর্ম্ম ওইবিবী।

ব্রাখল ২ : চেঙলৌ শক্তম্না স্বৰ্গগী অপসাবাবু ঙমলিবী অউবা কনাগী থম্মোযনা ঙাওবোইদগে? মৈবানবী ওইনা ননাক্তা পাইশিল্লকদবা ঙাক্তনি। কবি ব্রাংলি নহাক্কী।

ব্রাখল ১ : শক-চু ফজবা থিবা হাযবসিদি ঈশ্বরগী খুংশেম্নি। লমচং, ফিদম হাযবসিনা ইশানা শেমজগদবনি। মদুনা নুপী ওইবী ঐখোয়গি ধর্ম্মনি।

ব্রাখল ২ : ধর্ম্ম ঙাক্লবা হোংনবদা হোঙলক্লিবা চৈথেং ফংদবা য়াবক্লোই।

ব্রাখল ১ : হোংনিংবা হোংজসনু, অথিবা মচুদগী লাপ্না লৈনবা হোংনগদবনি।

ব্রাখল ২ : খুদোংচাবা ৯৬যবসিদি অনীরকশুনা হল্লক্তে হাযনবিবনি।

ব্রাখল ১ : খুদোংচাবা খবগাদমক ইশাগী ইকায খুম্নববু থওইদবা তৌরোইদবনি। মদু শুদনা নুংঙাইনিংবা, পাঙদবা মীতনা তৌগদবনি।

ব্রাখল ২ : ইমাগী রি মেরিএজগী ব্রাফমসিদি উতাংবীগী মতৌমক্তি নত্তে। মতমসি ফৎত্রবনীনা নাম্মা হাঙলবী নহাগী যুম্বান্দা সেক্যুরিতি দরকার ওই হায়বনি।

ব্রাখল ১ : শম্বলনা হব্রাই মতোল লাম লামদুনা চানীংবা মীকুপ্তা চাবীববা মতমসিদা নশাগী পূক্লিংগী অকনবা শম্বলখক নত্তনা কনাবুসু থাজরুনু।

ব্রাখল ২ : ব্রহ্মানা মপোক তবেৎলক তোপ তৌদুনসু মীওইনা পোকপা ঙমখিদে হায়বসু লৈবনি। অদুক নহা ওইবিবী নৌনা মকোক্তগী অমুক হৌবা যারীবা পুন্সিদু পাম্মুই হায়বগী ব্রানী।

ব্রাখল ১ : মদুদা করিসু নাচুংবা ফাওবীরুনু।

ব্রাখল ২ : নাচুংদ্রবদি অনীশুবা মপু অমগা লোযনদুনা অনৌবা পুন্সি অমদা চৎপনা ফরোইদ্রা?

ব্রাখল ১ : তানীংদে - তুক্কচৈ ... (কন্না লাউই শাওনা) ... হকচাং কয়াৎকী ইখৌ লাংববু খুদুম চনবা ঙমদবী কয়াগী অমোৎপা লীচৎনি মদু। অনীশুবা পুন্সি ... লাইওইগ্রবা নপুরোইব নখোয়গী অনীগী কামক্তদা অনীশুবা পুন্সি-হ্ম-অতোপ্পা নুপাগা ... অতোপ্পা শাগৈগী মন্ধ হুনবা ... হরে হরে ... (থবাক ফুই)।

ব্রাখল ২ : কান্নদবদা লান্না চৎখ্রে অদোমগী ব্রাখল্লোন্দু। সাবীত্রি, সীতা, কৈন্যগী মতমদো কুইরে থুপচিনখিবা।

ব্রাখল ১ : মখোয়দুগী ফিদম, ধর্ম্ম, অমদি আদর্শগী ব্রারীদি শিবা

নাইবোই। হীংদুনা অদমক লৈহৌগনি। অদুনা কল্লকপা মীহৌবা অপাম্বা থাদে -না পৃক্লিংগী অকনবা থৌনান' চীংদুনা থাক ব্লাংনা হা . . হোৎনগদৰনি।

বাখল ২ . পা পী অনীগী যুম্বানমিন্নবগী মহাওবু লমখাংদা ককথৎপা, সনা লুপানা যোমদুনা মশক থোক্লা আত্মাবু পেলহন্দুনা মাযথোং মকা লাম্লা হীংনিংদবা পুক্নি অতাঙবনি মতমসিদা ...।

বাখল ১ : নশাগী হুমাংমন্তনা তাঞ্জবা নবলনা শেমজবা পুক্নিগী মহাওমুক মমল যাম্বা অমা লৈতবনি। মীবোল তাদ্রিবা নচাবু খুৎশেমগী মীনুংশিনা কযাম কুইনা কোন্দুনা থম্বীগনি। নচাগী তাইবঙনা পুম্নমক্কি খন্না পেম্থোক্কদমনি।

ব্রাখল ২ : মবেক মহাও যাওদনা পেম্থোকপা' নামতা খুবা খুবাক্কী মখোল কৈদৌঙৈ কদাযদা তাবীখ্রবগে অমুক্তং খুদুনা যেংবীযো (খুবাক নামনা মতৌ তম্মী) হা ... হা ... হা... ( স্পোট লাইটকা লোযননা মাঙখি)।

ব্রাখল ১ : নপুক্লিং শোম্থগনু। নতুংদা ইন্নবিবা নমীদুমক নপুবোইবগী থব্রায মীবেন্নি খনগদবনি। নশাগী অশেংবা নবল ওইবিবা নচা মনিথোইবনা অমত্তা ঙাইববা তাইবঙনি। খোঙফম চেৎনা লেপ্তুনা খুদিংমক শীংনগদবনি ...। (ব্রখল ১ মাঙখি)

থোইনু : (থোইনু ইমুংদগী মচা মনিনা মমা ... মমা... কৌবা তাদে। মনিথোইবা কাফে কাফে থোবকই 'মমা ... মমা ..' হায়দুনা মমাবু কোনশিল্লি। মদুতদা থোইনু ব্রাখল লাকই। মচাবু কোল্লি, কপ্পি চুপ্পি) ইমাগী মনি ... মনিথোইবা ...

(মৈ মুৎলি)

# মঙাশুবা উৎপা

**মফম:** থোইনুগী যুম ।

**মতম:** অযুক পুং ৮ মুক।

(যুমদু ইতাক তাকই। মী অমত্তা লৈবা উদে। পোৎ চৈ লোইশিন্দবা খবসু চাইবি। লৈবাক্লে চঙলকই। কোযনা যেংই)

লৈবাক্লে : থোইনু .. থোইনু .. কনামতা লৈতববনে? মনি.. মনি .. ইশুথোইবা ... লোযনা চথোক্লখ্রববা? থোঙদি হাংইনে।

থোইনু : (মহৌশাগা মান্নদে। মমীৎ মমায় ইপোম পোম্মী, হৌজিক্তা কপপুবগা মমায তাবগা থোবকপনি) আ .. ইন্দোমচা লেঙখৎপিরকউ।

লৈবাক্লে : (মুন্না য়েংই থোইনুগী মায়থোংদা) কবিনো .. নঙবু ঙসিসে!

থোইনু : ফম্বীয়ু ইন্দোমচা (মোবা থাই)।

লৈবাক্লে : (কাখৎলি, মোবাদু চিংশিল্লগা ফমই) ইমাগী ইবেম্মা, শেংনা হায়য়ু। নহাকপু ঙসিসে কবি তৌববগে? নমীৎ নমাইগা ইপোম পোন্নদনা, খৎন-চৈনবা য়াওববা?

থোইনু : (অৱাবা লোৎলি) কবিসু তৌদে ইন্দোমচা, হকচাং খবদং নুংঙাইতবনি। (খোঙ্থোক কাই)

লৈবাক্লে : লোৎনবা হোৎনগনু। ঐ পুম্নমক খঙই। মী তিম্খংদি

তান্ন-তান্নদুনা য়ুবনী। চুমথোকপা য়াররোইদবনি। মপোক্কীনি। ঈদা য়াওখ্রবা। হায়য়ু কবি ব্রাহৌদগীনো?

থোইনু : হাযদোকপদা ওম্বোক্লা ইকাযবা ... চীন্না পনবদি লায়রদনা খনবা ফাওবা খলহৈদবা ব্রাফম্মি ইন্দোমচা (কপ্পি)।

লৈবাক্লৈ : কপকদবা নত্তে, নপূক্লিং শোম্থগদবসু নত্তে। হায়য়ু কবি করম্বা ব্রাফমনো ... ?

থোইনু : ইন্দোমচা ঐ ... ঐ ... হায়ররোইদা। (শুৎ শুৎ কপ্পি)

লৈবাক্লৈ : হায়দ্রবদি করম্না খঙগনি অঙাওবী (তকশিল্লি)।

থোইনু : (মখোল নীক্লা) পীক্লিবা ইচাসিগীদমক খনবদা ঐ ...।

লৈবাক্লৈ : অদুবু করি মতাংনো হাযবা ...।

থোইনু : য়ুমসিদা অতোপ্পা নুপা অমা পুশিন্দুনা ঐবু অমুক হন্না য়ুম পালহনগনি হাযবিবা ইমানা। (হায়ঙমদনা)

লৈবাক্লৈ : করি! য়ুমসিদা! অতোপ্পা নুপাগা, কদায়দগী? মা হেক পাল্লুরো হায়য়ু। হরে ... হরে ... ওহ্! ঙম্মীদকো নহাক্কী থম্মোয়সে, ইচে।

থোইনু : নুমীৎ হুপ্পি শুরে, ব্রাফমসিদা ঐবু ঈরাক্লহন্দুনা থল্লক্লিবা।

লৈবাক্লৈ : লাইওখ্রবা মচানুপাদুগী মহুৎশিন্দুনা লৈহৌরিবা মশুনুপাসিদা আশা পূম্নমক থমদুনা হোৎনগদবা মহাক্লা খল্লিবসি করিনো?

থোইনু : ঐদি অসিগুম্বা থবকসে য়াম্না কীজে, তুকসু তুক্কচে।

লৈবাক্লৈ : মসিগী নুপীসে মকোকসি বেরা লৈরবজাৎনিদা। নৎত্রগবু মচা মমৌদবু অসুম্না হায়ঙমগদ্রা?

থোইনু : ঐহাক শুনীং-নোম্নীংবগা লোয়না মাঙখ্রে, হৈনীংবা ফাওদ্রে ইন্দোমচা ।

লৈবাক্লে : মশানা তাবনি। মী খ্বাযনা হাযনববনি মাগী ইশৌ চক্রি মকনসিদা মচা মৱা ফাওবা পুনশিদ্রবনি হাযনা। ঐ খঙলে, মানা খল্লিবসে থবক শুংসু শুদনা ফমজা চাবগা লেনগেসিনি ।

থোইনু : ইচাসে থম্মগা থবক শুগদবা ফাওবা কীববনি ইমাগী মতৌসিদা ।

লৈবাক্লে : থোংগাল ৱাংমা লাঞ্জদবমখৈ ঙাইহাক্ত শংদনা শু-নোমদুনা হোৎনর্বিবা মমৌসিংগী মতেং পাঙশিন্দুনা চাউখৎনবদি হোৎনদে। মী খুদিংগী খৎনবা হৌদুনা লৈবে। মসিদি মহা বিগ্নী হাযবদুনি। শিসু পাক শিবোই খোযদৌ ৱা কাযদো শান্নদনা মী ওত্তুনা খাঙগদৌবা নুপীনি।

থোইনু : ইমাসে নুপী ওইবীশিংগী অৱাবা খুনাইসিগী চৎনবোল যাওদবা মাল্লি ।

লৈবাক্লে : অদু যৌনা খন্থবা ঙম্লগবু হাযহৈদবা তাহৈদবা মযার্মসি খোবকখিদ্রো? অৱাংবা থাক্কী নুপী, মীযাম্না ইকাযখুম্নবী অচঙবী নুপী অমা ওইগে হাযববদি অহানবদা : খ্বাযদগী লমচৎ শেংবী ধর্ম্ম লৈবী যুমগী নুপী, অনীশুবদা: খ্বাযদগী ফবী মমা অমদি অবোইবদা: খুনাইসিগী চাউখৎ থৌবাংগী হীবম খুদিংমক্তা পুকচেল শেংনা কখোক্তনা হোৎনবী নুপী, থাক অহ্নমসিবু মায পাক্লবদি মহৈ যানবা পুক্সি হাযবদো ওইববনি ।

থোইনু : (মপূক্লিং নুংশিনা) ইন্দোমচা ...।

লৈবাক্লে : মৈহৌবোন্দগী লীশাং শীৎনা চত্থবক্লিবা মণিপুৱী নুপী খুনাইগী পুৱাবী মশক খঙনবা হোৎনগদবনি। নুপানা পঞ্জাও শুজবগী ৱাতনী। ঐখোয নুপী ওইবীশিংনা লৌবিবা থৌদাংসিদি মালেমদা তমজনিংঙাইনী। নোং

ফুঙ ঙানবদগীনা গ্রহীং তুন্নমদাই ফাওবদা মীকুপ অমা পোথাদনা হোৎনবদা বাই কৌবা হায়খিদ্রবনি।

থোইনু : খঙদ্রে ঐখোয় ইমাগী থৌওংসিদি .. ।

লৈবাক্লে : কবিসু খল্লুনু। মৈ মনাক্তা লৈবগী মৈশা খরা ফংবা হায়বদুনি। মৈশাদু কীদুনা চেল্লুরগসু শওম ওক্লবগুম থোক্লর্বদি কমদৌনি ।

থোইনু : ফরে ইন্দোমচা, লাইবর্কাসিদা ইদুনা তন্নন্নবনি খন্না লেনবা হায়বদুনি। লুবিবদি ইমাবু ভাব তাহনবসিনি ।

লৈবাক্লে : উম তুমদবা মী হৌদোকপা লুই হাযবদুনি। নাখৈশেংনা মহাক্লা লৈত্রগদি ঐনসু নমা নচাবু কোনবা য়াইদো । মানা পঙতৌ তৌবা যাববা, ঐখোয় ময়াম লৈবিসিদি।

থোইনু : (পূক্লিং নুংশিনা) ইন্দোমচা নহাকসে ঐগী ইফমদদি হেক পোকপিবা ইমা ইপাগা পাঙ্খক ওইরবনি ।

লৈবাক্লে : নশা নউ শেংনা তক তনান্না লৈয়ু। ঐখোয় মণিপুরী নুপীদি চবা নাম্ম হেল্লসু শুমাং থেলোং, ইমুং মাঙ্গোল লুন-নান্ন, ফমুং ফানুং ফজনা থাদুনা ইশাগী ফিজেৎ চাকচা চেকশিন্না শেৎ-চাদুনা লৈত্রবদি হৈনদবনি। মীয়াম তীনবা দেব-কর্ম্ম, কুম্মৈ-হ্রাও থোকপদসু নুপী ঐখোয়গী মান্নবা ফিজেৎ লৈতেং কে-মৌবা পূন্নমক অসিনা মালেমদা মফম চাউনা কনবা ঙল্লিবনি। মসি খক কাউরোইদবনি ।

থোইনু : ইন্দোমচাগী মমল য়ান্নবা পাউতাকশিং অসিনা ব্রাখলসে পুমনৌ নৌহল্লি। অমুকসু তাইওন্ননা থোকহল্লি ।

লৈবাক্লে : করিগী তাইওন্নবনো? চহী কুন হেল্লবনি ঐনা-ফি করবার তৌরক্লিবা। য়েংলকখিবা মীৎয়েং কয়াগী অর্থ লোয়না খঙখি। ঙসিফাওবা ঐঙোন্দা নত্তব ব্রাহে হায়বসু ঙমদে। ঐখোয়নসু কায়রুদে। ইশাগী ফিদম ধর্ম্ম ঙাক্লা

চৎলক্লি। মীনা ব্যভারসু তৌবী, কীনা লুনসু খন্নে। ইমুংগী লৈকায়গী লৈবাক্কী থবক খুদিংমক্তসু চিখরক্তে। নখোয়সু ঙম্লবা হোৎনগদবনি। পৃক্লিং শোম্বুবা খক তম্মোইদবনি, শীংনগদবনি। ইহে নুমীৎসিদি আ য়ৌখ্রে। ঐনা ঙাংইবা ময়ামসি তারদি নমানা ইশম ফোয়বীগে হায়ররনি। ফিদি অমত্তা লৈত্রে?

থোইনু : নোংম-নীনিগুম্বা ঙাইবীরো, শুনা পীনবা হোৎনজরগে ইন্দোমচা ।

লৈবাক্লে : ফরে ফরে হোৎনরো। ঐসু ইচানুপী অহন্দু থা শুরে, হয়েংসি ঙহাক চৎলুবা তারি। য়ৌরগেকো। (থোকখি)

থোইনু : ফরে ইন্দোমচা য়ৌবীরো। কয়াদা থৌনা ফখ্রবনো, কল্লকচৈদকো ইন্দেমচা নহাক্কী ৱাংলবা ফিদম, লমচৎ। নচা নমৌশিংনা কয়াদা হরাওজরমগবা। (অঙাং কপ্লগী খোঞ্জেল তারকই) মনি মনিথোইবা ইমা লাকএ লাকএ (ইমুংদা চঙখি)। (কবোক্লে হঞ্জিল্লকই। মফম খুদিং কোয়েং য়েংই, অশাও শক্তানি, মোরাদা ঙেক ফমথৈ।)

কবোক্লে : থোইনু করি তৌরিবগে? থোরকপা য়াদবরা?

থোইনু : (থোরকই তন্না) করি হায়গে ইমা । (মচা মনি শম্মগা থোরকই)

কবোক্লে : নন্দোমচা লৈবাক্লে লাকলম্লা?

থোইনু : (লকক তৌই) আ... লাকলম্মী ইমা।

কবোক্লে : করিগীনো মানা ঐ লৈতবা তাঞ্জা থি থিদুনা য়ুমসিদা লাকইসিবো।

থোইনু : অৱাৎপা ফি খরদুগী হংবা লাক্লম্বনি।

কবোক্লে : ঐ খঙই। মানা মতোয়না হেক লাকইবমখৈদি ইমুংসিগী তুংগী ফনবা খল্লিবা শাগৎলিবা ময়ামসে অমত্তা ওইররোইদবনি।

থোইনু : মচানুপী অহন্দু মশা নুংঙাইতবগী পাউ লাকমানে। অঙাং উনবা থোক্লবদি নুমীৎ খরনিদি বাজার চৎপা ঙমদৌ মান্দে হায়। অরোইব' ফি লৈরগদি হায়দনা লাক্লব্রনি।

কবোক্লে : ফি হংবগী নমাদা মানা অসুক তোয়না লাকইবসে, ব্রা খরদি লৈরবনি। (খোঙ্হোক নৌথৈ) ইমাগী ইবেম্মা নঙবু নহান ইমানা হৌদোকপা ব্রাফমদুবো?

থোইনু : লাইওইখ্রবা ইপুরোইবগী মহুৎশিন্দুনা লৈহৌরিবা ইচানুপাসিবু মী ওইনবা শেম্বনা থৌদাং ওই লৈজরগে ইমা। (মচাবু য়েংই, নাপ্লি)

কবোক্লে : ঐগী থৌরাংসে ঐখোয় খুদিংমক্কী য়াইফনবনি। ঐনা হেন্না নুংঙাইত্রিবনি। ইবুকথোক্কী ইচানী। মথন্তসু পোকইবা। লাইবক থিগ্রে, কমদৌনী। লৈকঙলা ওইদুনা সুম লেনবদি য়াদবনিনা অনৌবা পুন্সি অমা হৌনবগী ব্রাখল খনবা তাবনি।

থোইনু : মপুরোইবা কাযনখ্রবী লুখ্রাবী কয়া মচা মশু শেমদুনা নুংঙাই য়াইফনা হীংবা য়াওরি। ঐনা অহানবসু নত্তে। লুখ্রাবীশিংগী চঙজফম লৈতবা মণিপুরী খুনাইসু নত্তে।

কবোক্লে : ঐনা হায়রিবা ব্রাফমসিসু ওইথোকহেদবদি নত্তেদনা।

থোইনু : মীরোল তাদ্রিবা ইচাসিগী মমাঙদফাওবা ব্রাফমসে ওঙ্হোক্লা ইকায়জে। ঙরাংদনি ফিরোই লোইখিবা। ঙসিনা অতোপ্পা মীতোপ অমনা লাইওইখ্রবা মাগী কা-মক্তদা... মসিদগী হেন্না চাউবা পাপকী থবক অমা লৈত্রবরা হায়না খল্লি ঐদি।

কবোক্লে : পাপ-পুন্যগী থাকন হায়দোক্নুনা অদু য়ৌনা খনজীনগদবা নত্তে। নশা নহানি, তুংগী শাওলবা লশ্বী অসি পাম্বে অমগা চৎমিন্নদুনা থবক খুদিংমক্কী মহৈ লোক্লবা হোৎনগদবনি।

থোইনু : ঈশ্বরনা মতীকচাবা পাঙ্গল পীবিবী। ব্রাখল খন্থনবগী থৌনা হাপ্পিবক্কি। মসিদগী হেনবা ইবলবু কবিনো? পাশ্বে হাযববু মসিনি।

কবোক্লে : মদু ব্রাহৈনী। থবক্কা ব্রাহৈগা যাম্না খেন্নবনি। থোক্লবগদা খণ্ডবনি। ইমানা হাযবিবসে অমুক্তগা হন্না খন্থখো।

থোইনু : ইমা নমৌবু ব্রাবৌবীনু (খুকম্মী)।

কবোক্লে : ঐদি চণ্ডশি শিবো সিনীনে।

থোইনু : ঐদি কবিমত্তা খল্লুবা লৈখিদে। ইমানা ফনবা হন্দোকহনবীখো ।

কবোক্লে : হবে হবে, চহী কুন হেন্না তিন্নবক্লবা ইমুং অমবু নহাকথক্তা মবী কক্লবা তাববা ' লৈশাবী অমগা চাউনা লুহোংবা যাবিবা নুপা অমবু চণ্ডহাৎ হাৎলবা ।

থোইনু : নুপাদি চামগী মপুনি। লৈবাক চাউই। অহেনবা তান্নবা লমদম্নি। লুখ্রাবী মীংথোল ফংবতা নত্তনা ঈজ্জৎকী অথিবা দাকফম লৈববী ঐগদি ইতীক ইপা চাজদে হাযজবনি।

কবোক্লে : মনিং মমাণ্ড থৎ থত্তনা খুম্বনা হৈবীবা, গুরু ফবনিনা। হৈ থকশি-খাশি নাইদবী, নহাক ঙসিদগী ইমুং অসিদা লৈবা যাবোই। মনিথোইবদি পুবা যাবোই। (ইমুংদা থুনা চণ্ডখি, পোৎ-চৈ লংখাযবগী মখোল তাই, ফিবোল খবা পুথোবক্লগা লংশিল্লি, থোইনু কপ্পি) ফদি ফবাশিংসে পুজখো। নঙবু কবি পুবকখিগে লুহোংবদা। কনাসু লৈত্রে হাযবদগী মযাম চণ্ডদুনা লুহোংবীখিবা নৎত্রা? ঐগী ইথক্তগসু কাখৎলক্লদনা। নথৌনা য়াম্না লৈবদি য়েংনবা তাবেদনা।

থোইনু : ইমা লৈকাযনা লুখ্রাবীগী যুম্বাল হাযনখিবা তাবে, ঐদি ইকাযজখ্রে ওম্বোক্লা।

কবোক্লে : করি ইকায়বা হায়বদি, তৌ ঙম্বীসে। মতম মাঙহনগনু নফি য়োম্মু, নশক্তু যেংনিংদে।

থোইনু : (কপ্পি) কনা লৈত্রবা ঐনা কদায়দনো চঙজফম থিরুগদবা। ইমানা ঐগী পূম্নমক্লি। ঐবু ইছোকপিগনু।

কবোক্লে : নুপী ওইজরবসু রা অনী শুনা ঙাংদবীনি ঐহাক। লেঙনবা তৌবীরো, আ ... নপাম লমদম কাছার হায়বদুদা।

থোইনু : অদুম্না তাকপিগনু ইমা। (কপ্পি)

কবোক্লে : কপশিন-লাউশিন্নদুনা করিসু কান্নবা ফংলবোই।

থোইনু : ইমাগী ইবুংঙো, ইমা ইচাগী লাইবকসে ওন্থোক্লা থিনা তম্লমখ্রমানে। ইবুংঙো নঙদি পূম্নমকসে উবীনিদকো।

কবোক্লে : অদুম্নগা তৌশিন্নরগা পেশ্খগদবা নত্তে খঙলবরা।

থোইনু : (থৌনা অমা লাকই) আইন হায়বা অমসু লৈবনিকো। ইমানা পংতৌ তৌবসু খরদি হেনমল্লি।

কবোক্লে : এ ... এ ... উকিল নেকউগে, পুলিস তাক্কে হায়রিবো। ঐবু ফানবা।

থোইনু : ইমানা লাকখিবগুম ওঙলকখিবনি ঐসু শাগে অমদগী ইমুংসিদা।

কবোক্লে : হায়বদি ঐগুম্না নহাক্কীসু হক চপ চানা লৈ সিনীনে।

থোইনু : মীনসু লাইনসু য়াবা চৎনবী ব্রায়েন্দা য়েংলুরগদি ইমাদগী ঐনা হেন্না মফম চাউরিবনি ইংখোলসিদা।

কবোক্লে : আইন কাননকা য়াম্না খঙবগী ব্রানীনে। যুমদাংবনা কৈনাবা, মীনাইনা মপু শারকপা, মদুগদি য়ারোই ঐঙোন্দদি।

থোইনু : ইমাগীদি পূম্নমক লাইওইখ্রবনি, লোইখ্রবনি। ঐগীদি ইচানুপা অমা চাউথোক চাউনা হৌরক্লি।

কবোক্লে : হায়রিবসিনদি ঐ ওইনা চৎখ্রো সিনীনে।

থোইনু : ফিভম্না য়ানরক্তবদগী ইমাগা ঐগা মবী তৎনখিবসু য়াই। শাগৈসিগী অমত্তা ঙাইরবা ঈ ইচানুপাসিগা মমা ঐগদি কনানসু লাপ্নহনবা ঙমলোই।

কবোক্লে : ও.. ও.. য়েংনবা তারেদনা, নরীল য়াম্না লৈরদি।

থোইনু : পূম্নমক ওইদুনসু ঐনা লানবা ঙাক্তনি। নমৌবু ঙাকপিয়ু ইমা, ঐগীদি কনাসু লৈজদে (কুপ্পদুনা খুরম্মী)।

কবোক্লে : হুম ..(কাল্লগা শাউনা চঙখি)।

থোইনু : (মচাবু কোল্লি, তরংদা য়েংই, মপাম লমদম নীংশিংলকই) তামহৌরবী ইচে, নখোয়দি ননাওগী নুংঙাইরবা কুম্মেগী পাউসে তারম্মোইকো। ঐ নুংঙাইরি, য়াম্না নুংঙাইরিয়ে ইচে ... । মসিরা পুন্সি মীওইবগী, মসিরা য়ুমপানবগী মহাও। লাইরৈবাক্কি খন্না আশা কয়াগা লোয়ননা লাকচখিবা হে ইমা নহাক্কী নসাইকোল ..। (থৌনা লাকই) অদুবু ঐহাক পাঙদবী অমগুম মীগী মখোঙদা খক তুরোই। ইশাগী ঈজ্জৎ ধর্ম্ম ঙাক্লা হীংগনি। নুপী খুনাইগী মায়থোংদা অমুবা কালি খক তৈশিল্লোই। ইপুরোইবগী ৱাশক ঙাক্নুনা ইচাবু মী ওইনবা শেমগনি। ইবুংঙো ননাইনুবীবু থৌনা পীনবীয়ুকো। (মনিথোইববু চেৎনা কোনশিল্লি, নুংশিনা চুপ্পি)

(মৈ মমথখি)

# ৬ শুবা উৎপা

## (অহানবা সিন্দা হঞ্জিল্লকপা)

(মখোয অনীমক হকচিন্না ৱারী তাই, ৱা ঙাংনদে, মীত্তমক য়েংনৈ, শ্বর শাঙনা হোল্লি, থোইনুগী মতৌ য়েংঙমদে)

খুঞ্জা ১ : অঙকপনিকো হে তাইবঙ, মসিদগী হেন্না ঙক্লিংঙাই অমমুক লৈতেদকো। মমৌ নুপীবু নুপা থিবগা পিবা.. !

খুঞ্জা ২ : য়ুমদা পুরক্লগা য়াওং ইলহন্দুনা থম্বা, মচানুপাগী মহুৎ শিন্দুনা .. !

থোইনু : (তপ্না হৌরকই) ঐগী অচুম্বা ৱাফম অমদি পূক্লিংগী অকনবা ফিরেপ্না ইমাদো ভাব খরদি তারবা মাল্লি ।

খুঞ্জা ১ : হা .. অদুক থুনা কমদৌনা (থৱায় যাওনা)।

থোইনু : মশু মনিবু পোরদনা পম্মদনা অমুক্তা, উখিদ্রিবা নুংশিনা লোয়নবগী মওংনি।

খুঞ্জা ২ : অতৈনা নত্তে মশুগী প্রেম্না জয় তৌখ্রবনি। চহী ১১৬-২ শুরকপা শ্বাইসিদি নুংশিবদা পুমঙাও ঙাওবা মতম্নি।

থোইনু : ইন্দোমচা লৈবাক্লেসু লাকখিদ্রে। মাগী ফি খরসু পিথোক্লুগে হায়না নুমিদাংৱাইরম অমা ঙহাক চথোক্লুবা নুমীৎনি।

খুঞ্জা ১,২ : (ঙক্লা) অদুদা কৈদৌরবা !

থোইনু : য়ুমদা মশু মবেনসু হরাওনা লাক্ল-ফান শান্নমিন্নহৌই। ওহ্োকপা মতৌ হায়বদুনি .. ।

খুঞ্জা ১,২ : হায়বীয়ু ইবেম্মা..।

থোইনু : ঐনা হঞ্জিল্লকপা মতমদদি ইচা মনি পুরগা চৎখিরল্লে।

খুঞ্জা ১,২ : করি, অঙাং পুরগা চেনখ্রবা !

থোইনু : অহানবদদি ঐ কা হেন্না চীংনবা ফাওখিদে। অশ্বায়ফাওবা মশু মবেন কোয়থোকপা ওইরমগনি খন্না ঙাইখি।

খুঞ্জা ১ : গুমভীরনা মী চারমদাইদা মমীত্তগী মপি তাই হায়বদুনিনে।

খুঞ্জা ২ : নুমীৎ খরনি অদুক লুনা তৌশিন্নরিদুদি মানা হায়রিবমখে য়ানবা মশুনা মঙোন্দা লুপ্লবা তারেদনা।

থোইনু : কৈরোই লৈকায় মথং মথং লান্দুনা হংজখি।

খুঞ্জা ১ : কনাসু উই-খঙই হায়রকখিদ্রবা ?

থোইনু : মমৈথংদা নুপামচা খরনা ভান অমা কন্না থৌদোকপা উনহৌবগী পাউ তল্লকখি।

খুঞ্জা ২ : মাদি অচেংবা তাঞ্জা ঙায়দুনা লৈরবজাৎনিদনা ।

থোইনু : ইচা য়াওদ্রবদা অহীং কযা তুমদ-চাদনা কপ্পুনতা লেনখি।

খুঞ্জা ১ : শা-ষণ ফাওবদা মমা-মচা কাযনবগী লাউ খোংবা মতৌ য়েংবা ঙম্মদ্রিবনি।

থোইনু : করম্বা মমা ওইবীনা খাঙবা ঙমগদবা চৈনানো ?

খুঞ্জা ২ : লৈশা-পাখং ফারবা ফাওবদা মতম চানা হঞ্জিল্লক্রবদি তুম্বা চাবা য়ানপোস্তে, মমা-মপা হায়বসিদি।

খুঞ্জা ১ : হনুবীদুনা মীরোল তাদ্রিবা অঙাংদুবু পুরগা লোৎখ্রিবসি নুংগী ব্রা খরদি লৈরমগনি ।

থোইনু : ঐসু খনবা হৌরকখি।

খুঞ্জা ২ : অঙাংদু মানা য়োকচদুনা শেম্বা তারগদি লৈরিবা লন-থুম, বেঙ্কতা থল্লিবা শেনফম পুম্নমক মানা ফংলগনি হায়বগী আশা অমসু তৌরম্বা য়াই।

খুঞ্জা ১ : অদুদা লুরিবদি বেঙ্ককি শেনফমদুদি ফিক্স দিপোজিৎনি।

মেচ্যাবিটি পোবিষদ য়ৌদ্রিবঙেদা হনুবীদু শিদোকখিবসু কনানা খঙবা।

খুঞ্জা ২ : কবিসু লৈতবা লন-থুম খবগীদমক নমা নচাগী মবীবু মানা থদৎপা ঙমগদ্রা?

থোইনু : ঐহাক তুমিন্না লৈথোকখিদে।

খুঞ্জা ১ : থেংনগদবনি, নচাগীদমক থরায থাববসু কীবোইদবনি।

থোইনু : ঐহাক কোর্টতা ব্রাকৎনবগী লম্বী থিখি। আইনগী অচুম্বা মীৎযেংদা মাযোক্লনব' থৌবাং লৌখৎখি।

খুঞ্জা ২ : মানি তপ্পা থুবনা মখল অমনি। মবাল লৈবা খুদিংমক আইনগী মখুত্তগী নাম্থোক্লনা চেনবা খক ওইথোক্লোই।

খুঞ্জা ১ : অদুনি হোৎনগদবনি। মখা অমুক লিথবীযু ইবেম্মা।

(মৈ মুৎথখি)

# ৭ শুবা উৎপা

## (ফ্লাস বেক্ত বারী হৌরকই)

**মফম:** উকিল দিলিপকী যুম।

**মতম:** অযুক পুং ৯।

(দিলিপকী চেম্বরদানি। টেবল চৌক্রি নান্না থাই। ফাইল খবসু তাদুন' লৈ। বুক কেস কযাদা মনুংদা আইনগী ওইবা অচৌবা অথাব' লাইবিক কযা উই। কেলেন্দব, ফক্লাং ঘড়ী, ফোটোনচিংবা মফম চানা চানা থেৎলি. যাল্লি। দিলিপ, ফাইল অমা হাংদুনা পাবী, চ্যেক তৌবী)

থোইনু : (লাইবক্তা চন্দল অমুবা থিল্লি। ফনেক মযেক নাইবা ১ শেৎলি, চুনী অমা ইল্লি। বেগ অমা পায। থোইদোক্লা হেন্না কেবসু তৌদে। মৌ অমা ওইবগী চপচানা শেৎ-চাজে, যাম্লা চম্লা। মীগী মীৎযেংদদি মীৎফম হোংদনা য়েংদুনা লৈনিংবা ওই)। সাব, ঐ লাকচবি।

দিলিপ : (ঙক্লা) ও... থোইনু চঙকও চঙকও, ফম্মু।

থোইনু : ফনি সাব (তপ্না চঙশিন্দুনা ফম্মী )।

দিলিপ : মেদাম গীতাদি উনদ্রবরা ?

থোইনু : ঐ মখোয়দা হান্না চঙজরুবনি। লনাই থবক অমগী চখোকপ্রে হায়দনা উনরক্লে। সাবগীদা য়ৌজবক্লিবসিনি।

দিলিপ : মানা কেশ অসি এসিষ্ট তৌগনি। মাগীসু অচৌবা দায়ত্ব লৈরিবনি। অদুগা ঐ'খোয়গী সেনিয়ারগসু তানবা লোইরবনি। শোয়দন, মায় পাক্কনি, য়াম্না লুবা ওইদে।

থোইনু : সার য়ারগদি খজিক্তং থুনা ..।

দিলিপ : থুবা হায়ববু ঐগী থবক্তি পেন্দিং থমদে। কেশ হায়বসিদি দরকারগী মতুংইন্না মতম খরদি ঙাইথোক ঙাইশিন চঙই। হয়েং জজ্জগী মমাঙদা লেপ্লগদবা মীকুপ্তুগী মমাঙদা দোকুমেন্ট অমদি বিটনেস পুম্নমক থৌরাং তৌবা লোইগদবনি।

থোইনু : ঐগীদি তেঙবাংবীনবা কনাসু লৈজদে। মতমসিগী শেল অমসুং সঙ্গগী শক্তিসু লৈজদে। ঐগী ব্বাবী পুন্বদি অহানবা লাকপা নুমিত্তুদা মেদাম গীতাগা সারগদা লোয়না লীজখিবদুনি।

দিলিপ : য়েস, য়েস নহাক্কী ব্বারী থৌদোক খুদিংমক অইবা ওইনা লৈরে। পল্লিবা মীশক, মমিং, মফম, মতম্নচিংবশিংদু অমুক্তা চ্যেক তৌবিয়ু, সে .. । (ফাইল যেংহল্লি)

থোইনু : (ফাইলদু হাংই, মথং মথং)

দিলিপ : নহাক্কী হৌরকফম কাছার বোন্তরাপুরকদো চহী তবামুক্কী মমাঙদা চৎলুরে। নহাক্কী থৌনা ঐখোয় থাগৎলিবনি।

থোইনু : চুম্মে সার। (ফাইলদু পিশিনখি) অদু শেল-থুমদি কয়ামুক থৌরাং তৌগনি।

দিলিপ : মতমসিদদি অচুম্বা অরানবা চপ মান্নে। শেলনা থোং শারগা লানগদৌরিবনি। নঙগী কেশকীদমক লাকখিবা নুমীত্তুদগী শেল চৎপদি হৌপ্রবনি।

থোইনু : চুম্মী সার, ঐদি লন-থুমগা অমত্তা লেজদে, ঐগী অশেংবা ইরল ইচাদুতা ফঙহনবীয়ু। ঐবু নচলমক্কি খন্না

তেঙবাংবীয়ু। মেদাম গীতাদা লুপা লিশিং তবা খক্তি সারদা পিবীনবা শিন্নখ্রবনি।

দিলিপ : মা-ঐ নুংতিগী চেম্ববদা নৎত্রগা কোর্টতা থেংনরী। শেনফমদুগী মতাংদুদি ইপনবু পল্লক্তে। হোয় কাউবসু ওইরম্বা যাই। মথংদদি মঙোন্দা শিন্নবা যাদে। মাদি চুম্না এসিষ্ট তৌবগী ৱাদনি। মক্দি ঐনি, হাযবদি ঐনা লোয়না শীনগদৌবিবনি। হয়েং লোইবা ফাওবগী ওইনবা লুপা লিশিং য়াম্খ্রেমুক্তি থৌবাং তৌরগা লৈয়ু।

থোইনু : ইবুকথোক্কী ইচাবু ফঙনবা হোৎনবদা লুপা লিশিং য়াম্খ্রে (মথন্ত শোম্থাংননা শোঞ্জে) ।

দিলিপ : থোইনু কবি তৌরে ?

থোইনু : সাব অসুক যাম্বা শেনফমসিদি ঐদি কমদৌনা !

দিলিপ : নশাগী অশেংবা নরল নচানুপা ফংজবতা নত্তনা ননেম ইবেম্মদুগী থৌরাং পুম্বা মাযথিবা পিগদৌবিবনি।

থোইনু : হান্না হায়জখিবদুনি সার, ইচাদুখক্তনি ঐনা ফংনীংলিবসি, ইমাদুগীদি মাগী মাগী ধর্ম্ম হায়বদুনি।

দিলিপ : তশেংনা কোর্টতা কেশ ওইনা থেংনরক্লগদি লেপখিবা খোঙফমদগী হোংবা য়াদে, মায় পাক্লে হায়রবদি।

থোইনু : ঐ কৈদৌঙৈদসু মায় লৈজরোই। য়ারগদি সারনা নুংশিবীদুনা ইচাদো থুনা ফঙহনবীয়ু। করিগুম্বদা লাইবক থিদুনা ইচাদো .. ।

দিলিপ : নো, নো হায়হৈদে হায়হৈদে। য়াম্নসু সেরিয়স ওইশিনগনু। অদুক ক্লালিফাইদ ওইরবী নঙনা মেন্টেল্লিতী দিপ্রেস তৌনবা হোৎনরোইদবনি। অদো নহাক লৈকায়গী নবুং নৌপাগুম্বা অমগা চেনমিন্নরবদি ফগদবনি।

থোইনু : খনববুদি খল্লি সাব। পোকমিন্নবসু অমত্তা নত্ত, ঐগী ওইবিবা ফিভমসিদা চীংনবা অকিবনা কবিগুম্বদসু লাঙ্গোই চনশিল্লকই।

দিলিপ : অকীবা, চীংনবা হাযবসিনা ইশাগী ইথৌবু মতমচান' মপুঙফানা পাঙবা ঙমহন্দে।

থোইনু : ঐ খঙজে সাব। অদুবু লাযনা চেল্লবা খুনাইসিদা হীংলুবন' খন্দবা ঙমলক্তে ।

দিলিপ : পাযখৎলিবা নশাগী কেশ অসিনা মবম ওইদুনা যুমদা', চেম্ববদা নৎত্রগা কোর্টতা মফম মতম নাইদনা কৌবকপসু যাই। মতমদুদসু অকীবা, চীংনবনা নশাগী থবক্তা অপনবা পীবকপা যাবীনে হাযবিবসিনদি ... (ব্রাম'ঙ যানবা মীৎযেংদা) ।

থোইনু : যাবীবমখৈ মিস ওইদনবা হোৎনজগে। ইচাগী মৈচাক্লা ঙাওববী মমা অর্মনি ঐহাক। সাবনা খবদং খম্ভবীবগা . ।

দিলিপ : অদো নহাক্কী কন্টেক নম্বর অমদি পীযুদনা।

থোইনু : (লকক তৌনা) ঐ মোবাইল পায়জদে সাব।

দিলিপ : (কংনোক নোকই) হা ... মতমসিদবো ..'

থোইনু : (ইকাইবা ফাওই) লৈবন্মী লোযনা। অদুবু লাইবক থিবা থৌদোক্কুগী অহিংদা মোবাইল, সনা লুপা ...।

দিলিপ : হাযবদি লাকখিবা পুলিস টিম অদুনা ..।

থোইনু : (খুন্না ঙমদে, মঙক নোম্মি)।

দিলিপ : ওম্থোকপা মতৌ হাযবদুনি। ফবে নঙগী কেশ অসি লোইদ্রিফাওবগী ই-পাউ ফাওননবা সিম যাওবা হেন্দসেত অমা পীবগে। (যাম্না পুকচেল চাউনা অপনবা লৈতনা ঙাঙথোকই)

থোইনু : যানিদা সাব ঐ অদুম তৌজবক্কে।

দিলিপ : হাই অঙাওবী, নঙগী লৈজদবদুগী মতেং ওইনবা হাযবনিনে। চাউখ্রবা য়ুমসিসু ইথন্তনি লৈবিবা। ননম্মা হাযগদ্রা নচে কৌগদ্রা মহাকসু বেঙ্গলোবদা অঙাংশিংগী মনাক্তা একজাম যেংশিনবা চংখি। বিলদিংসে হাঙদুনতা লৈববনি। নহাকসু কবিমতা কোইগনু, নশামক্কী ইমুংনি খন্দোকউ ইচলসিদি। কিচন্দা চঙশিন্দুনা অবৈবা থোং থাক্তুনা হেক্তা চাথোকউ। ঙাইহাক ফংম্মু। ঐ লোইশিল্লকখিগে। মেদাম গীতাগসু কোর্টতা উনবো। শেন-থুমগী মতাংদুসু ৱাবী শাদোক্লবা।

থোইনু : সাব যানিদা, ঐ কোর্টতা অদুম লাকচবগে। (হৌগৎলি)

দিলিপ : ফম্মুনে ফম্মুনে .. (ইমুং বেদ রুমলোম চংখি) ।

থোইনু : (কোযনা যেংই) মহাক অসিবু পূকচেল শেংনা হোৎনবীগদবদি মাল্লি। কবি থোক্লবগবা..' উবিবা খল্লিবসিগী ওন্ন-তৈনবদা লাক্লগনা কমদৌবা ..। অসুক যাম্বা শেনফম লুপা লিশিং যাংখ্রে, কদাযদগীনো ঐনা থিকুগদবা। ওহ .. ইমাগী মনি, ইচানা খোম্লাং লাম্মকপদা ইমা কৌনা কপলমগদবদো। কল্লিদকো ইমা, নহাক্কী থম্মোয অসে .. ।(পিনা পাখোঙ ফুল্লি, তবংদা যেংই)।

**(ৱাখলগী অফবা শত্তম অঙৌবা ফি ইল্লি ফত্তবা শত্তমনা অমুবা ফি ইল্লি। অতৈদি থোইনুগা চপ মান্নে। স্পোট লাইট কা লোয়ননা থোইনুগী নাকন-নাকন্দা চোংথোরকই)। থোইনু তুংদা হম্বুরগা দীম ওইনা লৈখি )।**

ৱাখল ২ : শিযোম্লুংদা মীতমদুনা তাইবঙ ফাওবকখিবা নচা মনিবু নতম্বাক্তগী শেত্তুনা মুনবীখিবা ...।

ৱাখল ১ : মসিদগী হেনবা থম্মোয শোকপা থৌদোকপু কবিনো ?

ৱাখল ২ : চঙশিল্লিবা খোঙজংদগী নীংহন্নবদি তৌবোইদবনি।

ব্রাখল ১ : চেকশিন্দবদি যাদে। নহাক্কী ওইরিবা পুন্সি মরেল, চহী মতাংনা তেঙবাংনীংবা মতমগী থম্মোয়জাও কয়া নমাঙদা লেপ্পরবা য়াই। মমৈথংদা কেপটিভ মার্কেটকুম থাদোক্লমগনি।

ব্রাখল ২ : "Life itself is a mathematical business" শেন্দোং য়াওদনা কবম্মা করবাব চখ্থগনি।

ব্রাখল ১ : হৈন-শীংনা থম্মোয় শেংনা হোৎনরবদি মথন্তা লাকচবনি শেন্দোং হাযবদুদি ...।

ব্রাখল ২ : মাঙজবখক্কীসু কিরোইদবনি। ফুগৎনবা শেন্নীং থমগদবনি।

বাখল ১ : নঙগী কববারদি অতৈদগী পুমতোপ তোপ্পি।

বাখল ২ : নহাক্কীদি ব্রানিংঙাই কাবসু লৈতে। মীচি-মীনোক অমদা নখোঙদা তুরগদবা ঙাক্তনি।

ব্রাখল ১ : কবিগী নত্তবা পাম্বৈ শীজিন্নরুগনি।

বাখল ২ : মফম মতম ফিভম্মা য়াবক্তুবদি শীজিন্নবা তাবনি।

শখল ১ : শোযদনা মায় পাক্লগদবা লানফম্নি।

বাখল ২ : নহাক্কী খুৎলাযদি মতীক চাদে। লানফম ময়াইদা ঐদি অচুম্বনি হায়না চোংবখক্তনদি চৎনবা য়ারক্লোই।

ব্রাখল ১ : অমুক্কী খুদিদা লোইবা নুপীগী মপোক্নি। মৈরানবী ওইনবা হোৎনবোইদবনি।

ব্রাখল ২ : উকিল অসিনা নহাক্কীদমক পাম্বোম চাউনা তেঙবাংবীরি। নহাকসু করিগুম্বা খরদি লাম্হোকপা য়াইনা।

ব্রাখল ১ : মহাক্না শীল্লিবা শত্রংগী পোদা কন্না খু-উ শেনগদবনি।

ব্রাখল ২ : হো নে উজাও অমা য়াল্লবদি মনাক্তা হৌরম্বা খরদি শোকপা তাবা। ওইজবা তানগে হায়রগনা খরা মাঙথোকপদা পাপ নত্তে।

রাখল ১ : মাঙজবা হাযবসিদা মখল যামগ্রে।

রাখল ২ : লাইবেল মতুং ঙা ইনবগুম ইল্লক্লবা, সেবা ফজনা তৌবীদুনা অবাম-খৌবাংবা কোহনবীবা অসিনীদনা।

রাখল ১ : মাঙঙে মাঙঙে, সেবা তৌগদৌবিবা অশাবা মপুদো খাংঙুথক্কীনি, মসিমদি কাওগনু।

রাখল ২ : নহাক্কীদি মাযকৈ খুদিংমক্তা শোল্লি।

রাখল ১ : চীনবাম্থোংদা নোক্কদবনি। নৃংদনা থাং যেপকদবনি মতমসিদদি।

রাখল ২ : খঙদে, থম্মোয যাওগেবা যাওবোইবা খর্বদি লাম্থোকপা তাবনি, নংত্রবদি লুপা লিশিং যাখ্রো .. লিশিং যাখ্রে খঙলেদনা।

রাখল ১ : নত্তে নত্তে মদু খক ওইথোকপা যাবেৎই। (অনিমব স্পোট লাইট কা লোযননা মাঙখি)।

(থোইনু ঙক্লা মনাকোং পাই, হুমাং অনপ্পি কাই। দিলিপ থোবকই, যেংই ঙক্লা)

দিলিপ : কবি তৌবে ননাকোঙ মেনশিল্লদি ।

থোইনু : (খঙলপ তৌই। মনাকোঙ থাদোকই) সাব ... ঐ .. কবিসু তৌদে ... ইচাগী মীকপ খোঞ্জেল নাকোঙদা তাবকই।

দিলিপ : ওহ্ .. থোইনু, ঐনা হাযবে- যাম্না সেবিযস ওইশিনগনু হাযদনা, শোযদনা মায পাক্লগদবা কেশনিনে। (মোবাইল হেন্দসেট, চার্জব পুথোবকই) সে মসিনা চাজবনি, মোবাইলসে পাযশিল্লু। লুপা ২০০ হেন্না বেলান্স যাওবমখিনি। (পি থোইনু হৈনীংদনা লৌই) চংলো চংলো ঐগী গাবীসিদা পুন্না থোকমিন্নখিনবা। মেদাম গীতাদসু ফোন্ড তৌব্রবনি।

থোইনু : সাব যানিদ ... ঐ...সুম ... ।

দিলিপ : ইহে, খুদিংমক লাপ্লেংনগদৌরিবা ঐগা ফাওবা পুন্না চৎপদা চীংনবা অকিবা ফাওবদি, মমা অমনা মচাগীদমক কৈ অমোমগুম থৌনা ফনা কবম্না মায়োক্লগনি।

থোইনু : ঐ ... কযা হৈনজদবা অদুননি সার ।

দিলিপ : হৈননবা তমগদবনি, মতাং মতাংগী মতুংইন্না ।

থোইনু : (ইকাযবপ তৌই, মাঙ থাবগা থোকখি)

দিলিপ : (ইরাঙ থাংবা মীৎয়েংদা থোইনুবু য়েংদুনা লৈ)

(মৈ তপ্পা মমথখি)

# ৮ শুবা উৎপা

**মফম:** থোইনুবু থাজনবা হোৎনখিবা মোইবাং লমখাইগী ইমুং।

**মতম:** নুংথিল তালক।

(মী অমত্তা উদে, ইচীক চীকই। লৈবাক্লে অঙাংগী খোঙগুল লীবকই।)

লৈবাক্লে : ঐবু মহৌশা ১/২ বক্তি লাকখ্রবনিনে, যুমসি হাযর্ফোত্ত মাল্লিসে। হেক্তা কৌদুনা যেংলগেদা... আ কবিগুপ্ন অমত্তা হংজগেবা ।

কবোক্লে : (তপ্না থোঙ হাংলগা মকোক লৈথবগা যেংনব হোৎনবদা লৈবাক্লেগা মীৎ চানৈ।) হাযমা লৈবাক্লে নঙদি কমদৌনা আস তান্না ..।

লৈবাক্লে : ইমুংসিগী যুম্ব ওইবীবব্রা?

কবোক্লে : হায কোক চঙলক্নুনা ফমলবো ল'ও।

লৈবাক্লে : ফম্বগা লাযবি অঙাংদি, ঐ ইশু মনি লৌবা লাকইবনি।

কবোক্লে : ফম্মোই হাযবগনে যৌবো ইবেম্মা, মীগী মযুম্নি।

লৈবাক্লে : এ .. যুম্ব নত্তবা, অশাবা ওইবে।মদুদনে ঐনা চঙলক্নুনা ফমদ্রিবসে।

কবোক্লে : নত্তে নঙবু শকহেনবীদুনা অঙাং লৌকনবা থাবকইবো।

লৈবাক্লে : অঙাংদুবু হেক পোকপি মমানা, মমাদুগী লৈকাযনা, খুনাইনা থাবকইবা খঙলববা।

কবোক্লৈ : ও .. য়াম্না ৱাবীবগী ৱানিনে। অদুগী ওইৰদি লেঙবীৰো।

লৈবাক্লৈ : ইচে তৌবীনু। তুংকোইবা য়াবা ৱাখল খনবীয়ু। মমা য়াওদনা অঙাং য়োকপা যাবা নত্তে।

কবোক্লৈ : মদু নঙনা খনবীগদবা নত্তে। ঐনা পূম্নমক থৌৰাং তৌবা লোইখ্রবনি। অমনা অনী পানগদবা মৰুনি ঐনা পায়ৰিবসে।

লৈবাক্লৈ : শাগে নাতৈগী অহল-লমন্দগী হেন্দোক্তুনা লৈকায় পূন্না লোয়না শাওনববনি ।

কবোক্লৈ : মখোযনা ঐখোযগী করি তৌবীরদনা ।

লৈবাক্লৈ : মদু হায়নুনে ইচে নঙবু। মীওইবা হায়বসে মথন্ত হীংবা যাদবনি। নথন্তগা ময়ামগা লম্না যারক্লোই।

কবোক্লৈ : অদুনবু ঐ ময়ামদুদ্গী লাপ্না লৈজরিবসিনী ।

লৈবাক্লৈ : মীওইবা অমনা খনগদবা, চৎকদবা লীচৎকী ৱাংমদা লৈরবনিকো ইচে নহাকসে ।

কবোক্লৈ : হায়নবা তানবা য়ানরম্লবদি খুদিংমক শান্তি ওইনা লৈরমগদবনি ।

লৈবাক্লৈ : নহাক্না হেক পোকচবী নচা নিঙোলমকসু নত্তে। লুহোংদ্রিবী লৈশাবীসু নত্তে। খাংঙমদ্রবা চৈনাখোল কয়াগা লোয়ননা ওষ্ণোক্লা ৱানা হীংলিবী নুপীমচাদুগী মফমদা হায়হে তৌহৈদবা ৱাফমদুবু করম্না ওইথোক্কদৌরিবনো ?

কবোক্লৈ : হায়দোকখিবা ৱা ঙাক্তবগী ঐনা ইকায়বা চোপ্না নঙলিবসিদি নঙনা খঙদে ?

লৈবাক্লৈ : মীওইবগী চৎন-লোনচৎ হায়বা অমা লৈরিনে। মদুদি ইচেনা ঙাক্লা চত্তে। অদুনদি কয়ারক ইকায়বা নঙলকখিনি।

কবোক্লে : লৈবাক্লে নঙ য়ৌবো। ঐঙোন্দা পাভিতাক পিবা লাকইরা, খৎনফম থিরকইরা?

লৈবাক্লে : নমৌদুনা তুম্বা চাবা চঙদবমখৈ কপ কপ্তুনা কয়াদা রান মচা হল্লকপা ঙাইরিবা। ঙরাংনা মপুবোইবা হাত্তেকপিরে। ঙসিনা মচাগা শেৎন-খায়নবীরে। মসিদবু কবম্বা নুপীনা খাংঙমগদোইনো?

কবোক্লে : মদু মশানা শিঞ্জবনি।

লৈবাক্লে : অযুক ঙন্না ঙন্না চৎলি হায়। উনবসু ফংদে। কদায়দা কনাগীদা চা থক্লিবা ..!

কবোক্লে : মানা থোকপা পাল্লসনু। মশক মতৌ ফজে। মশা নহানি, অৱাৎপা লৈরম্মোই। মথৌনা য়াম্না লৈবীনি। মরৈনা কল্লিবা লাইরিক হৈবিনীনা।

লৈবাক্লে : ও .. ওম্বোক্লসু হাযঙম্মীদকো ইচে নহাকসে। নুপী অমা ওইনা, মমা অমা ওইনা থোইনুগী চৈ নাসে ফাঙদবা ঙমদেনে।

কবোক্লে : মহাক নোংমদি শোয়দনা ভাব তারকখিনি। মীকুপ্তু ফাওবদি অসুম্না লেনমিন্নবা তারি।

লৈবাক্লে : ভাব তারকফম থোকলিবসিবু কনানো? অতিয়াদা নতিন শিৎকত্তুনা শান্নরিদুবু করি কান্নদোইনো?

কবোক্লে : মচাগী খোংগুল লীরকপদা নোংমদি ইখোংদা তুরখীনি। নুমীত্তুদা থবক পুম্বা পাঙলগে খন্না ঙাইরিবনি।

লৈবাক্লে : হায়রিবসিনদি নুমীত্তুদা ফারগা হেক্তা কৈন্য কৎলগে সিনিনে..।

কবোক্লে : মশানা তাবনি ..।

লৈবাক্লে : নুঙাইদকো রাধে, কবুই কৈওইবা তাদুনা তোক্কদবা ঙাইহাক্ত ঙায়রবনি নঙ।

কবোক্লে : লৈবাক্লে য়ৌরো, ঙসিনে ঐ ইচিং লাক্তননে।

লৈবাক্লে : চৎলোইয়ে, ইশু পুদ্রিফাওবা।

কবোক্লে : অঙাংগা উনবা য়খিবোই, শেল তিঙনা মী থমদুনা শেন্নহল্লি।

লৈবাক্লে : ইচেনদি ক্রোর পতিনীনা।

কবোক্লে : মদুগী নত্তে। ঐসু লোইনা খঙই লৈবাক্লে। ইজ্জৎকি ব্রাফম অমদা অঙম তাল্লুবদগী থাক অসি য়ৌখ্রিবনি।

লৈবাক্লে : ফরে চৎলগে। অদুবু ইচে মুন্নদি খনবিয়ু- তৌবিবসে চুন্ত্রা -লানব্রা হায়না। ব্রায়েনবীনবনা খুবক হাঙদ্রবা মতম্লি। মরালবু লৈরবদি নহা অহল নুপী নুপা চপ মান্নবনি। তারম্মেগা - কাপ্লম্মেগা, মোর্গতা লৈহৌরেগা পূম্নমকসিগী মথক্তা ঐনা হায়জগদবদি - তুংলমচৎকী মীরোলনা লীনদুনতা লৈহৌরগদবা অথিবা পুবারীগী মশক্তি ঙসিগী মীরোল ঐখোয়না খক শেল্লম্মোইদবনি। নুপীনা নুপীগী অব্রাবা ফাওরক্তুবদি নুপীদুগী অরোইবা মীকুপসু নকশিল্লক্লবনি। (কবোক্লে মুন্না তাই, খুমদে ব্রাখন্দা অহোংবা খরা লাকপগুম তৌই) ননাও য়ৌরগে ইচে। ঙসিদি ইচিন ইনাও খরা চীন্দা পাউদানখরে ব্রারৌবীনু, য়াইফবী ওইবীয়ু। (খোঙথাং লুম্না মপি ঈরা চেন্না চৎখি)

কবোক্লে : (লৈবাক্লে চৎখিবা খঙহৌদে, মমায় পুবা ঙল্লক্তে। হঞ্জানবগী মমী মাযথোংদা তাই মকোক ঙাওনা লৈথরকই.. তরংদা য়েংলগা পূক্লিং নুংশিনা)। লন থুম সনা লুপাদি তাল্লগা ফংই। নুপী অমা ওইবগী, মৌ অমা ওইবগী করি ব্রাংলি ঐগী ইমৌসিদা। মশক মতৌ, চুংফিরান, কুচু কুমেন থকশি খাশি হৌন লোনচৎ, শু-নোম্বা, তৌথোরকপা থবক খুদিংমক মচু তাই। শাউগন্দে অখাঙ কল্লি, ঈজ্জৎ লৈনা হীংনিংই।

মঙোন্দগী তমজনিংঙাই মশক ঙাক্তনি। ঐ ঙসিদা গ্যান তাবকই। লাইবকথিবদগী মপুবোইবা নৌনা কাযনখ্রে অদুবু নীংহন্নদে। পুন্সিনি খন্ন খুদিংমক মাযোক্লবক্লি। মচা অসিগী তুংগীদমক হ্বাখল লমফৈ খন্দনা মমা অমগী তৌফম থোকপা তৌদুনা লাক্লি। ঐনদি মবাল শীদুনতা থম্বীবকলি। (হ্বানা হৌগৎলকই, কপ্লি) ইমাগী ইবেম্মা থোইনু ইমা লাল্লে। নহাক্লা মৌ ওইনা হেক লাকখিবা নুমীৎতুদগী অসুক কুইবা মতমসে ঐগী অচাউবম পান্বা অথেনবা হ্বাখন্না নঙবু ইম্থোক্তুনা লাক্লি। নপুবোইবা কাযনবগী চৈনা কোক্ত্রিঙৈ নচা মনিগসু অমুক শেৎন-খাযনহল্লে। ইশুনা ইমা ইমা কৌনা কপলকপদা নুংশি হৈতবা খুৎসিনা নৌবিবা মচিন মচাবু মেন্দুন থমলকখিবা ঐমুক নুংশি খঙদবী হ্বাখল থেনবী লৈবমখিগদ্রা? নন্দোমচা লৈবাক্লৈনা নঙগীদমক কযাগী মতীক হ্বাজবা। ঐনদি নমা নচাবু কযাদা ওৎখিবা (কপ্লি..)।

(মৈ মুৎলি)

# ২শুবা তাঙ্কক
## (অহানবা উৎপা)

**মফম:** উকিল দিলিপকী যুম।

**মতম:** নুংথিল পুং ১ ১/২।

থোইনু : (শো লোল্লিবা থোঙ্গান্দা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি। ঘড়ী যেংই। ঙাইহাকসু ফম্মী, অমুকসু হৌগৎলি। মীসু যেংই। মোবাইল লৌথোবকই। দিলিপতা দাইল তৌই।) সাব ঐ থোঙ্গান্দা লৈজবে,.. হোই ... গেটসু লোক তৌবসিদা ... অদুদি থমজবে।

(থোইনু মপুবোইববু নীংশিংই) ইবুংঙো .. নাইতোম তাহৌববী ননাই তোল্লবীনা ইবুংঙোগী ৱাশক ঙাক্লবা ইচা মনিবু ফঙজনবা হোৎনবিবা পূম্নমকসে ঐমক্তনা লান্দবা ওইববদি লেপ্পমক মায পাকহনবীযুকো ... (মমীৎ উইশিল্লি ৱাখল্দ চীংশিন্দুনা খুকমজে, মীকুপ্পুদা কাবগী হোর্ন মখোল তাই, থোইনু মীৎ পাঙথোকই, খঙলপ তৌই। দিলিপ কুমথবকই। গেট শো হাংই। থোইনুদা চঙলকউ হায়না সাইন তৌবম্মী। গাড়ী থৌজিনখি। থোইনু থোঙ্গাল লানশিল্লকপদা যেৎথংবা খোঙবীদা খুদি মচা অমা থি। ৱাখন তৌনা চঙশিল্লকই)।

দিলিপ : (গাড়ীদগী পোৎ লৌথরকই কবিমতা কোইদনা থোইনুবু তবাম-তবাম্না কৌশিল্লি।) থোইনু চঙশিন্দুনা ফম্মু।

কবিনো অমুক্তা লাক্লিবদৌনা। মী অতৈসু লোযনা যৌনবক্লনি। নহাক্কী কেশসু হংচিৎ তাববনি। ঐ মাই মীৎকা অমুক্তা তাবকখিগে। (ইমুং চঙখি)

থোইনু : (কযা হৈনীংদে, চঙলক্লুনা ফম্মী। মীসু ইচিক চীকই মনুংলোমদগী ম্যুজিক অমা তাই) অসুক ৱানা ঙাইবকপা নুমীত্তু যৌবক্লবা। হে ঈশ্বৱ ননাইবু থৌজানবীযুকো।

দিলিপ : (চৌক্রিদা ফম্মী। থোইনু উবিবা ফিজেৎ চাকচাদুনা হৈনিংদে) শুমদৌবনি থোইনু, ঙসিসে ঐনা ঙহান হাযবা কেশতু লোইশিল্লে, মাযসু পাকলে।মদুগী নুংঙাইবা ফোঙদোকবা ওইনা তেঙবাংবীখিবা উকিলশিংগা লোযননা চাক চাবা অমা চাশি হাযদনা শীনবনি। মযামসু লোযনা যৌনবক্লনি। পোৎ-চৈ অযাম্বা মেদাম গীতাগা কেশতুগী কাঙবুগনা পুবক্লনি।

থোইনু · অদুদি সাব, ঐ চৎপনা ফবদ্রা? (হৌগৎনিংবগী মতৌনি)।

দিলিপ : হায অঙাওবী, হংচিৎ নহাক্কী কেশতুদা মতেঙ পাংবীগদবা মকওইবা উকিল খবসু যাওবিবনীনে।

থোইনু : অদো সাব, মযাম যৌনবক্লবা মতুংদা ঐ তপ্না চঙজবক্কে। চৎনবোন্দা মদুনা লৈবাক মচা তাগদবা মাল্লি ।

দিলিপ : হোয মদুসু ফজে - তৌবতবু মযামদু ঙাইবা ওইনা থবক খবা হৌজিল্লগা, হুবেল যৌনবক্লগনা তবাম্না ওক্লদৌবিবনি। ঐনসু মাঙজৌননা হাযজগ্লবনি। লৈখিদ্রবা ঐগী নুংশিববা মকপ অমগী লোযনবীনি থৱায যাওনা হোৎনবীযু হাযনা ।

থোইনু : অদুবু সাব, সাবগা ঐগদা লৈবসিদা..।

দিলিপ : (তাপ ওক্তুনা) no no. don't think otherwise. উকিল ডাক্তর হায়বসিগী মফমদদি নুপী নুপা চপ মান্নে।

থোইনু : মফম মতম হায়বা অমদি লৈ খুনাইগী মীৎয়েংদা।

দিলিপ : (কংনা নোকই) সমাজ-খুনাই .. অদুগুম্বা ওর্থোদোক্স ওইবা ব্রাখল্লোন্দুনি ঐখোয়না য়ানিংদ্রিবসি (কল্লপ্না) থোইনু নহাক য়াম্না সেবিয়স ওইগল্লি। ঐনা হেক হেক হায়বা অকীবা, চীংনবনা ইশাগী ইথৌদগী নীংহন্নহল্লি, মায পাকহন্দে। মদুমক নঙোন্দা তত্তনা থোকপা মাল্লি।

থোইনু : সাব ঐ অদুক হাক্লসু পাঙদবী ওইনিংদে। ঐনা পামজবদি মণিপুরী নুপী ঐখোয়গী ধর্ম্ম চৎনবী ফজখ্রবা অব্রাংবা ফিদম্বু ঙাক্লা চৎচনীংবগী ব্রাতনি।

দিলিপ : হায়মা নঙবু পূম্নমক্তু ঙাক্লা চৎত্রবরা? নখোয় নুপী খুনাইনা ঙাক্তনা কনানা ঙাকপীগনি। ফরে ব্রাফে অমদা চত্থদুনা লৈরে। হংচিংনী নহাক্লা নথম্মোয় নীক নীক লাওনা ঙাইজরকপা নুমীৎ ..।

থোইনু : খঙদে সার, ইচুম চুম্না ইরাল লৈরবী অমগুম কেশ মায়োক্লহল্লে।

দিলিপ : নুপী নুপা য়ুম পানমিন্নরে। মচা মশু য়াওরক্লে। করিগুম্বা মরম অমগী খৎন-চৈনবা থোরক্তুনা অনীমক খায়নবদা তারক্লে। মতমদুদা কেশ তৌনদুনা চাকথাক তানবা য়াওরকই। কেশ মখল কয়ানি ঐখোয়না থেংনরিবা।

থোইনু : অপোকপি নুপাগী মমা হায়বদি মনেমগা অঙাংগী কেশ তৌনবদি ঐগীসিনা অহানবা ওইরমগনি সার।

দিলিপ : হায়বমক য়াই। পঙনদি থোক্তে।

থোইনু : ইচাদো করি চারমগনি, করম্না লেল্লমগনি, মসিতা খনবদা ঐ কদায়দা লৈরি হায়বা ফাওবা ইশানা কাউজরবনি।

দিলিপ : হৌজিক্তি অহীং অনীদমক ঙাযবেদনা (নোকফেৎ) নহাকসে শাওদি শাওনু থোইনু - নপোকতি কযা ফৎলক্তবজাৎনি।

থোইনু : মপোক্তি যাম্না ফগ্নবজাৎনি সাব। খাংঙুথক্কী খুৎশেমগী অশাবা নোংলৈনা নমদুনা মাবভুমী ওইহন্নবা হোৎনবীবনি।

দিলিপ : হা .. ঐনা হাযদি - (ঈবাং থাংবা মীৎযেংগা লোযননা)

*চুং ফিবান্না চাবিবা*

*ফজে, ঙৌনা ঈ থাংনা কুচুসু,*

*লম যৌই নবাসি নগুণসু*

*মী খোল্লি ঙাংথোক-শক্তোবকপদসু,*

*মপা লৈতে চীং-লেম্বদা তুমিন্না লৈবসু*

*শাথেক অমনসু নহাক্কী ঈবাং পুবী*

*চীংশিনবা ঙশ্মী ননাক্তা খুদিংমক*

*কযাদা মায পাকচগদবা, পুজবদা*

*লেন্ন-লেন্নদুনা মীযাম মাঙদা - "*

থোইনু : (তাবা ব্রাবকই) সাবগীসি ঐগী কেশতুদা থিননবা শৈবেং ওইবমানে।

দিলিপ : (ফৎ লৈখৎলগা) সোবি .. ওহ্ .. পুংদি তাশিল্লক্লে মযামসু যৌনবক্লনি। অদো নহাক শেন-থুম খবদি থৌবাং তৌবা নৎত্রা?

থোইনু : হৌজিকমক্লা সাব ..। (পাখৎলপ)

দিলিপ : চাবা থকপা লোইবগা চৎনবমদাইদা লোম্না পিখিনবনি।

থোইনু : ঐদি খঙদবনিনা থৌবাংসু তৌজহৌদ্রে। সাবনা অথুবা অমা লৈবে হাযবদুদা চেনজবকপনি। কেশ নুমীত্তা

পীনবদি ঐগী সনা খিত্তং লৈজে। মদু কায়থোক্লগে খঞ্জবি। (মনাদা পায়রগা হায)

দিলিপ : অদুদি কমদৌনি .. মদুসু ঐনা পিবদা তারবা? (হুবান মীনোক অমগা) ফরেসে, ফন-ফনবা শিল্লবা হাযদুনি।

থোইনু : (ইকায়না) হয়েং মায়পাক্লগা মতীক চানমক ঙমদ্রসু অঙম্বা খরদি শোয়দনা ঐ তৌজগনি।

দিলিপ : অদুগীবুদি থোইদোক্তেন্দা, নঙনা মেদাম গীতাদা পীখিবদুসু মাগী অদুম ওইদ্রেদনা।

থোইনু : মদুসু লাইরবদা লাইচঙবা হায়বদুনি। অমুক অনীবক্তি মঙোন্দা পঞ্জখ্রবনি। হৌবদগী সারনা থংবীদুনতা লাক্লি। ঐ কাউজদে।

দিলিপ : হোয়দা হোয়দা কাওনদ্রগা লোযরে। হকচিনবা মীৎযেংগা কোন্ননা নোকই, থোইনু লুকথৈ) হৌজিকসুনি যাবু যানরবদি ঐগীদি কৎথোকপদা পাম্মুবা লৈজদে। নহাক্কী সনা খরদুদি করিগী কায়রুনি।

থোইনু : (নাকন্দা হৈনীংদনা লৈথোকই) সারনা হায়বীরিবা ময়ামসি ঐ ভাব অমা তাবা ঙমজদ্রে।

দিলিপ : মণিপুরদা লৈরিবা বেঙ্ক খুদিংমক ঐগী একাউন্ট লৈতবা য়াওদে। নহাক্কী কেশসিগী অচঙবা শেনফম খুদিংমকসু ।

থোইনু : সারনা পঙতাক তাকপিরে। ঐগী অশোনবা মতৌসিদা ..।

দিলিপ : হুম ৱারীবো হায়বা। (ঘড়ী য়েংই) ঐখোয়দি মী ঙাইবদা ঙসাইদগী করিমতা চা থক্ত্রেদনা। খনাউকসি খ্রক খ্রক কংলেনে। শঙ্গোম চা অহাওবা অমত্তংদি থকসিদনা - মদুসু ঐনা লোনবদা তারবরা? (ঙাইহাক তুমিন লৈনৈ)

থোইনু : ঐদি চা থকচদে সার।

দিলিপ : (খোঞ্জেল ফাই, হুমাং কাবকই) নঙগী কেশতুদা পাংগল ওইনবা শুপ্নগী গ্লাস অমত্তংদি শেম্মগ পিথক পিয়ুদুন' ..। (থোইনু তৌফম খঙদে)

থোইনু : নত্তেদা সাব .. ময়াম লাক্লুবনা হাল্লদি .. ।

দিলিপ : এ ময়াম লাক্লগনা ময়ামগী অমুক শেম্মগা লোযরে।

থোইনু : সার কিচনসি .. । (তন্না হৌগৎলি তুংমাঙ যেংই)

দিলিপ : (হরাওনা) চুমদ্রিং হেক্তা চঙউ, থোঙ হাংলমগনি মচল পুম্বা রেক্তা লোইনা লৈববনি (খোঞ্জেল নীকই)।

থোইনু : (ব্রাখল লাকথৈ, চেকশিনবা খোঙথাং মীৎযেংদা তপ্না চঙখি, কুপ্না যেংথোকই, গ্যাস থাগৎলি, চা থাংগৎলি, মীকুপ্তুদা মোবাইল লৌথোকই - গীতাদা ফোন তৌই) হলো মেদাম .. ঐ থোইনুনে .. ঔ .. ঔ .. মেদাম হৌজিক কদাযদা লৈবীবিগে .. ইপামদা লুহোংবা .., ঙসিবো সাব দিলিপকা থেংনবীববা কবি ... চেম্ববদসু কোর্টতসু য়ৌরুদ্রে হায়বা .. অদু, ঐগী কেশতু হংচিৎ তাইকা হায়নবরা, জর্জ্জ ছুটি লৌখি অকক্লুবা খঙদ্রিয়ে ... ও .. ফরে ফবে থমজবগে অদুদি । (থারিবা ম্যুজিক খবগা হৌগৎলকই)ঐনা খল্লিবা, চীংনরিবসিমক শোয়দ্রেদনা .. নুংথিল তালক অসিদা ঐবু থাজহল্লগা .. চেকশিন্দবদি য়াদে .. (শঙ্গোম হাপ্লী, শৌরি, ..) ।

দিলিপ : তাঞ্জা অসি নাম্ভোকহনখিবা চুমদে। কেশকী তাং ফাওবা লেপ্ট্রি। অদুবু মায় পাকপগী এব্রার্দতি হৌজিকমক লৌদবা য়াদে .. (চঙশিল্লকই মনুংদা) করিনো মেম সাহেব, চা গ্লাস অমত্তং শেম্বদবু অদুক কুইনা চঙলদি .. মী য়ৌনরকপনা হাল্লনি ..।

থোইনু : লোয়জরে সার মপান্দা লৈবীরম্মু ।(চা চীনী থাকচিল্লি স্বর শাংনা হোল্লি, মিহুন চোংই)

দিলিপ : সিদা সুম পুন্না হেক্তা থরুগা লোইরেদা।

থোইনু : সাবগীসি করিনোমা সুম তৌশিল্লকইকো হৈনদে।

দিলিপ : অহানবদদি অসি ঙাক্কনি, তপ্না তপ্না হৈনবক্কনি।

থোইনু : সারদি অচৌবা মীনি, লৈবাক্না ইকায় খুম্নরিবা মীশক্লি।

দিলিপ : কা অসিদদি নঙ ঐ চপ মান্নে। (চঙশিল্লি নকশিল্লি ..) ঐখোয় অনীতনি য়ুমসিদা , কনাসু লাক্কদবা লৈত্রবা সে য়ানরগা লোয়রে (থোইনু তুংহল্লি, চাসু গ্যাস মথক্তা শৌরি) মসিদি মী খুদিংমক্কীনি, নেচরনি।

থোইনু : সাব হৈনদে ঐবু নচলমক্লি খনবীয়ু, ঐ খুরুমদুনা হায়জবি .. ঐবু থাদোকপিয়ু ..।

দিলিপ : ঐনা নহাক্কী কেশকী অচঙবা খরচ পুন্বা পুথোকপদা নত্তনা নঙগী পুন্সিগী দবকাব ওইবা খুদিংমক তেঙবাংগনি। থোইনু প্লিজ সে মীকুপ অমতং ঐবু পোথাহল্লু মীকুপ অমত্তং .. (চিংশিল্লি, হন্দোকই, হেন্না চংশিল্লি, থোইনু উপাই লৈরক্রে খংনক নকশিল্লকপদা খংহৌদনা শাওনা খুপাক্লা কন্না থাখি)

থোইনু: অদুগুম্বা হুইগী লীচৎ, ঐ মৈতৈ নুপী অমনি। পংয়াদা য়াবা মানব্রা ?

দিলিপ : অদু ওইরবদি (খুদাং পায়, মশাদা চিংশিল্লি, ঙহাক ইন্নে, ফনেক ফিজি নাম্বে, থোইনু মখুৎ নাম্মনা মফি ফাজিল্লি, নাম্বুরকই, চীংন-চীংনা মপান্দা খরা থোরকই। মনুংদা খোংগ্রাও অমা টাইদ ওইনা শেৎলি। থোইনু উপায় লৈতবদগী দিলিপকী মখুত্তা ঙমজবী থাদুনা য়ানা চীকই। দিলিপ ঙাওদুনা থাদোরকই, থোইনুনা ঙমজবী থাদুনা ইনখি, উপু মিংশেনদা মকোক তুশিনখি। মিংশেল কায় মকোক মমায় খেৎপগী ঈ থোরকই, থোইনুনা খানা

য়েংলগা মফি শেমজিল্লি, তীন শিংচিল্লম্মগা থুনা যাঙনা চৎখি। দিলিপ মখুৎ য়েত্তু য়াখুন তাবম্মী। ঈ হাথরকই। তপ্পা হৌগৎলকই। মবাইবক অমদি মখজাইদা মিংশেন্না খেৎপদগী ঈ থোরকই, মখুৎ নাম্মনা মাদুনা যেংই। মীংশেল অচৌবা মমাঙদা য়েংই)। (চা লোনবা পাত্রদসু ঙাঙনা চাক্লি) ঈ ঙাক্তা ঙাযবেদনা ইস পুল্সিগী অহানবনি ঙসিগী থৌদোকসিদি। (লশিং স্প্রিট পুথোবকই, তৈ থোকই ঈ-শিংদু) খুৎসিদি ডাক্তব যৌদবা যাবোইদৌবিনা। ইকাযখ্রেদা। হৌদোঙ লম্বোইবগী দশা তাহৌইদা। (কিচনদা চঙখি, উই পাখৎনা গ্যাস ওফ তৌই। মখুত্তা ফি মচেৎ অঙৌবনা যেৎশিল্লি, মফি মবোল শেৎচিল্লি। ডাক্তব চৎনবা গাডী থৌদোকখি)।

(মৈ মমথখি)

# ২ শুবা তাঙ্কক

## ২ শুবা উৎপা

*(দিলিপ অমদি থোইনুগী থৌদোক নুমীৎতুনি)*

**মফম:** পুলিস ষ্টেসন।

**মতম:** নুমিদাংবাইরম পুং ৩ মুক।

(ইন্সপেক্টর মহেশ মাগী কাদা ফমদুনা ফাইল শুরি। খরসু পৈরি।)

গার্দ : সার, নুপী মৌ নহা অমা সার উনগেনা লাকই য়ে।

মহেশ : করম্বা নুপীনোনে নুমিদাবাইরমসিদা চঙহল্লকউ চঙহল্লকউ।

গার্দ : ফনি সার(সলাম কোৎলম্মগা থোকখি) ।

থোইনু : (মশাদা অকীবা য়াওদে) সার অমুক্তা চঙজরক্কে (মহেশ হনগৎনা য়েংখৎলকই, অনীমক মীৎচানৈ, থোইনু শ্বায় লাওই, খোঙফম হনগে তৌই। মহেশসু তিংঙক মায়ঙক্লে তৌফম খঙনদে) ।

মহেশ : (খঙশিন্নদে) ও .. লেঙশিল্লকউ লেঙশিল্লকউ।

থোইনু : (চঙসি কদায় হন্দোকসি কদায় তৌফম খঙদনা ঙহাক খঞ্জানৈ) কৈ কীদুনা চেল্লগা শওম ওক্লরবা... ! (মথন্তা শোঞ্জে শোম্থাংননা, তন্না চঙশিল্লি) ।

মহেশ : করি তানসে হায়বা, ফমমো.. । (ফাইল লোমদা)

থোইনু : (থোইনু ফমদে) পুম্নিসে থোকহন্নিংদবা থৌদোক্ত তারগা শেম্নকপগা চপ মান্নরে।

মহেশ : হায়বদি ..।

থোইনু : হায়বদি চত্থরক্লিবা পুম্নি পরীং অসিদা হৌখিবা, হৌজিক হায়বসি খেন্নবা লৈত্রে (নীক্রপ)।

মহেশ : করিনো হায়নিংবদো হেক্তা ?

থোইনু : অদুনা লাক্কদৌরিবা তুংগী খোঙচৎসু থাজবা ঙমদ্রে, মসিগীনি ঐনা লক্লিবা। (খোঞ্জেল নীকই)

মহেশ : ঐ খঙই, নহাক্কী ব্রাফমসিগী অর্থ। ঐসু খুনাইসিগী মমাঙদা ইমুং মনুং মরী মতা পুম্নমক্কা লোয়ননা চাউনা ইকাযবা নঙখি। থা তকক সার্বিসতগী সসপেন্দ ফাওবা তৌখি।

থোইনু : শেল, সঙ্গী শক্তিনা সস্পেন্দগী প্রমোসনগা লোয়ননা থবক হনগৎখি।

মহেশ : মতমদুদা খুদক্তা ব্রারোইশিন পুরক্লবা মী থাদুনা অচৌবা শেনফম অমগা লোয়ননা নফমদা কয়ারক হায়জখি।

থোইনু : নহাক্কী অশাবা মীনুংশিদুনা ঐগী ইপুরোইবা অমদি ঐগী মাওগ্রবা ঈজ্জৎপুদি কনবা ঙমখিদে। লৈবাক্কী ঈহৌ ওইখি।

মহেশ : লৈবাকসিগী মফম খুদিং থা কয়া খুন্তাক লানশিবগুম থোকখি।

থোইনু : মদুদি "Voice of People is the Voice of God" হায়বদুনি। ঐখোয়গী পুম্নিদি য়াম্না চম্না হীংজবনি।

মহেশ : (খ্বর শাংনা হোন্দোকই) শেংনা হায়জরবদা থোকখিবা লাইবক থিবা থৌদোক অদু গার্দশিংগী মরক্তা

মিসঅন্দর্ষ্টেন্দিং অমদগী থোখিবনি ইন্টেনসনেল্লি তৌখিবা নত্তে।

থোইনু : থোকখিবা থৌদোক অদ্ টেবোবিষ্টনৎত্রগা গেং খুৎপু অমনা তৌগদবা শা ঙাগী লীচৎনি। প্রজাবু ঙাক শেনগদবা সবকাব, পুলিস ডিপার্টমেন্ট না হুই অঙাওবগুম প্রজাদা ওর্নশিন ওনশিন্দুনা চীক্লক্লবদি কবি ওইগনি।

মহেশ : (খবা কল্লপ্না) মসি ওফিসনি। Please mind your language.

থোইনু : ঐখোর্যদি সিভিলাইজ সোসাইতি অমদা হেল্দি লাইফ ওইনা হীংজনিংবনি। অমুত্তুং খন্থদুনা যেংবীযু লমদর্মাসদা থোকহন্নিংদবা তৌহৈদবা থৌদোক হাযবা অমা লৈবিববা?

মহেশ : নঙ-ঐনা কাসিদা অৱাই-অখুম তৌনবগা খুদিংমক সোল্ভ তৌবা ঙন্নদবা?

থোইনু : চুম্মী, মকোক থোংবা মেছিন্নবী অমা ওইনা নখা থাবশিংবু কনভিন্স তৌবা ঙন্নগদি খবদ ওইবসু মশিং হন্থবকপা য়াই হাযজবনি ।

মহেশ : ফোঙদোকপিনিংবা খুদিংমক সবকাবদা ওইবসু লালহৌবশিংদা ওইবসু ডিমোক্রেসি চৎপা লৈবাক্লি বাইট টু ইনফোর্মেসন এক্ট কী মতুংইন্না মেদিয়াগী খুথাংদা মযেক লানা হাযবীয়ু।

থোইনু : মদুগী শক্তি-সু লৈজদে। হকথেংননা উনবগা হাযনবফাওবদা ভাব তানদ্র মতমসিদা।

মহেশ : হাযবদি ঐবু শাথিনা ইকায়বা পীবগী ৱানীনে।

থোইনু : নো, নো অদুক থুনা শাওগল্লদি অফ-ফত্ত খন্থনবগী

শক্তি মাঙখ্রনি। অদুদগী থোকহন্নিংদবা তৌহৈদবা থৌদোক ময়াম অমা থোক্লক্কনি।

মহেশ : (ফুক হৌগৎলি) ঐ ঙসাইদগী তাবনি। করিনো হায়নিংবদো হায়য়ু।

থোইনু : য়াম্না শাওবীখ্রে, অচুম্বা কান্নবা ব্রা খরদং হঙ্ৎচবসিদা।

মহেশ : ok just come to the matter, please. (ফমথৈ)

থোইনু : অশোনবা পুন্সি কযাবু অচেঙবা তাঞ্জা লুমদুন তেঙবাংশীন্নবা মীওই কযা খুনাইসিদা লৈ। থাজহল্লি পঙথহল্লি, খুদোংচাবা নমপি নমপি পিশিল্লি, শাগী লীচং চৎনবা লাক্লবকই ...।

মহেশ : হাযবদি থৌদোক অমসু ...

থোইনু : ইপুবোইবগী ফিবোই লোইখিবা চহী অনিসু ফাদ্রি ইনেমপোক্লা অতোপ্পা নুপা অমদা পীনবা থৌবা তৌরকখি। মদুসু ইপুবোইবগী কা মক্তদা নুপাদু থমদুনা ইচাগী মপা ওইহনবগী ব্রাফর্মনি।

মহেশ : নশাগী য়ুমমক্তদা ..।

থোইনু : ইনেমপোক্লা ফনা কন্না থেমখি, অমুকসু শাওনা ধমকা তৌদুনা নপামদা চৎখ্রো তানখি। অদুবু মীওইবগী চৎন লোনচৎ অমদি নুপী ওইবীগী ধর্মগী ব্রাংমদা ওইবনা ঐনা পুম্নমক অরেম্বা তাহনখি।

মহেশ : মালেমসিদা হায়বা য়াই অতাঙবা ননেম ইবেম্মনি।

থোইনু : মানা হায়বা য়াদে হায়বগীদমক য়াম্না থাজনিংঙাই ওইদ্রবা মওং অমদা অচেঙবা তাঞ্জা ঙাযবগা ইচানুপাবু পুরগা মফম খঙদনা মাঙখি।

মহেশ : পীকখ্রবা মশুবু পুরগা !

থোইনু : হৌজিক ফাওবা মবী মখোঙ অমত্তা খঙদনা লৈবী। অদুবু ঐহাক তুমিন্না লৈথোকখিদে। উকিল তানবা হৌখি।

মহেশ : হায়মা উকিলদদি কবিগা, পুলিসতা কোক লাকপা যাদ্রো - মখাদি কমদৌববা!

থোইনু : উকিল নুপী নুপা অনীনি, নুপাদুনা মহ্মনি। মাগী যুমদা ঙসিসি উকিলদুনা ঐবু অথুবা অমগী লাক্লবা খঙহল্লকখি।

মহেশ : মযুমদদি কবিগী ? কোর্টতা নৎত্রগা চেম্ববদনি থবক তৌনর্বিবদি। শেনসু ফনা যাম্না লৌবিবম্মনীনে।

থোইনু : ওস্থোক্লা লাংতক্লনা ঙাইবকখিবা নুমীত্তু যৌবক্লবোই খল্লুবদা ঐহাক খঙহৌদনা উকিলদুগী থোঙ্গাল যৌখি।

মহেশ : উকিলদুদি কনানো, পুলিসকা মবী লৈনদবা উকিল তাঙখ্রপোৎনি (মতমদুদা মহেশকী ফোন লাকই - ৱান মিনট (থোইনুদা)..হলো .. হলো .. কবি .. কমদৌনা .. অদুদি মীশক্তু (থোইনুদা চীংননা যেংই) হোই .. হোই .. হোই .. (ফোন থম্মী)।

থোইনু : ঐগী এসিষ্ট তৌবিবী মেদাম গীতাদা খুদক্তা ফোন তৌবদগী পুম্নমক খঙলকখি।

মহেশ : ঙাযখো নহাক্কীসি উকিল দিলিপ।

থোইনু : মানি, মযুমমক্তদা ওইদবা মযাম অমনা ঐবু থাজহল্লগা মাগী অপাম্বা ফঙনবা হোৎনবকখি। পাবা অমা তশ্নীবল্লগা নাম্থোবকখি, মফমসি যৌবক্লিবসিনি।

মহেশ : অদুদি নহাক্কী কেশ অসি অনী তাবেনে। অহানবদা ননেম ইবেম্মদুনা অঙাং হুদুনা পুখিবগী, অনীশুবদা - উকিল দিলিপ্না কেশ লেপ্লিবগী খুদোংচাবা লৌবগা নুপী ওইবীগী ইকায়খুম্নবা মাঙহনগে তৌবগী।

থোইনু : মানি পোইন্ট অনী অসিনি (মপান্দা ঙাংনবা তাই) 'নখোয সাব লৈখিবা নৎত্রো' ?

গার্দ : অমুক্তা য়েংজবকখিগে সাব।

দিলিপ : হে .. হৌজিক্তা ফোন তৌনবদা ঙাযবিবনী (ঙাংন ঙাংনা মহেশকী কা মনুংদা চঙলকই) হলো সাব ঐ যৌজবকলে। (য়াম্না ক্লোজ ওইনৈ)

মহেশ : ও .. লেঙশিনবীবকউ .. । (হৌগৎলি, খুৎ শোক্লে)

দিলিপ : (থোইনুদা মুন্না যেংই) ও .. নঙদি নখোঙনা থোংনা সবেন্দব তৌবা লাক্লম্মেদনা।

থোইনু : ঐনা হৌজিক্তা লীর্জখিবা মযামদুনি। মাবু ফাজিনবীযু। মবালগী মতীক থোকপা এক্সন লৌখৎপিযু।

দিলিপ : হে তৌঙশ্বী, হুবানবী নঙনা পুখিবা সনা লুপাশিংদু কদাযদা থৈবম্মে। নবোল শেংউ।

থোইনু : (শাওনা ফুক হৌগৎলি) কবি, শা নঙনা ঐবু থাজহল্লগা নযুমমকতদা নুপী খুনাইগী মাযথোংদা অমুবা কালি তৌশিন্নবা হোৎনখিবা নৎত্রা ?

মহেশ : ঙাইখো ঙাইখো তপ্পা গ্যান তানা অমুক্তা .. ।

থোইনু : ঐনা হান্না যৌবক্তুনা শা অসিগী মথকতা কমপ্লেন তৌববনি। (ফমথৈ)

দিলিপ : শুমদৌবনি সাব, মহাক্কী ব্রাবী তাবদা মী অমা ওইনা শিনফমসিগসু মবী লৈননা মতেং খবা পাংলুবনি। হেক পোকমিন্নবী ইচলমক্লি খন্না চঙজফম পীব্নবনি। অদুগদি ঙসিসে হকচাং খবা নুংঙাইতে হাযদনা নুংথিল তাল্লক্তা হল্লকপা মতমদদি উপু শো ফক্কাইদুনা শেন অমদি সনা মযাম অমা পুবগা ..। (ফম্মী)

থোইনু : নখোযগী হৌনবা মচু থাক্তুনা হাযজিনগনু, মসি কোর্ট নত্তে ।

দিলিপ : ঐনা ফানবা হোৎনবদা শুরিনা থিল্লম্মগা চেন্নবা হোৎনখি। ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা খুদাংদা পান্দুনা মফম অহুম্নি ফোৎলিবা, মাযদ ফাওবা উবিবসিনী।

থোইনু : অদুনী চৈনাদি কুইর-কুইবগা হেল্লকখিনি। ইন্সপেক্তর, হাংদোক্নুনা য়েংবীয়ু য়েৎলিবা বেম্দেজসি শুবিনা শোকপনি, নত্তে হায়বা খঙনবা।

দিলিপ : থাজবীগনু সাব, মসি পুবা তৌঙম্বী হীংচাবিনি। পুলিস ষ্টেসন্দা ফাওবা মথন্ত লাক্লুনা ওইদ-পাদবা ময়াম অমা হাযজিন্দুনা কমপ্লেন্ট তৌবা ঙম্মীবসিনি ।

থোইনু : দবকাবগী মতুংইন্না কমপ্লেন্ট তৌবদা নুপী-নুপা খেন্নবা লৈতে ।

দিলিপ : ঐগীদসুনি কয়ারক মথন্ত লাকখ্রিবা। ঐনা ইবেম্মা নপাং অমগা লোযনৌ হায। মনীংতম্বা য়ারোই খনবনা মথন্তনি মফম খুদিং।

থোইনু : ব্রায়েল শঙদা ফমদুনা অচুম-অরানগী বাই তাবা য়াওরিবা লমদমসিগী ইবুং অমনি হাযবদা ইকাযবা ফাওই। তুক্কচৈ। নুপীবু শান্নপোৎকুম উবা, মীগী নুপী অঙাংবু নযুমগী ব্রারক্তবী নবেম্মা ওইনা উবা ঙম্বা নখোয়না মপূক্লিং ব্রাবকপা ঙমদবী, থোঙ্গাল রাংমা লান্না মপু নাইদনা চৎলিবী, মশাগী ঈজ্জৎ হাদুনা য়োনবী কয়াগা-শানৈ যুনৈমিন্নরম্বদি যাই ..।

দিলিপ : কান্নদে সার, ব্রারীসে শাংথবীরনু। মাবু ফাজিনবীবো।

থোইনু : শাংথরগদি অশোকপদা থুম চায়বগুম থোক্কনি, সি নৎত্রা ?

দিলিপ : চোয়রোল ময়ামসে তাবীদুনা মতম মাঙহনবীরনু ঐগী যুমদা স্পোর্ট ইনকাবি তৌবনা ফরনি। হৌজিকসু মশা অসি চেক তৌবীয়ু। মোবাইল অমসু হুবদা য়াওখ্রবনি। (চঙশিল্লি)

থোইনু : চঙশিল্লকনু, ঐ অদুগুম্বা য়াবা নুপী নত্তে খঙগ্রবা নৎত্রা। (মোবাইল পুথোরকই তেবলদা থম্মী) নহাক্কী মোবাইল অসিনা ঙসি নুপী ওইবীগী ঈজ্জৎ কল্লকখিবনি। মেদাম গীতাগী মফমদগী নহাক্কী অরোনবা খুজিল থৌরাং খঙবা ঙমখিবনি। হৌজিক্কা ঐবু হুবানবগী মিংথোল পিবীবা।

দিলিপ : সাব উবীরেদনা। মসিনা শাখিনী। মসিদা অসুম লোযবে, অচুম অরান।

থোইনু : মোবাইলসে পুকচেল চাউবা শাদুনা নমদুনা ঐবু পায়হনখিবনি। নমথাক তৌরগা ঐবু পুন্নবা হোৎনবদা শীজিন্নখিবনি।

মহেশ : ফবে নখোয় অনীগী ব্রা তাবে। অমা ওইরো অমা ওইবো উকিল সাহেবকী মোবাইল নঙোন্দগী ফংলে ইমাংসিদা অদুনদি নঙোন্দা শিরিবা নবাল অসি ৫০% দি চুম্মে হায়না লৌবা য়ারে।

থোইনু : করি হায়বা ..!

দিলিপ : হুরানবদি হুরানবগী চৈরাক ফঙহনবা তাবনি।

মহেশ : ব্রারৌবীবা য়াদে। ঐখোয় হল্লক্ত্রিফাওবদি কস্টদি অসিদা লৈবীরম্মো। ঐ ফনবা শিঞ্জরগে।

থোইনু : করিনোনে ইন্সপেক্তর, ইশামক লাক্লুনা কমপ্লেন তৌবসু হাল্লি। অদুগা মীফত্তা অসিবুনা কন্দুনা থম্বীগদৌরিবসিবো! (মথন্ত প্রোক প্রোক চাকচৈ)

মহেশ : শাওবীনু। থাঙ্গৎলকইবা মেটরদুগী অরুম-অয়াং অমদি ফংলিবা শাখি ওইবা পোৎশক্কী মখা পোল্লি।

থোইনু : অদু ওইরগদি স্পোর্ট ইনক্কারি অদু ইশামকসু য়াওগনি। নৎত্রবদি ফেব্রিকেটেদ স্টেটমেন্ট ময়াম অমা ইথক্তা শেমজিল্লক্কনি। মদু নখোয়গী হৈনবীনি।

মহেশ : নো-নো মদু কযা নুংঙাইবোই। কনফিদেন্সিএলনি। পুলিস ঐখোযগী ইথৌনী। (বেল থিংই গার্দ অমা চঙলকই সলামী কোৎলি সাব) ফাইটব, কিলব, শুটব হোযদি পোথাহৌবো হাযযু। গাডী থৌবাং তৌহল্লু, উকিল সাহেবকী যুম ফাওবা চৎকদবনি। নুপীপুলিস গার্দ অমা - অনী মেদামসিগী ঙৈহাক পোথানবা কা অমা থৌবাং তৌহল্লু। (গার্দ সলামী কোৎলি, থোকখি)

থোইনু : নত্তে নত্তে ইন্সপেক্টর ঐবুসু যাওহনবীযু (হৌগৎলি)। আইন হাযবসিদদি মকুপ-মপাং, ইমা-ইপা, লাইববা ইনাকখুনবা চপ মান্নবা মীৎ যেংনা যেংবীফম থোকই। মৈত্রাবাকসিদা হাযবা যাই। ঙসি ফাওবদা নুপী অমনা পুলিস ষ্টেসন্দা মথন্তা ব্রাকৎলবা মশীং কযা শুখ্রবগে।

মহেশ : ঐ পূম্নমক খঙই। ঙাইহাক্তনি কুইবোই। ঐখোযগী নুপী পুলিসশিংগা ব্রাবী ব্রাতাই তৌদুনা পোথাবীবস্মু। উকিল সাহেব লেঙথোকঅসি (দিলিপ পৈনা যেংলম্মী, থোকমিন্নখি মহেশকা, গাডী থৌখিবগী মখোল তাই)

থোইনু : (পাঙ্গল থোক্তনা মথন্তা তবক তবক লৈহৌই, মপুক্রীং নুংশিবকই তপ্লা ফমথে) কদাযদনো ঐনা লৈবিবসিবো মঙলা তাইবঙলা, মসিবু ওইথোকপা যাববা? অচুম্বগী লাই নহাকসু নমীৎ তাঙলবকো ঐগী কবি ইবালনা নোবোক্কা পাঙ্খক ওইববা মফমসিদা যৌবকখিবা! উপায লৈজদবী ঐগুম্বী কয়াদি ইচুম চুম্না অবেঙ খুদিংগী পুথবগী শকক্তা ওইববা। ইমাগী ইবুংঙো, ইমাগী মনি, ইচাবু উদনা মায়থিবগী শকক্তা ওইবদ্রনে ইমাবো ..।

.. (থৌনা অমা লাকই) .. ঐ কপ্পবোই। মণিপুরী নুপীগী থৌনা উত্তুনা শেন সঙ্গ লৈজদবী কযাগীদমক, তুহৎপিবগী চৈনা খাংঙমদনা লম্বী লান্না চৎখ্রবী কযাগীদমক,

মপূক্লিং ৱাবকপা ঙমদনা চৎনবোল ৱাংমা লানথ্রবী কয়াগীদমক, মশাগী ইকাযখুম্নবা মুনবীথ্রবী হীংনিং· হীংদ্রবী কযাগীদমক হীংলিঙৈ মীকুপ খবা· লানথেংনবন্নগে। মখোযবু অনৌবা থৌনা, মঙাল পিদু· পুক্সিগী মমল, হীংবগী মহাও খঙহল্লম্নবা হোৎনবনা ইংৈ ওইবগে। অদুনদি ঐহাক নুপী খুনাইগীদমক্তা কৎথোক্ল ইচে ইনেমশিংগী পাউতাক্লা চৈশু ওইবগা চৎপা তাই মফম মতম ফিভমগী মখা পে'ন্না তোঙান তোঙান· শক্লোন লৌদুনা লাম্লেংনবা তাই। নুপী খুনাইবু শান্নপে' ওইনা উবা, নুং পান মান্নদবা শুইগী শ'জৎ চৎপা নুপ খুনাইবুসু পাবা অমমম তশ্বীবমদবা যাদে। ইবুংং ননাইনুবীবু বাবৌবীগনুকো। চৎকদৌবিবা অমম্বা লম্বী' লমজিংবীযুকে'। অমোৎ অকায অপুম অশাতনা থল্ল খুনাইসিদগী লৈতুম মচা অমত্তং ওইববসু হুন্দোকচবস ঙমজগেকো ইবুংঙো)। (মনুংদগী 'মেদাম শোমদ লাকপিবো' নুপী পুলিস অমনা কৌবকই। থোই· তপ্পা তপ্পা থোকখি)

(মৈ মুংলি)

## ২শুবা তাঙ্কক
### (৩ শুবা উৎপা)

**মফম:** থোইনুগী য়ুম।

**মতম:** নুমিদাংৱাইরম।

(য়ুমদু শো লোল্লি। শুমাঙ মাঙ্গোল ইচাই চায়বে। মপু পান্দবগা মান্নবে। ইংখোলগী হৈ-বা. মনা মশিংদি মপুংফানা পাল্লি, শাৎলি। কবোক্লৈ মশু মনি শম্মগা তপ্পা চঙলকই। কোযনা য়েংই, মনিং মমাঙ, য়েনখানচিংবা, মাযথোং লাংশিল্লি, মরাল লৈরবী অমগী শকফমনি। মাঙ্গোল চুবীদা মখোঙ য়াম্থুরগা ফমথৈ।)

কবোক্লৈ : (নীংঙমদনা) ইমৌ ইবেম্মা নহাকপু কদায়দা লৈরিগবা। মাঙগী লম্বীনা তেল্লবী, ইঙৈ নীম্লবী ঐনা নঙোন্দা কযাদা লানখ্রবা! মীবোল তাদ্রিবা নচানুপা অসিফাওবা লান্না লমজিংলুরে।

মনিথোইবা : (মাঙ্গোল কাখৎলি, শো লোল্লিবা থোঙদা মখুৎ মচাদুনা তাক তাক থাই। মা .. মা .. মা .. কৌই। থোং হাংতোকউ হায়বগী মতৌনি)

কবোক্লৈ : তুংগী খল্লগা থরদং য়াইফগদ্রা খন্না পায়খৎলুবা থৌরাং খুনাইগী চৎনরোলগী ৱাংমদা ওইরমলে। মদুনা নমা মচাগী পুক্সি কাং-খোং চায়হল্লুরে ইমৌ ইবেম্মা, থোইনু

নহাকপু কদায়দা লৈরিগবা নচা মনি য়ৌবকলে, লাকও .. (হীক হীক কপ্পি) (লৈবাক্লে লাকই, মশু-মবেনগী মতৌদুদা ওক্লা য়েংই, মপি ঈবা চেল্লি। মশুগী মনাক্ত চেনশিল্লি। নুংশিনা পমখৎলি)

লৈবাক্লে : ইশু য়ৌরকএদনা .. ওহ ! নবোক অঙাওবীসিনা মফম মবাং হেক খঙহন্দেদকো ।

কবোক্লে : লৈবাক্লে ঐসে কয়াদা পঙল্লববনো? হনুথংদা ঐমুক ব্রাখল য়াওদবীসিবো লৈবমখিগদ্রা। নহাক্কী নমাংদ' ফাওবা ঐ যাম্মা ইকাযবক্লে। কবিনুংগীনো হাযবদে যৌবে, লৈবাক্লে।

লৈবাক্লে : যেংউ .. যেংউ .. নবোকসে ইকাযবগসু হৈবমানেনবে হা .. হা .. ঐবু ব্রাইকুপ পুবী তাহনখিবদো নীংশিংবীযো হাযগে মতাং চাবিঙৈসিদা।

কবোক্লে : লৈবাক্লে ঐবু ইকাযবা পীবনু কৈদৌবগে। ঐ খাঙবা ' াবে। কদাযদনো নমৌদুনা চৎলমগদবা ..।

লৈবাক্লে : অচমবা নুপী নত্তে মহাক । অচঙবা ইমৌনি। মহাক শোযদনমক হল্লকখিগনি। মপুবোইবগী যাতাফমসিদগী কদায়দসু চৎলোই। ঐ চেৎনা থাজে। ঐনা মাবু মশক মুন্না খঙই।

কবোক্লে : কৈদৌঙৈনো মমা মচা থেংনগদবা।

লৈবাক্লে : মচা হল্লকপগী পাউ তাবদা মহাক মীকুপ অমা ফাওব পন্থদনা চেল্লক্কনি।

কবোক্লে : ঐবুদি ঙাকপিরবোইকো লৈবাক্লে।

লৈবাক্লে : অদুগুম্বী নুপী নত্তে মহাক। অখাঙ কনবী মীনুংশি চাউবা, নোল্লুকপা অমদি ঙাকপি হৈবগী গুনতনা লৈতেংবী নমৌনী। খুনাইগী চৎনরোল, চৎনরোম্দুনা পীবা অয়া-য়াদ তৌহৈবা তৌহৈদবা কুপ্না নৈনদুনা মক্ত লুক্লা চৎচবী ইমৌনি। অমুক হন্না মহৌশাগী পুক্সি মরেলদা মখা

চথবকপা ওইবীবো। নশুগী মণ্ডলান্দা পেন্থোকপা তম্বীবো। ইমুংদা চঙলাস লাকও ইচে। (কবোক্লে লেংঙম-শাঙমদনা ইশৈংলি লৈবাক্লেনা থোঙ শোদু হাঙই, মশু পম্মগা চঙখি। কবোক্লে তপ্ল তপ্লা তুংইনখি।)

(মৈ মমথখি)

## ২শুবা তাঙ্কক,

### (মরিশুবা উংপা)

**মফম:** পুলিস ষ্টেসন।

**মতম:** অযুক পুং ১১।

(ফাইল মথং মথং যেংই। থোইনুগী ফাইলদু অমুক ফাকই। গার্দ অমা চঙলকই, ফাইলদু খুমজিল্লি, মনুং ওইবপনা থমখি)

গার্দ : সাব, উকিল দিলিপ লাকইএ।

মহেশ : ও .. লাকসনু (সলামী কোৎলি, থোকখি। কান্নদনা দিলিপ যৌশিল্লকই)

দিলিপ : হলো, গুদ মোর্নিং সাব।

মহেশ : ও ..গুদ মোর্নিং, বেল কম (অনীমক খুৎ শেক্লে, ফম্মি)

দিলিপ : ঐ কোর্ট যৌগে তৌবনি। ওবাংগী ৱাফমদু নীংশিংলমগে চঙলকপনি।

মহেশ : হেবা নহান নৎত্রনে, “নাঙ্খোকখিবা ঙা চাউই” হাযবা সাবনা ইবা ৱাবী ? (অনীমক ৱা নোকই)

দিলিপ : হোযনে, নঙনা হেক পল্লকপসিদি। অমুকসু খল্লুবগা ইকায়বনা, মোবোক মেৎপদা জাৎ তাবদৌনা হন্দক্কী মতাংসে।

মহেশ : মফম মতমসু চপ চারবা, অদুবু করম্না শোয়হনখ্রিবনো? নুপা মান্দবা। কীরবদি চঙলুনু চঙলবদি হল্লুনুকো হায়বদো।

দিলিপ : খঙদে, ব্রাখল হায়বসে থবক ওইনা লাক্লগদি লুনা থোকপজাৎনি।

মহেশ : নখোয় উকিল হায়বা কাঙবুসিমক্তবু নচিন্দনি থৌবা নখুৎ- ও, নশা-ও। এক্সন্দি য়াওদবা .. ।

দিলিপ : অদুমাইনা হায়বা তারে। রিপোর্টপু ইখৎপিববা নৎত্রো?

মহেশ : ইরগে হায়দনা কোক থাদরী।

দিলিপ : কবিনো হায়সিবু, হৌজিক ফাওববু।

মহেশ : অহীং অনীদংঙায়রিদা হৌখিবা। লাকমিন্নখিবা ঐগী খোঙলোয়শিংদু ব্রারী খরা শাগদবা লৈরি। মরূাদ মখোয়নী।

দিলিপ : অস খিৎ তৌরনুসে, নখোয় পুলিসকী হৌনবী (লীৎলিবা অমুবা কোট মনুংদগী লিশিং তরাগী চামা চৎপী নোট বন্দল অমা পুথোরকই) সে তরাখক্তুনি ঙসিমক ইখৎপিরো ...

মহেশ : নো .. নো .. ঐবু ইকায়বা পীবিগনু। অমুক্তা লৌশিনবীয়ু। নঙ ঐ কোলেজ অমত্তদা তমিন্নরকখিবনি। অদুগা অপাম্বা লম্বীদা চৎনখিবগী ব্রাতনি। করিগী চীংনরী, ইশামক্লা আই. ও, ওইরি। মণি মেটর গী ব্রাফম নত্তে। লুরীবদি নুপী অসিনা ঙরাং পনবদা য়াওখিবা ..

দিলিপ : য়াওখিবা হায়বদি ..

মহেশ : মরুপ্পু এসিষ্ট তৌরিবী মেদাম গীতাদগী মহাক্লা খঙবা ঙমখিবা অদুনি।

দিলিপ : য়েস রাইট্, অদুদি মেদাম গীতাবু ভাব তাহন্দবা য়াদে।

মহেশ : মেদাম গীতাবু মচীন মেনবা ঙল্লগদি ..।

দিলিপ : হৌজিকমক কোর্টতা মাবু উনগনি। মদুদা কুপ্পা খন্নবগে। কেস অসিনা চাওথোবক্লবদি ঐগী সার্বিস বেকোর্দতা অকাইবা লৈ। সাবসু স্পোর্ট ইনকারিদুদা যাওমিন্নখিবা খোঙলোয়শিংবু ফজনা ভাব তাহনবীবো। মখোযগী ওইনবা মঙাসিমগা হাপচরগে (লিশিং মঙা টেবলদা থম্মী)।

মহেশ : ঙাইখো অমুকত্না লৌশিনবীখো সাব কৈদৌবগে ?

দিলিপ : অদো মহাক হৌজিক সিদা লৈবীকো ?

মহেশ : লৈবিনে, অমুক্তং উনবমগে হাযবরো?

দিলিপ : এ .. কদায়দগী কদাযদগী (মখুৎ মমায উৎলি) খুৎসিগী অনাবা কাবিবা হু ফাওবা হন্দবী। এনি ব্রে হেদ ক্লাটবযৌদ্রিঙৈদা অমুক্তংদি..।

মহেশ : অমুক্ত নত্তেনে, ..।

দিলিপ : লেম্না থাবদি যাদে। হৌজিক মহাক্কীনি হাযবদা কনাসু পাম্বোম তীংবীনবা লৈত্রবনি। অদুনা ওইথোকপা যাবা মচু থাক-থাক্তুনা রিপোর্ট শেম্বীরো, আই. ও, সাহেব, ঙসিগীদি য়ৌজপ্রগে (হৌগৎলি খুৎ শোক্লে)।

মহেশ : ঐ থিন্দোক্লেকো ... সুম লৈহৌবে। (দিলিপ ফিংনা থোকখি, মহেশ ফমথে শেন্দু মুন্না য়েংই নোকফেৎ) ঐগী নুংশিখ্রবা কলেজ লাইফ কী মরুপনি। মবাল লৈরবনীনা শেল তিংথোকপদা পাম্মুদ্রেনেসে। পুলিস ঐখোযসু মরম চারবদি মরুপ মপাং ইচিন ইনাওগী ব্রা লৈতে। জয় লক্ষ্মী.. (মী হায়ফেৎ য়েংই, শেন্দু লৌরগা চুপ্পি ফুবিৎ মনুংগী ফুরিৎখাওদা হাপচিনখি) অমসিদগীনা কবি আশা তৌনিংঙাই লৈ। (মঙক নোম্মী) উম .. য়োংগী তল খুয়েন্দা .. (বেল খিংই)

গার্দ : (গার্দ অমা চঙলকই সলামী কোৎলি) সার

মহেশ : নুপী গার্দ অমদা হাযখো। রুম নম্বর ৬ তা লৈবী নচেমদো খরা কৌহল্লকউ।

গার্দ : ফনি সার, অদো সার করিগুম্বা অমত্তা ..

মহেশ : করিনো হায়য়ু।

গার্দ : সার ইচেমসিবু, মহৌশা চহী ১ $^{১}/_{২}$, ২ মুক্কী মমাঙদা সারহোয় সসপেন্দা লৈরুবদুগী ..

মহেশ : করিগীনো নঙনা মদু অমুক হংকৎলকইদি।

গার্দ : ঐখোয় স্টাফ মরক্তা সুম ঙাংনবা তাবা ..।

মহেশ : করি ঙাংনরিবা .. কনা .. কনা ..।

গার্দ : সারদি,হন্দক্তি বম্পর ফাওরেবু হায়নর্রিয়ে (হুম ... চীন খুম্মগা নোকই)।

মহেশ : মদু ঐগী ঈজ্জৎকী ব্লাফম্নি, নথৌ তৌরুচো (গার্দ থোকখি সলামী কোৎলম্মগা) পপেটশিংসিনা মরোল অমা ..। উম মতমদুদা ঐনা ফঙখিবা ইকায়বা চোপ্পা নঙখিবদুগা হায়রুরবদি ..।

থোইনু : (থোঙবাদা) অমুক্ত চঙজরক্কে ..।

মহেশ : চঙবীরকউ মেদাম, ফম্বীয়ু।

থোইনু : (চঙলকই, ফমদে। হায়নিংথা হংনীংবা ময়াম্না ফুনগত্তুনা পেন্দনা লৈ)

মহেশ : তশেংনা ঙরাংসি হেক হল্লকপগা নহাক্কা উনগে খনবনি। ইমরজেন্সি মিটিং অমা ডি.আই. জি না কৌরকপদগী য়াওরুরে। হৌজিক খরা কোম্মে। অদুনা পর্সনেল্লি মেদাম্বু কৌহনবনি।

থোইনু : (থোইনু ফমদে) ঙরাংগী স্পোট ইনক্কারিগী রিপোর্ট ..।

মহেশ : অদুগীনি কৌবিবসি। মেদামগী নথক্তা শীবিবা নবাল নবালদুগী মতুংইন্না পাল্লিবা এক্ট অসি যামগ্রে।

থোইনু : হুম ... ইবুকথোক্কী ইচা মুনবীগ্রে। উকিল অমদা চণ্ডজদুন কেশকী থৌবাং তৌহল্লুবে। ঐগী অশোনবা মতৌসিদ নুপী ওইবীগী ঈজ্জৎ তেমশীংনবক্লে। ইশা কঞ্জনব হোৎনবদা উকিলদুগী খুদাংদা যানা চীক্তুনা নাম্থোবক্লে মদুগী এফ. আই. আব অমা পান্দুনা ফাবীনবা পুলিস ষ্টেসনদা লাক্তুনা ব্লাকৎলবে। অদুবু মবালনা মপো" ফাববী অমনা সবেন্দব তৌববগুম থোকগ্রবা ..' হুম, মসিমুক ঙকপা লৈবাক, অশেন্বা আইন, শেল-সঙ্গ

মহেশ : নো নো যাম্নসু সেবিযস ওইশিনখিনু।

থোইনু : সন্দ্রেন্বী ইমাদি খ্বাং যৌবে, ইমাদি ঙকশম যৌবে, ইমাদ লুতোন যৌবে হাযবদু ইশাদা থোক্লববদা সেবিযস ওইবোইদবসিবু কনানো .. (স্বব শাংনা হোন্দোকই) যেস ওকে. বিপোর্ট তু তাজগে?

মহেশ : অহানবদা, যুমগী উপু ফক্কাইদুনা সনা-লুপা হুবানগে তৌবম্বগী, অনীশুবদা-যুম্বুদুবু হাৎকে তৌবম্বগী ক্রিমিনেল কেশ, অহুমশুবদা-শেমজিন শাজিনবা বিপোর্টনা উকিল অমগী ঈজ্জৎ মাঙহন্নবা হোৎনবম্বগী কেশ। অহুমসিনা মর্দ্বানি। অতৈদি মচা মশু ঙাক্তনি।

থোইনু : (মুন্না তাই, মবৌ লৈনা) So excellently fabricated report?

মহেশ : (প্লাষ্টিক না পেক তৌবা মযোম অহুম পুথোবকই) ঐগী মাঙদা নশামক্তদগী বিকোভব তৌবা উকিল দিলিপকী মোবাইল (উৎলি), দিলিপপু হাৎনবা হোৎনবদা নহাক্লা শীজিন্নবম্বা ছুবি (ঈ তৈবা), থুগাযবমবা উপু

মীংশেন, চাখায়রমবা শেল হাপ্পা বোক্সকী ফোটো, অদুনা কেশ অসি অরাইবা ওইরোইদৌরি।

থোইনু : মসিমক থোক্লরগনি হায়বসি হান্না মাঙজৌননা ফাওখ্রবনি। হায়বীয়ু, ঐঙোন্দা শীরিবা ইরাল, রিকোভর তৌরকপা পোৎশকশিং অসিনা লৌইরবরা ?

মহেশ : খরা হেন্না অমুক্কসু পাপ্লিবরা ?

থোইনু : নখোয়গী কষ্টদিদা লৈরবনীনা শঙনীংবা মচু শঙবদা ইপক্তা পক্লগদবনি। এন.এস.এ. তাগদবদি কযাম ৱাৎলি ।

মহেশ : ঐখোয়বু অদুক লান্নসু উবীগনু।

থোইনু : পুলিসনা ফাখিবা মী অমত্তা এন.এস.এ. পান্দনা তোক্তে। অদুনা হায়জবনি।

মহেশ : মী মীদুনা তৌরম্বা ক্রাইম গী মখাপোন্না এক্ট পানবা হায়বসিদি পুলিসকী মথৌনি।

থোইনু : লমদমসিদদি এন.এস.এ নত্তবা অতোপ্পা এক্ট অমত্তা লৈতে হায়না প্রজানা লৌনরবনি।

মহেশ : প্রজাগীসু মরাল কয়া লৈতবদি নত্তে। সরকার, পুলিস দিপার্টমেন্টকী মায়োক্তদি গনতন্ত্রিক অধিকারনি হায়দুনা মখোয়না ফোঙদোকপা ঙমদবা লৈতে। অদুগা নহারোল লালহৌবশিংনা লৈবাকসিগী প্রোপর্তি, শান্তি রক্ষাগী মায়োক্তা চথবা ক্রাইম কয়াগী মতাংদদি তুমিন্না লৈশিল্লি।

থোইনু : মরম চাদনা Human Right violet তৌদুনা ক্রাইম চথরকপা মতমদা কনাসু তুমিন্না লৈশিন্দবনি। পুলিস ওইরো, নহারোল ওইরো মরালবু লৈরবদি প্রজানা তৌবা ঙমদবা লৈত্রবনি হৌজিক্তি।

মহেশ : নোংপোক ভারতকী অচৌবা ষ্টেটশিংগী দিষ্ট্রিক অমগী এরিয়াসু ফানা চাউদবা, মীশিংসু য়ামখিদ্রবা লৈবাকসিদা

কম্যুনীতি খুদিংমক্কী লালহৌলুপ লৈশিল্লে। লালহৌ লুপ্পু লৈকায় লৈকায়গী ক্লব সংস্থান শেম্বগা মান্নরে। পান্দর্মদি অমত্তনি হায়। লীদর ওইনিংবদি খুদিংমক। মপাম্ফোংদনা পুনশিল্লে, মনুংদনা নাকপাক। অদুদগীদি হাত্তোক্লবে, ঈ মশেল মত্তা। প্রজাসু করিমতা হায়দে। পুলিসনা আর্মিনা ওইরগনা খোই মহুমদা চৈনা থিল্লুদু ঙাই পাহথোক্লবক্লিবা।

থোইনু : মদুদি মশানা তাবনি। প্রজাবু ঙাকশেল থৌবাংগী থৌবু ওইবিবা নখোয়না ওনশিন্দুনা চীক্লক্লবদি পাইথোবকপা তাবনি মমা ওইবী কয়া।

মহেশ : মেদামসু খনবীযু লৈবাক অসিগী প্রজা অমা ওইনা। শেলগী দিমান্দ মায়োক্লদবা কবম্বা দিপার্টমেন্ট, ইমপ্লোয়ী কনা লৈবী। নহাবোলনা ঙহাক লৈতনা অপনবা পীবদগী লমদমসিগী অচৌবা প্রোজেক্ট স্কীম অমত্তা মায পাকহন্দ্রে। অতৈ ষ্টেটশিংগী মমাঙদা যাম্না ইকায়নিংঙাইনি। ইথন্তা ইখোঙদা শিংজঙনা য়ানশিঞ্জবগুম্বনি। চাউখৎ থৌরাংগী থাদরকপা চাউখ্রবা শেনফম কযা শ্যার, পি.সি. লৌহৌনবা হোৎনবদা ওফিসার অমত্তা ওফিসতা ফমদুনা থবক শুবা ঙম্লদ্রে। য়ানদ্রে বোম। মসিনা মখোয়গী ব্রার্ক কলচর ওইদুনা লৈরে। মাঙজরিবসিদি কনানো? সেন্টররা - লমদমসিগী প্রজারা? অসিগুম্বা কয়াসিদা প্রজাশিংসু খরা য়াওহন্নিংই। অফ-ফত্ত নৈনহন্নীংই।

থোইনু : হোয় ঙা অমদি ঈশিংগগী মরক্তা তেঙবাংনবগী ব্রাখল্লোন্দা মতেং পীনবা য়াওরম্বা য়াই। নীংতম লালহৌগী ইথিকস, প্রিনসিপল ঙাক্না চঙশিল্লিবা য়াওল্লোয় ইবুং ইপব্রাশিংগী মরক্তদি অদুক হাক্লা

হেনঞ্জিনবা থবক তৌরমগনি থাজদে। লালহৌবগী মায়খুম উপ্তুনা লৌজনাম-পুজনামদা ঙাওরবা গেঙ খুৎপু কয়াসু থোরক্লরবা চাংনবনি মতমসিদা। অদুগা অমুক মরকসিদা নীংতম য়াওপ্লোয়শিং মীংচৎ থিহন্নবা খুনেক্তা থাদোরকপা মপুগী মনাই অচানবা কয়াসু লৈরিবনি।

মহেশ : মপুগী মনাই অচানবা হায়বদি ..।

থোইনু : হায়বদি হুরান চীম্থি মীহাৎ মীপুনগা মরী লৈননা ফাগৎলকপা নহারোল কয়াগী মরক্তা থৌনা ফরবা পুলিস দিপার্টমেন্টকী মীওই কয়া চেন্নরম্বগী ব্রাথোক মশিং থিঙমদনা লৈখ্রবনি লৈবাকসিদা।

মহেশ : হায়রিবসিনদি পুলিস দিপার্টমেন্টসু গেঙ খুৎপুগা চপ মান্নরে সিনীনে। (অশাও মীৎয়েংনি)

থোইনু : হাউস ব্রাইফ ওইনা চম্না লাকচখিবা পুম্নিনী। ঐনা করি খঙলুগনি। মরকসিদা করিগুম্বা অমত্তংগা।

মহেশ : হায়বীয়ু ..।

থোইনু : গার্দশিংগী মরক্তা ইন্সপেক্টরনা ঙরাং কৌবীখিবা ফাইটর, কিলর, শুটর হায়বা মীংগৌদুবু মখোয়গী মমা মপামক্লা নুংশিনা থোনবীরকখিবা মমিংলা .. ।

মহেশ : মসিগী ব্রারীসি শাংগ্রে। শম্না হায়রবদা মখোয়গী দ্যুটি দা পেল্লদুনা দিপার্টমেন্টনা নীক নেম ওইনা শীজিন্নবা মীংথোলনি।

থোইনু : হায়রিবসিনদি মখোয়না ফঙলিবা টাইতল দুগী অর্থ মতুংইন্না আইন অমদি য়ুনিফোর্মগী দিসিপ্লিন ব্রাংমদা মনিংতম্না মথৌ পাঙলমগনি। মসি ঐগী অচম্বা ওবজর্বেসন নিকো। অদুনবু ফাইটর, কিলর, শূটর নচিংবসি প্রোফেসনেল টাইতল ওইনা শীজিন্নরিবনি, করি হায়গে ইন্সপেক্তর সাহেব।

মহেশ : (তুমীন্না মুন্না তাবন্বদগী) চখরক্কিবা ৱাবী পবীং অসিদা নহারোল লালহৌবশিংবু শৌগৎপা, প্রজাশিংগী অশোযবনা লোৎশিনবা, পুলিস দিপার্টমেন্টবুনা মীয়ামগী য়েকনবা ওইনা উহনবগী ময়েক লারবা মীৎযেং অম নঙোন্দা য়াওরী। মসিনা তাকপদি ওভর গ্রাউন্দ দা থবক তৌবী মখোয়গী সিম্পেথাইজব অমনি হাযনা লৌবদা চীংননিংঙাই লৈতে।

থোইনু : হোয লৌনীংবা ৱাখল্লেন, যেংনীংবা মীৎযেংদা যেংবীবদা ঐনা কবিদি হাযকনী। তৌবতবু ঐদি যাম্মা চন্না দিসকসন্নেবল টেবলনি খল্লগা উবিবা অমোৎপশিংগী মরমদা খরা অদুক ফোঙদোকচবনি।

মহেশ : ফরে। হযেংদগীদি হেদ. ক্বাটব দা লেঙবীবা তাবে। মপী লৈনবা অইবা বিপোর্ট, ইভিদেন্স কা লোযননা লানখৎনবসু শেম শাবা লোইবে। (ফাইল উৎলি)

থোইনু : ইবালগী মতীকচাবা ষ্টেপ লৌখৎলকপদা তোল্লবী ঐনা কবি হায়জবা ঙমগনি। মীচঙ সঙ্গ শেল লৈজদবী অমগী মফমদদি হায়রিবমখৈ চুম্মগদবনি। নখোযনা হাযবা খুদিং ঐনা ইনবা তাবনি। থেঙ্ক্যু ইন্সপেক্টর।

মহেশ : মেদাম্না খঙবীগদবদি কেশ অসি থুপচিনবদা ৫০% দি ঐগী খুত্তা লৈবনি।

থোইনু : ৫০% নত্তে, ১০০% অদোমগী খুত্তা লৈ। অচুম্বা অশেংবা ওফিসার অমা ওইরবদি।

মহেশ : হায়রিবসিনদি ঐনা শেম শারগা পংইদা ইশিনবনি সিনীনে।

থোইনু : নো-নো, নখোয় পুলিসকী হৌনবা লান্নদা লৌগনবসিনা। ঐনা হায়জবদি ঐগী খুৎশেমগী দশাগী

কেশ অসি অদোমগী মীনুংশিগী মথা পোল্লি হায়জবনিদা (কেরপ্পা, নোকফেৎ তৌনা হায়)

মহেশ : অথেংবদা অমুক উনাস। যারেকো (ঈবাং থাংবা মীৎচি অমগা লোয়নৈ, রিং খিংই) (থোইনু ইকায়শিন্নৈ, লুকথৈ, গার্দ চঙলকই)

গার্দ : সার (সলামী কোৎলি)

মহেশ : নচেসে মাগী কা ফাওবদং এস্কোর্ট তৌ।

গার্দ : সার কা হায়বদি ..।

মহেশ : হে বুদু !

গার্দ : ও .. সোবি.. ঐদি ভাব অমরোমদা .. আ .. ইতৈ ..মা, ইচে অদুদি ..।

থোইনু : উম চৎলসি (নোক্লিংবা খাঙশিন্নৈ,থোকখি)।

মহেশ : (মায়থোং মকা লাম্মা) অদুদি .. ও .. আইদিযা, (হরাওনা নোকই, দিলিপনা পীরম্বা শেন্দু ফুরিৎখাওদগী লৌথোকই, মুন্না য়েংই, মণ্ডক নোম্মী)

(মৈ মুৎলি)

## ২শুবা তাঙ্কক,

### (মঙাশুবা উংগা)

মফম: পুলিস ষ্টেসন।

মতম: নুংথিল পুং ৩।

গার্দ ১ : নুমিদাংবাইবমদি যৌবক্লনি। দ্যুটি চৎলসি অমুক হাযবক্লনি।

গার্দ ২ : খঙদেদা ঐখোয বোসসিনা মবোল অমা, মতোঙনা মানদা চাই।

গার্দ ১ : ঙহানসু সুপব মার্কেট মনুং গলি নম্বব ৭ দুদা সর্পবাইজ দ্রাইব চথবে। কলেকসন তৌবকপমখৈ মাগী ফুবিৎখাউদা।

গার্দ ২ : ঐখোযনা ফঙহৌবনা থক চাবম্বা মযামদুনা কাযদুনা চেন্নখ্রগা, পনববু ইকাযজৈদ প্লেত্তা লেমহৌবা মকোক মক খবদু মঙাই।

গার্দ ১ : কাপ্লবে ঐখোযনা মাঙদা, তুংদগীনা ওবদব ..।

গার্দ ২ : মদুসু অবোৎপগা অফোঙবগা ..।

গার্দ ১ : থবকসি চঙদ্রিঙৈদদি অমুক্তং ফঙলবদি খন্না বানোম্ব- ও, শেন্নম্ব- ও।

গার্দ ২ : অদুনীনে, নোংমা ফাদোক যুমদা চৎলুবদসু নুপীগা শঙ্কৎনবদা লোযবপোৎনি।

গার্দ ১ : শিনফমসিনা য়াদবদগী থা অমদা অমুক অনীরক য়ুমদা হল্লকপদবু হরাও হরাও সেবা তৌনীংদ্রবদি ইতৈমদুসু ফৎমন্দেহে।

গার্দ ২ : ইচানুপাগী লাইবিক লাইশুগী খরচকী মথকতা থবকসি চঙনবা হোৎনবদা পুশিল্লুবা লুপা লাখ অনীগী ৫% থাগী মথোই। মাসু ইকায় শঙ্গোয় হাংলবনীনে।

গার্দ ১ : লৌদি তীন তাই, তলবতি তীন তাদেনা দবল ক্লোপিং চারম্বা ফৌরেল লৌফমদু থোক যোম্লোকই। Class VIII কী Post তা চঙলকপনীনা তলবসু হৈগ্রু মনাদা যোম্মেদো। অদুনা ঐসু য়ুমদা অহল-লমন্না শাওবদা লোইবপোৎনি।

গার্দ ২ : শাওদননে ইশু তৌবা একে সিননে শেন্দোয় থৌবা লাকপশিংদু থোক হেক কাপথৎপা, এনকাউন্তব দা শিবনী হেক হায়জিনবা।

গার্দ ১ : হোযনে, ঐখোয় হৌনবীদো (অনীমক নোকমিন্নে, লৈবাক্লে মশু মনিথোইবা পুবগা গেট লোমদা চঙলকই)।

গার্দ ২ : অহল অমা, অঙাং নুপামচা অমগা চঙলকসিবো?

গার্দ ১ : মখোযসিদি মীরেম্মি, শেন তানবসু য়ারোই মখোযদগী।

লৈবাক্লে : ইবুংঙো করিগুম্বা অমত্তা হংজগে।

গার্দ ২ : করি হাযগে ইমা।

লৈবাক্লে : থোইনু কৌবী নুপী অমা নখোয়গী সিদা লৈবদো অমুক্তা উনজগে।

গার্দ ১ : ইমাদি নুপী অসিগী কনানো?

লৈবাক্লে : ঐ মনেম্মি, অঙাং অসিনা মাগী অমত্তা ঙায়রবা মচানুপানি।

গার্দ ২ : ও .. মশুনুপা পুবগা লোৎখি হাযবা অহন্দু ইমা ওইবে

লৈবাক্লে : লোৎলুবা অহন্দুদি হৌজিক নাদুনা লৈবী ঐনা শাগেগা অতোপ্পা মনেম্মি।

গার্দ ১ : অদো ঙসাইনা শেংন শেংনা হাযবীবা য়াদ্রো অহল।

লৈবাক্লে : চুম্মী ইবুংঙো ।

গার্দ ১ : ঐ সাবদা অমুক্ত হংলকখিগে (চঙখি) ।

লৈবাক্লে : ইবুংঙো ঐখোযদি তশেংনা খঙজদবনি। ইমৌসিনা কবি অকাযবা তৌবম্বদগী নখোযগী সিদা ফাজিন্দুন লৈবল্লিবনো ?

গার্দ ১ · ঐখোযন' ফাকবা নত্তে ইমা। মখোঙনা থোংনা লাক্লগ সবেন্দব তৌববিবনি।

লৈবাক্লে : কবি হাযবা, মথন্ত চঙজবকপা !

গার্দ ২ · হোয মথন্ত চঙজবকপনি। ঐখোয কুপ্পদি খঙদে মঙোন্দা পাল্লিবা এক্ট অসিসু য়াম্মী হাযবনি।

লৈবাক্লে . কবিনোনে হাযবিসিবো, মঙ হাদা থোকপগা চপ মান্নখ্রে' (পাখৎলপ তৌনা)

গার্দ ১ : (থোবকই) মিনিট মঙাদগী হেন্না উনহনগনু হাযবকই ইমা, রাবৌবীবা যাদে।

লৈবাক্লে : নত্তে নত্তে ইবুংঙো, মমা মচা উনদবা কুইববনি। খিত্ত শাংনা উনহনবীয ।

গার্দ ১ : ফবে, মিনিট তবাদগী হেনবীগনু। ঐখোযদা অমুক লাউথবক্কনি। (গার্দ অনীমক থোকখি, থোইনু লাঙতক্ল না থোবকই। মচানুপাদা মুন্না য়েংই .. মপী চেম্বুবকই, চেনশিল্লি মচাবু কোনখৎলি, ওন ওন্দুনা চুপ্লি, মখোয অহুম কোম্নে, কপমিন্নে।)

থোইনু : ইমাগী মনি, মনিথোইবা .. ইমাদি লৈকঙদা ঈরাক্লরে। ইচাগী লম্বী থিবদা পুথবগী শরুক্তা ওইরেনে ইমাগী মনি।

লৈবাক্লে : ইমৌ ইবেম্মা করিনো নঙনা তৌরম্মীবা মতৌ অসিবো ইন্দোমচা মঙলা তাইবঙলা খঙদ্রে ..।

(তঙক তঙক য়েংদুনা লৈ মনিথোইবা)

থোইনু : নঙবু ইমা কাওরবরা? ইমাবু শক খঙদ্রবরো ইমা কৌও (মচাবু কোন্দুনা হীক্লা কপ্পি)।

গার্দ : কবিনো অশি-অনা য়াওবদৌনা। সিদি মোর্গ নত্তে, পুলিস ষ্টেসন্নে। (মনুংদগী লাওরকই)

লৈবাক্লে : থোইনু কপ্লগনু। হায়য়ু মতৌ করম্না ওইরম্মীবনো?

থোইনু : খঙদে করমনা ওইরকখিবা ফিভম অসে। করম্না পুলিস ষ্টেসন য়ৌরকখিবা।

লৈবাক্লে : ঐখোযসু করিমতা খঙদে। ঙসি অয়ুকসি সনাথোইনা পুরম্বা কোলেজদুগী ছাত্রনি হায়। মখোয় খরা লাক্লগা হংলরবনি। নহাকপু পুলিস ষ্টেসন্দা লৈ চুম্ববা হায়না। নুপীমচাশিংদু ফক্লাংদা থেৎলিবা সনাথোইগী ফোটো য়েংলগা য়াম্নসু কপলম্মী।

থোইনু : ও .. ঐখোয়বু নুংশিবীদুনা হংবা লাকইবা !

লৈবাক্লে : ননেমসু হৌজিক্তি মানা তৌখিবা ময়ামদো লোয়না ভাব তারবনি।

থোইনু : করি, ইমাবু ভাব তারক্লবা! (হরাওবগী পিরাং) ঐবু থাজবা-নুংশিবা ফাওরক্লবা। মায় পাক্লগনি, ঐনা চৎকে খল্লিবা লম্বী।

লৈবাক্লে : নহান নোংমা মাগী লৈফমদুদা ঐ চৎলুই। অযৌবীদনি ঐগা তৌনবসি। ইশুগসে উনহল্লকপোন্তে। নুমীত্তুদগী মমায় লৈরকপরা খল্লি।

থোইনু : তশেংবনি, ইন্দোমচানা পীবা মঙান্দুনা ইমাগী ব্রাখন্দ' লৈরম্বা অমম্বা অমোংপশিংদু হোয়দোকখিবনি। ঐগীদি ইন্দোমচা নত্তনা কনাসু লৈতে। ইচাসিসু লাইনা য়োকপগা' চপ মান্নবে।

লৈবাক্লে : হায়হৈদে ইবেম্মা। হৌজিক্তি নমাসু গ্যান তারক্লবনিন' নহাক্লা পামজবা পুন্সিগী ব্রাংলবা ফিদমদো শেমজব ঙমলগনি।

থোইনু : ইন্দোমচাঐ থবক খবদি তৌবমগে লেপলে। ইচম চম্ল শীনিংদ্রে।

লৈবাক্লে : ব্রাখল ফাথৌ ইবেম্মা। নশা নহানি। কল্লক মীহৌবন' লাঙ্গোয় চল্লিবা মতম্লি।

থোইনু : ঐ খঙই ইন্দোমচা। ঐগী পুন্সিগী তাঙ্কক, ওইবিবা ফিভম অদুবু তুমিন্না লৈশিনবা য়াবক্রে।

লৈবাক্লে : নঙনা হায়রিসিবু থোইনু ..!

থোইনু : ইন্দোমচানা খল্লিবদো নত্তে। লমন খুম্লীংবগী অপঙবা ইফুৎসু নত্তে ফাওরক্লিবসি।

লৈবাক্লে : অদুদি ..! (ঙকই)

থোইনু : নমদুনা পঙথ-শিথহনবীরবী, খুৎশেমগী খুদি তত্তনা থিরবী হঞ্জাননা হীংলিবী নুপীশিংগীদমক করিগুম্বা খরদ ওইরসু তৌরম্লবা মৈরী অমা কন্না ফাওরক্লে ইন্দোমচা।

লৈবাক্লে : চুম্মী থাগৎনিংঙাইহনি নহাক্কী ব্রাখল্লোন। অদুবু লমদমসে থম্মোয় শেংনা শৌগৎপিগদবা মীওই য়াম্মা তাঙবনি।

থোইনু : তাঙসনু। ইশাগী ঈজ্জৎ ঙাক্লা, মতীঙ লৈনা হীংমিন্ননবা মমীৎ মমীত্তুদা খুদোনবীনা থিন্দুনা অচুম্বা মঙাল উহনগদবনি।

লৈবাক্লে : ইশুসে শারেপ ফাদ্রি। ব্রাখল লিশাং থাবগী পাংগল লৈত্রি। নচা মনিগীদি কবিমতা খল্লরোইদ্রা থোইনু।

থোইনু : ইচা মনি লিশিং লিশিংগীদমক, ঐগুশ্বী মমা কয়াগীদমক্তিনে ইন্দোমচা নমৌগী মঙলান অসে। মপাম্ছোংদনা অচৌবা মানবা মনুংদনা লৈখা-তানা লমচং মাঙলবা নুপা খুনাই অমা লৈ। মখোয়না উপায় লৈজদবী নুপী কয়াবু নমদুনা ইকায়খুম্নবা মাঙহল্লি। মখোয়বুসু পারা অমমম তশ্বীদবা য়াদে। নৎত্রবদি ইরমদম অসে মপা মশক খঙদবা মচা কয়াগী শান্নবুং ওল্লক্লগনি ইন্দোমচা।

লৈবাক্লে : ওহ ! নঙগী ব্রাখন্না অদু য়ৌরবকো ইমৌ ইবেম্মা।

থোইনু : নুপী খুনাইগীদমক থম্মোয়শেংনা কথোকতুনা হোৎনবিবী ইচে ইনেমশিংগসু মফম কয়াদা কেম্পেন তৌবা য়াওখ্রে। মখোয়গী মতুং ইন্দুনা ঐগী অঙম্বা খরদি উৎলম্মগে।

গার্দ : (গার্দ থোরকই) লোইশিন্নবা তৌবীরো ইতৈমা।

লৈবাক্লে : অদো নঙবু কযাম কুইনা মফমসিদা।

থোইনু : কুইররোই ঙসি নোংমা নীনিসিদা থোবক্লগনি। ইন্সপেক্তর সাহেবসিনা ঐগী ইরাল অমত্তা লৈতে হাযবা খঙবীরে। থোরক্লগা ব্রারী পুম্বা লীজরগে।

লৈবাক্লে : ব্রারীদুনি ঐনা তানীংলিবসে। করম্না পুলিস ষ্টেসন অসিদা নখোঙনা থোংনা চঙজরম্লিবনো? কয়াম চাউবা নরালগীদমক ?

থোইনু : ইন্দোমচানা ঐবু মশক মুন্না খঙবীরি, থাজবীরি, মসিনি ঐগী পাউখুম ..। ইমাগী মনি চংলো। ইমা, ইচাগী ফুরিং খোংগ্রাও শান্নপোৎ ফজবা, অচাপোৎ অহাওবা লৈরগা লাক্লে। বোবোক্তা চংলম্মোকো মনি (মচাবু কোল্লগা কপ্লি) ইন্দোমচা ফিজিগী মনিসে নাম্ছোকহনবীগনু। মমা

মপাগী দায়ত্ব ১ৌবীদুনা নাওকোনবীরম্মুকো ইন্দোমচা (খুরুম্মী)।

লৈবাক্লে : মাঙ্গল ওইয়ু ইমৌ ইবেম্মা, মাঙ্গোল ওইয়ু (মকোক্তা নুংশিনা নাম্বুবী, লৈবাক্লে মশুবু শম্মী, মমায়দি থোইনুদা য়েংই, থোইনুসু মখুৎ হায় .. খরা চংপা হৌরকপদা মচানা 'মমা' হায়না খুৎ লাম্মকই)

থোইনু : ইমাগী মনিথোইবা ..। (চেনশীল্লি কোল্লি চুপ্লি মখোয অহুম্মক থাদোক্লদে, য়েংবা ঙমদে)

(গার্দসু য়েংবা ঙমদে। মাসু অৱাবা দৃশ্যদুদা শরুক যাই)।

(মৈ মুৎলি)

## ২শুবা তাক্কক
### (৬শুবা উৎপা)

**মফম:** হেভন হোটেল, সেকেন্দ ফ্লোর, রুম নম্বর ৩০২

**মতম:** নুংথিল পুং ২।

(বাজাব মনুংনি। থ্রি ষ্টার হোটেলনি। ভি. আহ. পি. ফ্লেট টিভি, ইন্টর কোল, দবল বেদ, বাদ রুম-তোইলেট শুনা লৈ। মহেশ সিভিল দ্রেসতা থোইনুগা চঙমিন্নরকই। থোইনু পুক্সিদা অহানবনি মফমসি। খোঙথাং মীৎয়েং যৌনা চেকশিঞ্জে। মহেশ লাইফ পার্টনর অমগী মতৌগুম চীংনবা অমদি চেকশিনবা মতৌ উদে। কাদু হেক চঙবগা বাথরুমদা চঙদুনা মায়-মীৎ তাথোকই। য়াওরকপা অচা-অথক লৌথোকই )।

মহেশ : ঙাইহাক পোথাও, শ্বর হোন্দোকপিয়ু। (সোফাদা মাইয়োক্লনা ফমই)।

থোইনু : (শিবা চঙবগী লানফমনি, মহেশকী নেচর-ব্রাঙাং-ব্রাখলগী মতুংইন্না পাউখুম পিরগা থম্মোয়বু জয় তৌনবা হোৎনৈ) তোঙান-তোঙানবা নুপী কয়াগা লোয়ননা কয়ারক লাকখ্রে ইন্সপেক্টর ? (কেনা)।

মহেশ : ঐহাক নুপী অঙাং লৈরবা মীশক অমনি।

থোইনু : মমাঙদা লাকমিন্নখিবা নুপীশিংগুম্না মান্ননা উরমগনিকো ঐসু হোটেলসিগী মীওইশিংনা ...।

মহেশ : ঐহাক খক লাকখিদ্রি। ঙসিদবু স্পিএল ওফব অমগীদমক মফমসিদা যৌবক্লখিবনি। (মশা যাম্না কোম্না)

থোইনু : বন্দবফুল ওফব !

মহেশ : হাযবদি !

থোইনু : হাযবদি, থোইনু মবাল লৈতে। লাল্লিবদি উকিল 'দিলিপ্পি। মদুদা ইন্সপেক্টরবনা সপোর্ট তৌকবদা প্রোব্লেমসি অসি যৌনা চাউথোবকখিবনি। শিখিবা মবাল পুম্বা শেমজিন-শাজিনবা ঙাক্তনি। মশাগী অচুম্বসিদা লাকহন্নবা হোৎনবদা বংসিস ওইন ওফব. ?

মহেশ : বাবীসে মকোক্তগী অমুক হৌবক্লিবসিবু ..!

থোইনু : শেল সঙ্গ লৈজদবী অমনা উপায় লৈমন্দবদগী শাবংদগা নাম্থোক্লবা হোৎনবদা মশানা যানা চাকথ'ক তম্বা লাকখিবনি।

মহেশ : অদুদি মতম মাঙহন্দবনা ফবে ..।

থোইনু : নুমীত্তুগী অহিংদুদি ফঙজদ-চাকচাদা চৎখিবা ইন্সপেক্টরগী হুইগী লীচৎনি। ঙসিগীসিনা ওফব পিবা লৌবা। অদুবু বাহৌদোক ওইনা বাবী খবদংদি শাখিসি। (তৌশিন্নবা মীনোক্তা)।

মহেশ : যাই, কবিসু কায়দে (পুবকপশিংদু চাবা হৌই) মিসনসিগা মবী লৈননা চত্থবীবকউ।

থোইনু : মশানা তাবনি। মথন্ত লাকচগনি। খবদং থৈদোক্লগা সোসাইতিসিগী মেটবদা, মণিপুরী আইন্দাব সাহেব অমা ওইনা, ঐখোয নুপী ওইবীশিংবু কবি ওইনা উবীবগে?

মহেশ : মতমসিদদি নুপী হাযবসিগী বাহন্থোক হনবদা অকবা অমনি। মায়থোং য়াম্মী, মবৈ লোঙই ..।

থোইনু : হোয় নুপী মখল য়াম্মী। পেত্রিয়াকি সোসাইতি ওইবনিনা নুপাগী মখা পোন্না মখোয়গী অপাম্বদা চৎনরম্মী। সিভিলাইজ সোসাইতি অমদা সেলফ রেস্পেক্কা লোয়ননা Sharing of responsibilitics অসি Systematically Maintain তৌরগদি ইমুংদু, ইমুং ময়াম্মা শেম্বা সোসাইতি অদু ক্রাইম লৈতবা, Development দা Advance ওইবা অমা ওইরক্কনি।

মহেশ : (তানিংবা ব্রাংলি) নুপী য়াওদনা য়ুম পানবা য়াদবগুম সোসাইতি লীংবসু য়াদে। নুপানা পঞ্জাও শুরগা ইমুং পুবা, অঙাং-নুবী শেম্বগী থৌদাংদি নুপীনা হেন্না লৌদুনা লাক্লি।

থোইনু : মালেমগী ওইনা মাগী মাগী খুনাইদুগী কলচর, ফিজেৎ-চাকচা য়ুমলৈ কৈরৈ, থকশি-খাশি নুপী নুপাগী অব্রাংবা ফিদমগী মবী লোয়না লৈ। ঐখোয়গী খুনাইসিগীসু মফম চাউনা কন্দুনা লৈ।

মহেশ : লৈ, অমত্তা তাদে ...।

থোইনু : খুনাইদুবু মশক থিহনবা, ফজহনবা হায়বসিসু খুনাইদুগী নুপীদা অয়াম্বা লৈ।

মহেশ : হায়বদি নখোয় নুপী ওইবীশিংনা নুপাদগী হেন্না থৌদাং লৌই সীনিনে।

থোইনু : মদুদি লৈবাক্লা খঙইবনি। য়ুনিফোর্ম ওইনা ইশাগী ত্রেদিসন, কলচর, আইদেন্তিতি ঙাক্লা চৎপসু নুপী খুনাইনা হেল্লি।

মহেশ : অস ... ব্রারীসি মফে অমদা চখন্দুনা লৈরেদা। (সোফাদগী হৌগৎলি, ফামুংদা হিপথে)।

থোইনু : অদুক হাক্লসু তাহাগনু। খুবাম্মুংদগী লেংওরোইদবী মশানা য়ানা মঙকৎ তম্বা লাক্লিবনি ঐ ...।

মহেশ : অদুদি পীরোদনা ঐগী চাকথাক। ঙাইহল্লগনু নুঙ ফুত্তুনা পূং কয়া ... (ঈরাং লোইনৈ)।

থোইনু : ঙহাক্তংদি তাবীখো ব্রাফম খরদং ব্রাখল লৌশিং ওইনবা।

মহেশ : চাকচা মাঙগী ব্রারী কনানা তাবীগে। কান্নদে নুপা ওইবগী অশাওববু মীকপ থোকহনগনু, তৌবা ঙম্বা শক্তিসু শীজিন্নহনগনু। (ফুরিৎ লৌথোরকই, পিষ্টোল্দু মোন মখাদা ইনশিনখি)।

থোইনু : অপঙবা মীদি থুনা শাওগল্লি। শাওগনবা মীনা অফ-ফত্ত খম্বগন্দে। অচুম-অরান উগন্দে। প্রোফেনসগা য়াম্নবু চানরিনে ইন্সপেক্টরগী নেচর। (নোকশিন্নরগা মহেশকী মনাক্তা ফমই)।

মহেশ : নহাক্কী নতৌসিদি-ঐহাক কবুই কৈওইবা তারক্কদবা মাল্লক্কেবো। (থোইনুগী খুৎনমদা নাল্লি)।

থোইনু : (নোকশিন্নে) ওম্ব্বোক্লা চাননা পুশিল্লকইদকো প্রমান অমা। তশেংনা হায়রবদা ইন্সপেক্টর য়েলহৌঙেদগী হৌনা নুপী ওইবীশিংনা লৌরক্লিবা থৌদাং অসুক্কী মতীক চাউখ্রে। (মখুৎ লৌথোকই)। য়ুনিফোর্ম ওইনা নাৎকী ফিজেৎ লৈতেং হায়বদি, লাই-হরাওবা, লুহোং খোঙদোংবা, দেব কর্ম্মদা নুপী। খৃ: ১৯০৪, অহানবা নুপী লান্দা নুপাশিংগী ঈজ্জৎ কন্নবা হোৎনবদা নুপী, খৃ: ১৯৩৯ দিসেম্বর ১২ ঐতিহাসিক ওইবা 'নুপী লান'গী থৌদোক্তা নুপী, সনাগী কালিনা ইদুনা লৈহৌরগদবা ঙাক্তনি। মসিগী ওন্ন-তৈনবদা নুপা খুনাইনা করি তৌরি ইশাগী ইরোল ইয়েক মৈ থাদোক্লুনা তাঙ্গোয় ওলহনখিবা 'পুয়া মৈ থাবা'গী থৌদোক, মচিল-মনাওগী ফম্বাল লান

দা 'চহী তরেৎ খুন্ত'কপা', 'এঙ্গলো মণিপুরী ৱার' মথং- মথং। ওসিমকসু কলা সংস্কৃতি শান্ন- খোৎনবগী লমদা নুপীনা নুপাদগী তাদনা মালেমদা মণিপুরবু শক্তাক্লি । ইমুং মনুংগী লৈত-লাইরগী মতাংদসু মচা মপুরোইবগী সেবাদসু চাবা মচেৎ তুম্বা মখাক অহীং মীংশেল খাঙদুনা খ্বাঙচেৎ মচী লাং মশাগী ওইজবা খাক্তনা কখোক্তনা হোৎনরী। ইমুংগী লৈকায়গী লৈবাক্কী থৌদাং খুদিংমক্তা ইচঙ থৌনা থম্মোয় শেংনা হোৎনবসু নুপীনি। 'অফসপা ১৯৫৮' লৌথোক্লবগীদমক্তা ২০০১, মে থাদগী চরা হেনবগী খোঙজং চংশিল্লিবী *কুমারী শর্মিলাগী* থৌনা, শেঙলবা লাইফম কংলাদগী আসাম রাইফল হোংদোকখিনবা হোৎনবদা থৌনা ফারবী ইমা ১১গী থৌদাং মালেমদা অনী শুদে হাযবা য়াই। (মহেশ হৈনিংদবা মতৌ উৎলি)। খুত্তা মৈরা পাই অহীং মীংশেল খাঙদুনা মপারী মমোম ঙাক্লিবী, মৈরা পায়বী ইমাশিংগী থৌনা-কখোকপা কদায়দবু লৈরমগদগে? য়েলহৌ পুৱারীদগী হোংবা নাইদনা খুনাইগী থৌদোক হীরম খুদিংমক্তা শরুক য়াদুনতা লাক্লবী নুপী খুনাইবু ইন্দ্রি খুদুম চনবা ঙমদবা, মশা ৱারকপা হৈত্রবা নুপী নুপা কয়ানা লৈখা তানা চীংথরি। ঙাকপি শেনবীদুনা থৌনা পীবিগদবা নুপানা খুদোংচাবা লৌনবা হোৎনরী। তেঙবাংবীবগী মীংদা ওইজবনা মাঙদা থম ঈজ্জৎ তেমশিংনবীরি। হায়বীয়ু ইন্সপেক্টর ঙসিসু (খঙহৌদনা মহেশকী পিষ্টোল পায়খৎলি)Don't move, য়ুমগী নুপী অঙাং লৈরবা, খুনাইসিগী আইনগী কাঙলোন শুবসু য়াওরিবা নঙনা ঐবু মফমসিদা পুরক্লি, নশাগী ঈজ্জৎ য়েংদনা । লেংগনু নথ্বাই মাঙ্গনি। (মহেশতা পিষ্টোল ওনশিল্লি)।

মহেশ : (খঙনা লোংনা হৌগৎলি) নত্তে- নত্তে থোইনু পিষ্টো... অমুক্তা থমখো।

থোইনু : অফ-ফত্ত খম্বুবা ঙমদবা নকোক্কুনা নচল নচে ওই খনবা উবা ঙমদে। (মহেশতা পিষ্টোন তম্না-তম্না হল্লি)। নশামক্কী নচল নচে নৎত্রগা নুপীনা ঐগী অসি গুম্ব ফিভমদা তাবক্লবদি নহাক যেংদুনা লৈথোকপ ঙম্বীগদ্র (ত্রেগব চিংই, তুং-মাং যেংই)।

মহেশ : ঐগী ৱাশে অমুক্তা তাবিখো। (কীনা)।

থোইনু : ঐবু শোকপা হাযবসে নজতিগী নুপী খুদিংমক ইকাযখুম্নব মৎপনি।

মহেশ : তশেংনা ঐ লানখ্রে।

থোইনু : ইন্সপেক্টবনা থা খবা সম্পেন্দদা লৈখিবদু যুমগী নুপী হবাওখিববা, ইমানা পেনখিববা ? (মহেশ তৌই খঙদনা লৈ)। ঙসিনা habit is second nature, তুক্কচৈ। ওফিসাব অমনা অদুগুম্বা হুইগী লীচৎ চত্ন... লৈববদি নখা থাবা নহাক্কী খোঙলোযশিংনা ফাবক্কদ তম্মক্কদবা পাবা নহাক খম্বুদে।

মহেশ : (উপায লৈতনা লুকথৈ)।

থোইনু : নখোযগুম্বা ওফিসাব কযাগী দিপার্টমেন্ট কবি ওইবমগ লমদমসিদা। লাও নঙগী অপাম্বা লৌবো লাও ... ঐ হকচাং কযাৎসিবু নৎত্রা নখোযনা খৌবাংলিবা ... লাও লৌবো লাও (পিষ্টোল হুনজিল্লি, ইল্লিবা ফি থাদৈ, হীক্লা কপই) নুপী ওইবীগী ইকাযখুম্নবা নমদুনা লৌবিবত নত্তনা ইপুবোইববু ইমাং মক্তদা হীংহাৎ হাত্তোকপিগ্রে পিক্লিবা ইচাগসু শেৎনহল্লে। ঐঙোন্দগী হেন্না লাইবক থিবী কনা লৈবি। ঐগুম্বী কযাগী লৈবাক শেম্বা পাম্ব নৎত্রা নখোয !!!

মহেশ : (অৱাবা শ্বরদা) ও ... থোইনু ঙসিদি ঐ অনৌবা নুমিৎকী মঙালদা ইশাগী ইশক উজরে।

থোইনু : খুৎশেমগী মরাল পিশিন্দুনা মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক্লা ঙাওরবী লুখ্রাবীশিংবু ফাগৎলু।

মহেশ : (নাকোঙ মেল্লি) ঐ তশেংনা লানখ্রবনি। ইশাগী য়ুনিফোর্ম অমদি প্রোফেসনবু লান্না শীঞ্জিন্নরুরে।

থোইনু : উকিল সাহেবতুসু কৌবীয়ু। নুমীত্তুদা ঐনা মহাক্কী মনিং থুংহল্লম্বা তারবাদি নখোয়না শিবিরিবা ইরালসে ফংলম্লোইদবনি। ঐ নুপীনি। মণিপুরী নুপীগী মায়থোংদা ইশাগী খুদোংচাবা মচেৎ অমগীদমক অমুবা কালি তৈশিনবা পামদে। মরু ওইনা নখোয়গুম্বা কয়াগী শারমচৎপু চুমথোকপা পামখি।

মহেশ : (খুম্বা ঙমদে, ঙক নোমই) ।

থোইনু : নমা মশক খঙউ। নজাতিগী নুপীবু ইকায খুমনৌ। নথম্মোযশেংনা নথৌদাং পাঙথোকউ। মদুতদা নশাবু, নজাতিবু মীনা অৱাংবা থাক্তা ইকায় খুম্নবীগনি। খ্বাইদগী যাঙবা মৈনী, মৈদগী হেন্না যাঙবনা অশাওবনি। খ্বাযদগী লূম্বনা পৃথিবীনি, পৃথিবীদগী হেন্না লূম্বনা পাপ্পি, পূক্লিং লাকশিনবা ঙম্বতনা শারমচত্তুগী ইশাবু কনবা ঙম্বনি, অচুম্বগী মৈরাতনা অরানবা অমম্বা পূম্বা চাকথেকপা ঙম্বনি। মৈরা অসিনা মৈরানবী কয়া কল্লুরগে, ঐ চৎলে, ঐবু কৌরক্লে..।

মহেশ : কনানা, কদায়দা.. ?

থোইনু : ঐগুম্না মরাইবক থিরবী নুপীজা খুনাইনা ঐবু কৌরক্লে।

মহেশ : ঙাইবীখো মেদাম ...।

থোইনু : ঐবু খাল্লগনু, ঐ চৎলে ...। (কাদগী থোঙ হাংলগা য়াঙনা চেনখি। তঞ্জাদুদা দিলিপ য়ৌশিল্লকই থোইনুবু

উবদা ঙক্লা ফক্লাং মকমদা লৈশিল্লি। ঙাহাক্কী তুংদ
মহেশকী মনাক্তা ফিঙনা চঙলকই)।

দিলিপ : করি তৌবে মরুপ ?

মহেশ : মরুপ ঙসিদি ঐখোয় মাগী মফমদা মায়থিরে। মহ'ক
অচম্বা নুপী ওইরমদ্রে।

দিলিপ : হাযরিসিবু মরুপ !

মহেশ : ইখুত্তা শক্তি লৈরে হায়দুনা নুপীবু লাইফদবী ওইনা উব
ঐখোয়সে কয়াদা ৱাখল থেল্লম্মবা। ইশাগী ইপো:
ইবলবু পাপ চেল্লবা খুৎ সিনা ফোযদত্তুনা মাঙহনখি
কয়াদু খল্লুবদা ওম্বোক্লা নীংঙল্লক্রে।

দিলিপ : থোইনুনা করি করি হায়রল্লিবনো মরুপ ?

মহেশ : ইশামক্কী ইচল-ইচে, ইমা-ইন্দোলশিংগী ৱাঙলবা ফিদম.
মখোয়গী কখোকপগী থৌনা, ফজখ্রবা পুৱারীবু খঙ
উবা হৈতবা ইমীৎ অসি পাল্লুবগী করি কান্নবি। ইথক্ত
তাঙহঞ্জবনা ফবে মরুপ। (মমীৎ মমায়দা মথক্ত'
ফুজিঞ্জে)।

দিলিপ : (মখুৎ ফাই, খাম্মী) অমুক্তা ঙাইবীখো মরুপ সে ...
(নিংঙমদনা)। ঐসুনি, উকিল অমগী ইথিক্সকী ৱাংমদা
পূকচেল চাউবা শাশিন্নদুনা মাবু লান্না লমজিংনবা
হোৎনখি। ঐ মায়থিখি। নহাক্কী নতেংদগী অমুক মাবু
নোরোক্কী কোমদা চিংথনবা হোৎনখি। অমুকসু
মায়থিহৌরে।

মহেশ : মায়থিবা তাবনি।

দিলিপ : পূম্নমক অসি লমহেল্লবা পূক্লিংবু ৱারকপা ঙন্নুদবদগীনি।
মহামুর্খা হায়বদো ওইহঞ্জরবনি।

মহেশ : "ৱায়দগী লূম্বদি পাপ্পি, ৱাইদগী য়াঙবনা অশাওবনি"

কয়াদা অর্থ চেনখ্রবনো মরুপ। পাঙ্গল শোনবী মপোক্লি হায়নরিবা নুপীগী পুন্সিনি অদুবু মাগী ব্বাংলবা স্বার্স্থত্যাগ, বিশ্বাপ্রেমগী অমৃতনা থীকপদা ঐগী অমম্বা পূম্বা মাঙখ্রে। অনৌবা মপোক অমদা পোকহনবীরম্লে। চৎলসি মরুপ মাবু থিদুনা অঙম্বা মতেং পাঙলুরসি।

দিলিপ : ফরে চৎলসি। মহাক্কী অনীংবা অপাম্বদা থম্মোয় শেংনা তেঙবাংদুনা লঙজখিবা ঈপাপ ইরাল কয়াসে খরদং কোক্লবা হোৎনকুরসি মরুপ। (অনীমক খুৎ শোক্লে, মহেশ মফি ফজনা শেৎচিল্লি, থোকমিন্নখি)।

(তপ্না মৈ মমথখি)

# অহানবা সিন্দা হনজিল্লকপা
## (৭ শুবা, অরোইবা মতাং)

(অঙকপা-মীৎযেংগা লোয়নননা মখোয অনীমক থোইনুদা মুন্না যেংই)

খুঞ্জা ১ : চাউব-চাউববা শা-কৈ, নোংশা, শওম, শামুলমশা কয মীওইবনা ফাই। কান্নববা লম কযাদা শীজিন্নে।

খুঞ্জা ২ : মীবু পূম্না য়োংপা ঙম্বা গুম্বীব, লাইবেল তমথিববা জীব কযাবু নীংথিনা তম্বীবগা নুংশিনা মকপকুম লৈমিন্নে।

থোইনু : অদুবু মখোঙ অনী পানবা মীওইবা কৌবা জীব অসিদি চাউখৎপা হেল্ল-হেল্লগা শা ওইবা হেনগৎলকই।

খুঞ্জা ১ : মশাগী অশোযবা-অবানবা চুমথোকপা হৈতবা খ্বাযদগী তোনবা অনৌবা থুংলবা জীবনি হাযনা কবি কযানা শৈথানবিবনি।

থোইনু : মশাগী অর্ধাঙ্গীনি ওইবী নুপী, মজাতিগী মহুৎ শিলহৌগদবা মচাবু কাউথোকপা ঙম্বা নুপাশিংগী কাং-খোং চাইববা যুম্বান কযানি লৈবিবা। লমগী ষণ মচী শাংই হাযনবগুম ঙহাক্কী ঈথক ঈবাংদা তাউকবদগী মশাবু অকীবা লাযনা কযানা লাঙ্গোই চনশিল্লকই। মখোয়গী মচা মশুশিংদুনা নত্তবা লম্বীদা চৎলকই। লৈবাক্কী হীবম খুদিংদা অকাযবা পীবকই।

খুঞ্জা ১ : তশেংবনি ইবেম্মা, মখোযনা লৈবাক্কী মাঙননবা কাযথবক্লবগী শকক্তা ওইবকই।

থোইনু : নত্তবা চীঙ্গাক, অকা‘’ ‘াচৎত্তগী খুনাইসিনা হঙ্গোইরবা লায়না পক্লবা নুপী-নুপা কয়াবু ভাব তাহন্নবা হোৎনরুবা ঐখোয়বু য়েক্লবা ওইনা উরকই। খুৎ থাগে হায়রকই। অথিবা য়াহেনা চীন্দা পাউদারকই।

খুঞ্জা ২ : অঙকপনি হে মীওইবা ঙসি মাঙলবসু হয়েংদদি কল্লমসি কৈদৌবগে ?

থোইনু : মখোয় অদো কনানা কবিগী ওইহনখি, করম্না চাওখৎলকখি, মসি নৈনদুনা হৌরকফম ওইরিবা মউ-মরা ফুক্তোক্তুনা তাঙ্গোই ওনহনবা দরকার ওই। মসিগীদমক য়াখলসে পোথাফম খঙদে। নোংমদি ইজাতি অসে মুৎখিগদ্রা হায়না ওহ্নোক্লা নুংনাংই।

খুঞ্জা ২ : অশিবগী লমন তোন্দুনা হীংলিবা পুন্সিনি মীওইবা। অদুবু ঙাইঙমদে। মসিদনি য়া কায়রক্লিবা।

থোইনু : মখোয়শিংসে ঐখোয়গীদি লন ঙাক্তনি। কলহৌদবা য়াদবনি। হায়ন-তানবা য়াদ্রে হায়দুনা মৈরক্তা হুনজিনবসু য়াবা নত্তে। খুনাইসিতনি ময়েং তারক্কদবা।

খুঞ্জা ২ : অদুবু করিদি উপায় লৈরি ইবেম্মা।

থোইনু : নত্তে অদুম্না হায়বীগনু। কনানা খোই চোপ্লি, খোইচাক্লা কনানা হুল্লি, মদুদা করম্না থুরুরী। পুম্নমক অসি কনানা শান্নরিবা ? ভাবক্লা কনানো ? কয়াম কুইনা য়েংদুনা লৈখিগনি। মসিগী মাঙজবা তোঙজবনা করি !

খুঞ্জা ১ : নুপী খুনাইবু শান্নপোৎ ওইনা উবা, মশাগী ঈজ্জৎ খন্দ্রবা হুইগা পাঙ্খক ওইরবা ওফিসার কয়াবু ইবেম্মগী থৌনা লৌশিংতনা শীবা কীদনা লাম্ভেংনরুরী। অনীশুবা মীওইপোক অমদা ইবেম্মনা নৌনা পোকহনবিকরি।

খুঞ্জা ২ : মোৎলবা পুম্লবা হকচাংগী কাখলশিংবু শেংনা চামখোকপিদুনা ইবেম্মগী ঈংলবা থম্মোয়না জয় তৌরুবি ।

খুঙ্গা ১ : ধন্যনি ইবেম্মা নহাক্কী মপোক। অতাওবনি মালেমদা। নহাক্কুম্বী ইমা কযানা যুমথোং খুদিং লৈবক্লবদবু কদাযদগী থোবর্ক্লনি ঈজ্জৎ যাওদ্রবা মখোঙ অনী পানবা শা ..।

থোইনু : যাম্না নুংঙাইবে, লৈবীহৌবো ইবুংখোই, ঐবু কৌবক্লে, ঐ চৎলগে। (ফিংলপ্পা চৎকে তৌই)

খুঙ্গা ১,২ · কনানা, কদাযদা .. ?

থোইনু : ঐগী পুক্সিদি কৎথ্রবনি ঐগুম্বী কযাগীদমক।

খুঙ্গা ১ · পীক্লিবা নচাদি উনববোইদ্রা ?

থোইনু : উনবা উনদবা চপ মান্নে, ইচাগী ইচা ঙাক্তনি, খুদিংমক ইমানি ইচেনি ইনাওনি ইবুং- ইপব্রা ঙাক্তনি, ধর্ম্মসু অমত্তনি, জাৎ-বিজাৎ হাযবা অমা লৈতে। নুপানা বাম ওইবগা লোযনবীসু সীতা ওইবনি, নত্তদুনা নুপীখক্তং সীতা ওইযু হাযবদি খক ওইথোক্লোই। ঐ পম্বুবা যাদ্রে ইবুংখোইসু নচলগুম্বী কযাগীদমক থম্মোয শেংনা কখোকপা ঙম্বা ওইবিযু।

খুঙ্গা ২ · পূক্লিং শোন্থবা নাইদনা অখাঙ কনবা থৌনাতনা নীংলিবদুমক পাঙবা ঙম্বা ওইবিযুকো। ঐখোয থম্মোয শেংনা ইবেম্মবু থৌজান পীজবি।

থোইনু : ইবুং অনীবু খুকমজবি। ঐ চৎলে।

(খ্বাংচেৎ লাক্তুনা থুনা চৎখি, মখোয অনীমকসু যেংনৈ মঙক নোম্মৈ। থোইনুনা চৎখিবা মাযকৈদা মীৎযেং থম্মি।)




(কর্টেন হাইজিনখি)

*(লোইরবা)*



মথংদা অইবগী ফোঙনবা থৌবাং তৌবিবা দ্রামা,

১।　ফিবালনা কবিগী পাইনিংদ্রিবা অমসুং

২।　ঐগী যুম।